# রসচতুঃষষ্ঠী

[illegible] অনুবাদ [illegible]

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

খাগেমপল্লী।



৺রাসেশ্বরীনা থৌগনবা
শ্রী৺গোবিন্দগী চরণদা—

# রাহৈ খরদং

'রসচতুঃষষ্ঠী', মরুওইনা স্বার চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শাগৎপিরম্বা রস চুম্ফু-মরিগী ঈশৈ পবেং ৬৪ অদুবু পালা ৬৪ না শকপা য়ানবা ঈশৈতগী ওইবা মওঙদা পুথোকপিবগা মোয়নবা শৈফম অমমমনা পুরিবা রস রস অদুগী মশক মুন্না খঙবদা মচেং ওইনবগীদমক থোইদোক্লদি ঈশৈ শকপা ওজাশিংগী শীজিন্ননবা থম্বীনম্বা, রস ৬৪ গী অয়াম্বা কোক্কেকশিংগী মমৈদা ইতুনা য়াওরম্বা লাইনিক্লি।

রস ৬৪গী ঈশৈ ছাপা তৌতুনা ফোঙ্খিবগী মতুংইন্না ম'সমস্ত মতুং ইন্দনা য়াদবা ওইবনা মসিদা নোনা অমুক খূৎ থাজৈ।

শীজিন্নজবমক্তি স্বর্গীয় ওজা গুরু মিত্যানন্দগী কোক্কেক অতুনি। কোর্কেক শ'মদা অর্থ হনবগী মশাংদা বাঙ্গলা লোন শীজিন্নদম্মী। মতু মৈতৈলোন্দা ওংলাকই। মোয়নবা foot note ওইনা ময়েক্কী চাংদম্নবস্থ অফংবা লাইরিক য়েংতুনা হাপচরি। য়েংনাথবা খুদই লাইরিকশিংদা তোঙান তোঙানবা রসকী মশক শাকপদা শ্লোক থংগী মফম য়াংলম্বা থেংনৈ, মতু উজ্জ্বলনচিংবদগী লৌশিন্নুনা মেনথংচাথি।

ঈশৈগী অর্থ লৌবগী মশাংদা ভাবাত্মক লৌরগা তৌবস্থ য়াওখি, মতু, লোন লেপ্পনদগী খবা থেন্নফম লোকপা লাকপদগীস্থ ওইখিবনি। ঈশৈ ওইনদি মসিমক ওংনা শকপদা খুদোং চাদোই— মতুনা ওজাশিংগী শক্তক ওইনা থাকচরে।

লাইরিক অসিনা উৎনীংলিবা ভগবানগী লীলা রস, মরু ওইনা শৃঙ্গারগী মতম থায়দোক্নুনা শঙ্গহনবগী থবক অতু মৈতৈ লোন আসদা ফোংদোকপা ভমলবা ভমদবরা মতৌদি ঐনা খঙজদ্রে— কৃপাদা লৈরে।

লাইরিক অসিবু বৈষ্ণব সমাজদা লাক্কহ্'কচবা ভমহনবীবা মণিপুর সরকারবু ঐনা মৈথৈ হিংহনা লৌনীমনা উৎচরি হৈরি—

শ্রীসুরচান্দ শর্ম্মা

## সূচীপত্রম্

# শ্রীল শ্রীচৈতন্যচন্দ্রায় নমঃ

বন্দেহহং শ্রীগুরোঃ শ্রীযুতপদকমলং শ্রীগুরূন্ বৈষ্ণবাংশ্চ
শ্রীরূপং সাগ্রজাতং সহগণ রঘুনাথান্বিতং তং সজীবং ॥
সাদ্বৈতং সাবধূতং পরিজন সহিতং শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেবং
শ্রীরাধাকৃষ্ণপাদান্ সহগণ ললিতান্ শ্রীবিশাখান্বিতাংশ্চঃ ॥১

অর্থ—

## শ্রীচৈতন্যদেববু খুরুমজৈ

শ্রীগুরু বৈষ্ণব, শ্রীরূপসনাতন, শ্রীরঘুনাথনচিংবা ভক্তশিং, শ্রীজীব শ্রীঅদ্বৈত শ্রীনিত্যানন্দ নচিংবা অথোইবা ভক্তশিংনা থোগনবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যদেববু খুরুমজরগা মথংদা ললিতা বিশাখানচিংবী সখীশিংনা থোগনবা অচুগুম্বা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী চরণবু খুরুমজৈ।

রসানাং মধ্যে শৃঙ্গাররসস্যারম্ভাতেঃ—

### শৃঙ্গারঃ

প্রমোদরূপঃ শৃঙ্গারো নায়কো নায়িকা তথা।
আলম্বনং ভবেদত্রোদ্দীপনং চন্দনাদিকম্ ॥ উঃ নীঃ

অর্থ— নায়ক-নায়িকা অনিগী পেম্রবা অমদি মুংঙাইনবগী মতৌবু শৃঙ্গার কৌই। উজ্জ্বলরস হায়রবগা শৃঙ্গার রস হায়রবগা অমত্তনি মতুদি— 'স উজ্জ্বলঃ তন্নামা রসঃ' উঃ নীঃ।

---

মঙ্গলাচরণ— তৌরকদবা থবক্তা অপন অচৌবা থোকনবা নীংজরিবা লাইদা চান্না চঙজবা মতৌবু মঙ্গলাচরণ কৌই।

**তথাহি**

সম্ভোগ বিপ্রলম্ভশ্চ শৃঙ্গারে দ্বিবিধা মতঃ।
ক্রমেণ বর্ণয়িষ্যামি চতুঃষষ্টী বিধানতঃ॥

**অর্থ**— রসশিংগী মরক্তা শৃঙ্গার রসগী মরম হান্না নৈনরি— শৃঙ্গার মথল অনিনি— সম্ভোগ অমসুং বিপ্রলম্ভ পুন্না শৃঙ্গার রস ৬৪ নি ( মতুদি— সম্ভোগ মথল ৩২ অমসুং বিপ্রলম্ভ মথল ৩২ ), মথং মনাউ নাইনা নৈনরকলি।

বিপ্রলম্ভো যথা উজ্জ্বলে—

যুনোরযুক্তয়োর্ভাবো যুক্তয়োর্বাথ য়োমিথঃ।
অভীষ্টালিঙ্গনাদীনামনবাপ্তৌ প্রকৃষ্যতে।
স বিপ্রলম্ভো বিজ্ঞেয়ঃ সম্ভোগোন্নতিকারকঃ॥ উঃ নীঃ

**অর্থ**—নায়ক অমদি নায়িকানা মহৈ মহৈ পন্না লৈমিন্নবা অমদি খাইদোক্নহুনা তোপ্পা তোপ্পা লৈনবা মতমদা অনিমক্কা পান্নজবা আ'লঙ্গন-চুম্বন ( কোম্ন-চুপ্পব ) নচিংবা মতৌ অতু ফংনদবদগী ওইরকপা অশেংবা মতৌ মওঙ্ শিং অদুবু 'বিপ্রলম্ভ' হায়না কৌই। অসিগুম্বা বিপ্রলম্ভ অসিনা সম্ভোগগী মপুং ফাহন্নবা মচাক্নি। পণ্ডিতশিংনা হায়রম্বা লৈ—

ন বিনা বিপ্রলম্ভেন সম্ভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে।
কষায়িতে হি বস্ত্রাদৌ ভূয়ান্ রাগোবিবর্দ্ধতে॥ উঃ নীঃ

**অর্থ**—হান্নমা অককপা মচু লাকুলবা ফিদা শঙ্নীংবা মচু শঙ্বদা হেন্না লংখৎহনবগুম 'বিপ্রলম্ভ' গী মতেং য়াওদনা থক সম্ভোগকী মপুং ফাবা ওইদে।

পূর্ব্বরাগস্তথা মানঃ প্রেম বৈচিত্ত্যমিত্যপি।
প্রবাসশ্চেতি কথিতো বিপ্রলম্ভশ্চতুর্ব্বিধঃ॥

**অর্থ**— বিপ্রলম্ভ মখল মরিনি মদুদি— **পূর্ব্বরাগ, মান, প্রেম-বৈচিত্ত্য** অমসুং **প্রবাস।**

## পূর্ব্বরাগলক্ষণং—

রতির্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শনশ্রবণাদিজা।
তয়োরুন্মিলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে॥

**অর্থ**— নায়ক-নায়িকা অনিনা খঙ্‌ন-চান্নদ্রিবৈদা অমগা অমগা উনবা, মগুণ তা-নবনচিংবদগী অপাম্বা পোক্লহল্লকপা মতৌবু 'পূর্ব্বরাগ' কৌই।

* এষঃ পূর্ব্বরাগস্যাষ্টবিধো যথা—

শ্রবণং পঞ্চবিধ—
বন্দি-দূতী-সখী-বক্ত্রাদ্ গীতাদেশ্চ শ্রুতির্ভবেৎ॥

**অর্থ**— পূর্ব্বরাগ মখল ৮ নি। মদুগী মনুংদা শ্রবণনা মখল মঙানি মদুদি— বন্দী, দূতী, সখীনচিংবগী মচীন্দগী অমদি ঈশৈনচিংবদা মগুণ তাবদগী ওইবা।

---

বৈষ্ণব শাস্ত্রনা রস মখল ১০ গী রা হায়রি মদুদি—শৃঙ্গার, হাস্য, করুণ, রৌদ্র, ভয়ানক, বাভৎস, অদ্ভুত, শান্ত অমসুং বৎসল।

**আদিরস**— খ্বায়গী অহানবা ওইবনা শৃঙ্গারবু **'আদিরস'** হায়নম্ম খঙৈ। হায়রিবা রস ৬৪ অসি মসিংগী মখলনি। 'শৃঙ্গ"— রাহে অসিনা কামগী য়াকায়ববু কোংদোকই, মসিনা মপান্দা কোংদোরকপনা 'শৃঙ্গার' অমুন্না খঙৈ।

**শৃঙ্গারগী মচু**— শিসিমপাল ( অতসীপুষ্প ) নত্রগা ফুয়না হৌবা নোংলেন মচু হায়বদি অঙৌবা-অশংবা অনিগী তিন্নবা মচু।

**দেবতা**— শৃঙ্গারগী দেবতাদি শ্রীকৃষ্ণনি। শৃঙ্গারগী য়াকায়কমদি— চন্দন অমদি ফিজেৎ-লৈতেংগুম্বা অকে অমৌগী মতৌনা ওই।

* পূর্ব্বরাগ মখল ৮ নি মদুদি— শ্রবণ ( নাকোঙ্‌না তাবদগী ওইবা ) পূর্ব্বরাগনা মখল মঙানি অদুগা দর্শন ( মশক উরুবদগী ওইবা ) পূর্ব্বরাগনা মখল অহুমনি।

## ১। (ক) বংশীধ্বনি শ্রবণ

( বাঁশী খোঙ্গেল তাবদগী ওইবা মতৌ )

### পদ

যমুনার কুল হৈতে কিবা শব্দ আচম্বিতে
হেন আর না শুনি ভুবনে ॥
তব ধরি চিত্ত প্রাণে ধৈরজ নাহিক মানে
মনে হয় যাই সেইখানে ॥
সখি হে হেন শব্দ না শুনিয়ে আর ॥ ধ্রু
× × ×
কেমন পুরুষ সেই বাজাইল এই যেই
না জানি কেমন রূপ তার ॥
না দেখি তাহার মুখ বিদরিয়া যায় বুক
রহিতে না পারি আর ঘরে ॥
কি শেল পশিল জানি মরমে বেদনা হানি
তারে দেখাইয়া রাখ মোরে ॥ ২
এই তার মুরলীধ্বনি ত্রিজগতে নাহি শুনি
একবারে হরিলে পরাণ ॥
কহে ঘনশ্যামদাস হয় তার সর্ব্বনাশ
যে বা শুনে মুরলীর তান ॥ ৩

### অর্থ

তাদবরা সখি নঙবু তাখিদ্রিবা মখোলসিবু
লাকলি য়েংউ যমুনারোমদগী ॥
তপথদরে পুক্নীং অসে লৈতরে ঐঙোন্দা ঐসে
চেনখিনীংলে ঐদি মফম'দুদা ॥

হে সখি, তাখিদরি 'মুক্তা অসিগুম্বা ॥ ধ্রু

খোংলিবসে অসিগুম্না ওইরিগবা নিপা কনা
মশক্না মাগী করম তৌবা ॥
উদরি মশকস্থ মাগী থোকখিদৌরে থরায় মাদি
লৈঙমদরে য়ুমদা লৈতাদরে ॥
থিল্লে তাশোম্না থৌনা থাঙঙমদে লকাদা চৈনা
উহন্দুনা মাবু কল্লুদ ঐবু ॥ ২
থরায় ঐগী হুখরে মানা তাখিদ্রিবা মখোলসিনা
লৈহৌদরে ঐগীনি হায়বা ॥
হায়জৈ ঘনশ্যামদাসনা মাঙ্‌লবনি মীতু লেপ্পা
তারুরবদি মুরুলী খোন্থাঙ্‌ ॥ ৩

(খ)

কদম্বের বনে থাকে কোন জনে
কেমনে শবদ আসি ॥
ইকি আচম্বিতে শ্রবণের পথে
হৃদয়ে রহল পসি ॥ ১
সান্ধায়া মরমে ঘুচাইয়া ধরমে
করিলে পাগলি পারা ॥
চিত্ত স্থির নহে তনুমন দহে
নয়ানে বহয়ে ধারা ॥ ২
কি জানি কেমন সেই কোন জন
এমন শবদ করে ।
না দেখি তাহারে হৃদয় বিদরে
রহিতে না পারি ঘরে ॥ ৩
পরাণ না ধরে ধক ধক করে
রহি দরশন আশে ॥

যবহুঁ দেখিবে পরাণ আইবে
কহই উদ্ধব দাসে ॥ ৪

অর্থ

কদম বন মনুংদা কনাবু লৈহুনা
মখোনসে লাকপা কমদৌনা।
নাপ-লম্বী ফাওনা খঙহৌদনা ঐনা
তুংখরে লকাদা মানা ॥ ১
থিনগায়হুনা লকা মাঙহল্লরে থর্ম
অঙাওবী ওইহল্লে ঐসে ॥
লৈতাদরে পুক্নীং চাক্লে থব্বায়-হকচাং
কংঙমদরে মিত্তা পিরাং ॥ ২
করম তৌরমগনি মশক মচু মাগী
অসুকপু নুংশিনা খোংবা।
মশকস্থু উদরি কায়রে লকান্নুংদি
লৈতাদরে য়ুমদা লৈনা ॥ ৩
খাঙঙমদরে পুক্নীং উজনীংবতনা
চাক্লি মরৈ লীশীং ফাংনা ॥
উরগা কোকনি পুক্নীং লৈতাগনি
উদ্ধ-ব-দা-স-না হায়জৈ ॥ ৪

## ২। বন্দিমুখ শ্রবণ

( বন্দিগী মচীন্দগী তাবা )

আয়ান মহলে ভাট আসি বলে
করিয়া কবিতা ছান্দে ॥
নন্দের নন্দন তনু-নব-ঘন
জিনিয়া সে মুখ চাঁদে ॥ ১

শ্রবণেতে দোলে মকর কুণ্ডলে
চূড়ায়ে ময়ুর পাখা ॥
দশনের কাঁতি মুকুতার পাঁতি
বচনে অমিয়া মাখা ॥ ধ্রু ॥ ২
করিবর জিনি বাহু সুবলনী
মুরলী মিলিত মুখে ॥
অবনী লম্বিত মালা বিরাজিত
অলি মধু পিয়ে সুখে ॥ ৩
পীত ধটি কটি কেশরি জিনি মাঝা
চরণে নূপুর বাজে ॥
এ বোল শুনিয়া রাই মুরুছিয়া
পড়িলা অবনী মাঝে ॥ ৪
জটিলা কুটিলা একি হৈল বুল্যা
আইল রাইর কাছে ॥
উদ্ধব কহয়ে দরশন হয়ে
তবে সে পরাণ বাঁচে ॥ ৫

অর্থ

আয়নগী সঙ্গাইদা মুংশিবা ছন্দদা
শঙ্করি বন্দিনা ঈশৈ ॥
থানিন কোটি হেনবা ফুয়নানোংহৌ ঙম্বা
ব্রজনিংথৌ থরায় শকপা ॥ ১
হাইরিয়ে নাপদা মণিগী কুণ্ডলনা
বাহোংগী চূড়ানা কোক্তা ॥
মুক্তা পরেংগুমলি য়াগী পরেংতুনা
বাঙাংদা অমৃত শিন্থৈ ॥ ২

শামু নাতান ঙম্বা পাম্বোমনি নীংথিবা
চীনবান্দা মুরলী থোংবা ॥
থোইমুনা য়োন্নিদো লৈগী পরেং অদো
খূকউ মখা য়ৌনা চোনবা ॥ ৩
চেংলবা খ্বাঙ্‌দনা থোল্লি ফীগে সনা
মণি নূপুরনা থোঙ্‌দা ॥
ঙানা তানা অসুম লেকথখরে রাধা
হাইথখরে লৈমায় থক্তা ॥ ৪
জটিলা কুটিলা চেনশিন্নে তফিনা
করিনো করিনো হায়না ॥
হায়জরি উদ্ধবনা উ-জ-র-ব-তদা
হিংগনি মহাক লেপ্না ॥ ৫

---

পঠতি মগধরাজনির্জয়ার্থাং
সখি! বিরুদাবলিমত্র বন্দিবর্য্যে।
বদ কথমিব লক্ষ্মণে তনুস্তে
পুলক কুলেন বিলক্ষণা কিলাসীৎ ॥ ১১

অর্থ

মদ্র নিংথৌগী সভাদা স্তুতি পাঠক অমনা শ্রীকৃষ্ণগী থৌনা অমদি নীংথিবা মিচৎমচিংবা অঙকপা গুণ খিবীক্লা শেম্বা বিরুদাবলি পাঠ তৌরবা তাবদা সঙ্গাইনুংদা লৈবী শ্রীলক্ষ্মণা দেবীনা মিহুৎ মথুন অহোবদা মমিৎ থম্লগা অসুম তারম্বদগী মশাগী ফিবম কায়রকপা মতৌবু উরবী মাগী সখিনা হংলকই— 'ইতারোয় চান্নবী! নপা ইবুংঙোগী সভাদা, বন্দি অসিনা জরাসন্ধনা মায়থীবগী বিরুদমালাবু চুম্মদং পাঠ তৌজরবদা করিগীদমক্তা নহাক্লা তুজুং-মানজুংহনা মঙঙ্‌ অমা ওইনা উহল্লিবনো মহু অমুক্তা হায়য়ু য়েংসি।'

## ৩। দূতী মুখ শ্রবণ

( দূতীগী চীন্দগী তাবা )

মুদিত নয়ানে হিয়া ভুজযুগ চাপি
[1]সুতি রহল হরি কিছু না আলাপি ॥ ১
পরসঙ্গে কহল নামহি তেরি
তবহু মিলিয়া আঁখি চাহে মুখ হেরি ॥ ২
শুন ধনি নাহি কহুঁ আন ছন্দ
তোহে অনুরত ভেল শ্যামর চন্দ ॥ ধ্রু
সোই নয়ান ভঙ্গি না সহে অনঙ্গ
সোই নয়ানে স্রবে নীর[2] তরঙ্গ ॥ ৩
সোই অধরে সদা মধুরিম হাস
সোই নিরস ভেল দীর্ঘ নিশ্বাস ॥ ৪
বিদ্যাপতি কহে মিছাই নহ ভাখি
গোবিন্দদাস রহুঁ তহি কৃত সাখি ॥ ৫

### অর্থ

খুৎ অনি থবাক্তা থম মিৎস্না অনি উইশিন
হিপ্লূনা লৈখি হরি ৱাস্থ-লানস্থ ঙাঙ্‌দে ॥ ১
ৱাপা য়েংনা ঐনা পল্লুই নমিং নঙ্‌গী
পাঙ্‌খি মিৎস্না অতুতদা ঐগী মায়থোং য়েংনা ॥ ২
অশেংবনি ৱাপ্পে হায়রিবসে ঐনা
খোয়দাহৌই লেপ্পা নঙ্‌বু শ্যামশকহেনবনা ॥ ধ্রু
লেপ্পা ঙমদে কামনা মাগী মিৎয়েং মাঙদ
মিৎস্না অতুমক্তা শিক্ষে পিরাংগী মরী ॥ ৩

---

১। দূতী কহল হরি,    ২। লোর—পাঠান্তর

চীনবান থক-খা মাগী মীনোক্তনা থনবা
লাংশিনথরে হুজীক স্বরমপী হোন্না ॥ ৪
অচুম্বনি রাধে বিদ্যাপতিনা হায়র্জে
লেঙ্দবা সাক্ষীনিনে গোবিন্দদাসনা ॥ ৫

৪। সখী মুখ শ্রবণ

( সখীগী চীন্দগী তাবা )

রাইর নিকটে দূতী যাই কহে
শুন ধনি শিরোমণি রাই।
কালিন্দীর তীরে যতনে শ্যাম হেরি
কহিতে আইলু ধাই ॥ ১

---

নায়ককী মগুণ তাবদা নায়িকানা ওইবা মতৌ অমা—

আবিষ্কৃতে তব মুকুন্দ! ময়া প্রসঙ্গে
তারাবলী পুলকিতাঙ্গলতা নতাক্ষী।
শুশ্রূষুরপ্যলঘুগদ্গদরুদ্ধকণ্ঠী
প্রষ্টুং তবাক্ষমত সা ন কথাবিশেষম্ ॥

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণগী ইঙ্গিতনা বৃন্দাদূতীনা যূথেশ্বরী তারাবলীগী মনাক্ত চৎলগা করিগুম্বা নাতৈ অমা থিজ্বনা চাংদমনীংঙাই লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক মগুণনচিংবগী নীংথিবা মতৌবু শীংথাহনা হায়রকপা তাবদা তারাবলীনা মশাগী কিবম হোংলকখিবা মতৌ অহুমক বৃন্দানা হল্লক্লগা কৃষ্ণদা তমলখি— 'হে কৃষ্ণ! নঙ্গী বা হৌদোক্লুবতদা তারাবলীগী মশা পূম্নমক অহু মহু-মমান চুংখি; ইকাইজবমক্তনা মরু লূকথখি; অহেনবা নঙ্গী নপাউ অতৈস্ত য়েনা হংজনীংবদা মশাগী থম্মোইদা ফাওখিবা সাত্ত্বিককী কল্লবা ইথিননা ফুনগৎলক্তুনা হিক-হিক কপখিবনা মচীন কাঙ্থোকপা ঙমখিদে।

কো কহে ঐছনরূপ সজল জলদ কিয়ে
দলিতাঞ্জন হৃদয়ে ঐছে রস কূপ ॥ ধ্রু
কত আভরণ অঙ্গের ভূষণ
হেরইতে তন মন ঝুরে।
ঐছন শুনইতে রাই চমকিত
দেখি হৈল পরিপূর ॥ ২
অন্তর গর গর লোচন ঝর ঝর
মনহি মন সুখ ভাস।
উদ্ধবদাস কব দুঃখ সঞে সুখ হব
কানু মিলব যব পাশ ॥ ৩

## অন্য

চেল্লকই দূতীনা রাইগী মনাক তান্না
ইতা নঙ্‌বু রাধে তারিবরা।
কালিন্দী মপান্দা উরুরে ঐনা শ্যাম
তাকপিগে তৌবনি নঙ্‌বু ॥ ১
হায়নৈ মীনা শক অসিবু নোংহৌরা ফুয়না হৌবা
নত্রগনা রস-ইরেল-লা থম্মোই মুংগী ॥ ধ্রু
নীংথিজাবা চেংলৌ ফিজেৎ লৈতেং কয়া
মুল্লি থরায় হকচাং উরুবতদা ॥
চঙরুখি রাধা তাজবদা অসুম
মকা লামথি থাজ-মায়থোং ॥ ২
মুংদনা ঈরাউখোল পান্দনা পিরাং মরী
মুংঙাইবনা থনজৈ পুক্নীং।
উদ্ধবদাসনা হায় ফংলবদি কানু মাবু
মুংঙাইজগনি রানা শানা ॥ ৩

## ৫। গীত শ্রবণ

( ঈশৈদা তাবা )

যাবট নগরে আসিয়া সত্বরে
গান করে গুণিজনে।
নন্দের নন্দন কত রূপ গুণ।।
হেন নাহি ত্রিভুবনে।। ১
সে রাঙা অধরে মুরলীর স্বরে
জগত ভূলায়ে তানে।
কুলবতি সতী ছাড়ে নিজপতি
মুরুছি পড়য়ে গানে।। ২
রাই মুগুধিনী সেই গান শুনি
ধরিতে না পারে হিয়া।
ভাবে গর গর সব কলেবর
ভূমি পড়ি মুরুছিয়া।। ৩
মন্দাকিণী পারা কত শত ধারা
ও ছুটি নয়ান বহে।
প্রিয়সখী ধাই কোরে কর রাই
এ দাস উদ্ধব কহে।। ৪

অর্থ

লাক্তুনা যাবটতা শক্লরি গুণিনা
শুক্লাত্তুনা থম্মোই পূম্বা।
ফজৈ কয়া শক্লা নন্দগী মচানা
য়াওদে কনা তাইবঙ্সিদা।। ১
তঙাংবা চীনবান্দা মুরলী খোংহুনা
খোংলিয়ে শুক্লাৎনা তাইবঙ্।

সতী ওইবী মথৈ কাউনৈ মপুরোয়বা
পঙ্থনরি তারুবদা ॥ ২
তারুবদা বাঁশী পঙ্জরিবী রাধা
ফাওমখিদে থম্মোই লকা।
খল্লি লোইনাইদনা রাখল লংজীন পূন্না
হীকথখরে লৈমায়থক্তা ॥ ৩
মন্দাকিনী পা খক চেস্থৈ ঈরোঙ্ শিরাং
থম্বাল লৈকা মিংস্নাদগী।
চেনশিল্লকই সখী কোনখৎচরুই রাই
উদ্ধবদাসনা শকচৈ ॥ ৪

তাবদগী ওইবা পূর্ব্বরাগ মখল মঙাগী মশক্তি মসিনি।

## দর্শনম্ ( উবা )

মথংদা দর্শন মখল অহুমগী রা হায়রি—

'সাক্ষাৎ কৃষ্ণস্য চিত্রে চ স্যাৎ স্বপ্নাদৌ চ দর্শনম্॥'

হকথেংননা উবা, অয়েকপদা উবা অমসুং মঙ্দা উবনচিংবা-উবগী মখল অহুমনি। মখাদা খূদম পীরি মদুদি—

## ৬। সাক্ষাৎ দর্শন ( হকথেংননা উবা )

### রাগ সুহই

ঢল ঢল সজল জলদ তনু শোহন
মোহন আভরণ সাজ।
অরুণ নয়ন গতি বিজুরি চমকে [১]তথি
দগধল কুলবতি লাজ ॥ ১
সজনি যাইতে পেখলুঁ কান

১। জিতি— বৈঃ পঃ

তব ধরি জগভরি ভরল কুসুম শর
নয়নে না হেরিয়ে আন ॥ ধ্রু
মঝু মুখ দরশি বিহসি তনু [২]মোড়সি
বিগলিত মোহন বংশ।
না জানিয়ে কোন মনোরথ আকুল
কিশলয়দলে করু দংশ ॥ ২
অতয়ে সে মঝু মন জ্বলতাহি অনুখন
দোলত চপল পরাণ।
গোবিন্দদাস[৩] কহে [৪]শুন শুন সুন্দরি
[৫]অব তোহে মিলব কান ॥ ৩

অর্থ

ফুয়না হৌবা নোংগুম্বা নোংলেন নোংহৌ ঙমজবা
লৈতেংনা মাগী কজৈ কয়া ॥
নীংথিবা খোইখোয়বা মিৎয়েং ঙমজরি তথকপা নোংথাঙ্
চাকথেক্লি নূপীগী ঈকাই ঈকি ॥ ১
× × ×
উঙ্গরুই কানুবু চংলিঙৈ অসুম।
কাপশিল্লকখি তাইবঙ্খোনবা খুরক হাঙ্দ লৈগী তেন্না
উদে মিৎনা অতৈ অমা ॥ ধ্রু
মায়থোং ঐগী উরগা হোংখি ফিবম মশাগী
তাখি বাঁশী মথূক্তগী ॥
খঙ্দে করিবু পাম্বা লাঙ্তক্লবা থম্মোইনা
চীকখি ময়ানা থম্বাল লৈকা ॥ ২

২। মোড়ই— বৈঃ পঃ ৩। বৈঃ পঃ দা য়াওদে। ৪। মিছুই আশোয়াসল,
৫। অবহুঁ না মীলল কান-বৈঃ পঃ

চাক্লে ইতা থম্মোই লকা   লোইমাইদনা মতম চুপ্পা
লৈতাদে তয়াংবী পুক্লীংসে।
গোবিন্দদাসনা হায়জে   তাবিয়ু হে নীংথিবী
নঙ্না মাবু ফংগনি শোয়রোই ॥ ৩

অতোপ্পা খূদম অমগা অমুক—

( শক্লীংবা রাগদা শকপা য়াই )

শ্যাম পানে চাহিয়া অকাজ বৈলাম ॥
দিবস রজনি   আন নাহি জানি
ভাবিতে গুণিতে মৈলাম ॥ ধ্রু
দাঁড়াইয়া তরুমূলে   আনন্দ করিল মোরে
ঈষত বঙ্কিম দিঠি চাইয়া।
ঘরে যাইতে না লয় মন   যাউক জাতি কুলধন
চিকণ শ্যামের বালাই লৈয়া ॥ ১
অঙ্গের ভঙ্গিমা দেখি   প্রেমে পূরিত আঁখি
মনে মোর আন নাহি ভায়।
চিত্ত নিবারিয়া যদি   বিরলে বসিয়া থাকি
* মন কেনে শ্যাম পানে ধায় ॥
বিখেণে যমুনা গেলাম   কিরূপ দেখিয়া আইলাম
ঘরেতে আসিয়া হৈলু জোরি।
গোপত অনন্ত কয়   জ্বর জ্বালা কিছু নয়
কানু করিয়াছে মন চোরি ॥ ৩

---

* বৈঃ পঃ লাঃ ২৪৩ য়েংউ। খূদম আসগী মথাদা লাইন ৬ থক লৈবা উগ মহু শাংমনবদগী ওজাশিংনা থাদোক্লম্বা ওইবা য়াই

## অর্থ

করি নুংগী য়েংলুবা অরেম্বদা ঐনা শ্যাম।
অহিং নুংথিল অনি খেন্নদরে ঐদি
থনবদা শিজরে ইথন ॥ ধ্রু
উখা উরুমদা লেপ্তূনা হরাউহনখি ঐবু মানা
নুংশি মিংয়েং লাংথাক্তূনা।
হন্নীংদরে নুমদা ঐদি মাঙ্‌লসনু মহাকথকী
লৈত্রসনু করি ঐগী হায়বা ॥ ১
উরুবদা মাগী শাথেক হাথরে প্রেমদা মিৎসে
মমি তাদে পূক্নীং অতৈ অমা।
যাঙরগা পূক্নীং রানা কমলুবদা ইথন চীক্না
চেনখি পূক্নীং তম্না নাবু তম্না ॥ ২
চৎলুহ্নবা যমুনাদা উরুবা করিবু ঐনা
লাক্লগনা য়ূমদা লাংলি মৈশা।
হায়জৈ লোক্না অনম্বনা করি লৈতে মৈশাদুদি
হূখরে কান্নুনা পূক্নীং নঙ্‌গী ॥ ৩

## ৭। চিত্রপট দর্শন

( চিত্রপট-তা উবা )

কালিয়ার রূপ মরমে লাগিয়া
সোয়াস্ত না পায় মনে ॥ ধ্রু
বিরলে বসিয়া সখীরে কহই
দেখাইলে রহে প্রাণে ॥ ১
এ বোল শুনিয়া বিশাখা ধাইয়া
শ্যাম কলেবর দেখি।

রাইর গোচরে দেখাবার তরে
পাটের উপরে লেখি ॥ ২
আনি চিত্রপট রাইর নিকট
সম্মুখে রাখিলা সখী।
সেরূপ দেখিয়া মুরুছিত হৈয়া
পড়িলা কমল মুখি ॥ ৩
[1]নয়ন যুগল ঝর ঝর জল
যেন সুরধনী বহে।
[2]স্থির কর মন পাবে দরশন
এ দাস উদ্ধব কহে ॥ ৪

অর্থ

নোংলেন নোংঙৌ শক্তম চুখরে লকানুং
লৈতাকম খঙ্দরে পূক্লীং ॥ ধ্রু
নাপচীক্লা লোন্না হায়রকই সখীদা
কল্লু ঐবু উহন্দুনা ॥ ১
তাবদা অসুম্না চেনখি বিশাখানা
য়েংলুনবা শ্যামগী শক্তম।
পুথোকচনীংডুনা রাইগী মিংয়েং মাঙ্দ
য়েক্লক্লে পাংগী মথক্তা ॥ ২
উৎলরে চিত্রপট রাইগী মমাঙ্মক্ত
মতৌ য়েংনা বিশাখানা।
থাজমানবী রাধা হাইথৈ লৈমায়থক্তা
উরুবদা শকফম অতু ॥ ৩

---

১। মন্দাকিনী পারা কত শত ধারা, ও দুটি নয়ানে বহে।
২। করহ চেতন পাবে দরশন দাস উদ্ধবে কহে ॥ বৈঃ পঃ

মিংস্না অনিমক্তা শিস্থে পিরাং মরী
মন্দাকিনী ঈচেলগুম্না।
লৈতাবীয়ু পুরুীং উবীগনি লেপ্পা
উদ্ধ-ব-দা-স-না হায়ৈজে ॥ ৪

× × ×

যেই দেখিয়াছি যমুনার তটে
[১]সেই এইরূপে দেখি চিত্রপটে ॥ ১
যার গুণ তুমি কহিলা বিশাখা
সেই এই পটে আছে লেখা ॥ ২
যাহার মুরলী ধ্বনি শুনি
সেই বটে কি এই রসিক মণি[২] ॥ ধ্রু
এই মোর হরিয়াছে প্রাণ
ইহা বিনে কেহ নহে আন ॥ ৩
এত কহি মুরছি পড়য়ে
সখিগণ ধরিয়া তুলয়ে ॥ ৪
পুন কহে পাইয়া চেতনে
কি দেখিলুঙ্ দেখাও সে বদনে[৩] ॥ ৫
সখিগণ কহয়ে আশ্বাস
কহে দীন ঘনশ্যাম দাস ॥ ৬

অথ

উখিবদো ঐনা যমুনা মপান্দা
'সিনি শোয়দে ইতা হুজিক উরিবসি ॥ ১
হায়খিবদো ইতা মাগী মগুণ নঙ্না
য়েক্লি মতুমক চিত্রপট 'সিদা ॥ ২

---

১। এই সেইরূপে, ২। গুণমণি ৩। জনে— বৈঃ পঃ

তাখিবা বাঁশী মখোন্দো ঐনা
খোংখিবরা মহাক অসিমক্লা ॥ ২
হুখিবদো পূরুীং হকচাং ঐগী
নস্তে অতৈ কনা মাবু নস্তা ॥ ৩
অসুম হায়না তাখি লৈমায়থক্তা
কোনখৎলি সখীনা তফিং তফিং ॥ ৪
হায়রকই অমুক মিৎ পাঙ্লক্লগা
উহল্লু মশক উরিবসিগী ॥ ৫
প্রেমজিনজখি কোয়না সখীশিংনা
শকচৈ মতৌ তোন্না ঘনশ্যামনা ॥ ৬

---

## ৮। স্বপ্ন দর্শন

( মঙ্দা উবা )

আজুক স্বপনে দেখিল নয়ানে
কিয়ে অপরূপ তাতে।
নয়ন পলকে বিজুরী ঝলকে
চাহনি বজ্রের ঘাতে ॥
× × ×
রূপের তুলনা নাহিক ওর।
হৃদয়ে পশিয়া মরমে ধরিয়া
কুল শীল নিল[১] মোর ॥
এ দিন রজনী মুরুলীর ধ্বনি
শুনিয়া কাঁপয়ে হিয়া।
ধৈরজ না ধরে দুটি আঁখি ঝুরে
[২]ওই না রূপ নিরখিয়া ॥

১। নাশা, ২। এই রূপ—পাঠ

রূপের পাথারে ভাসাওল মোরে
পরাণে না পাই থাও।
উদ্ধবের হিয়া স্বপনে দেখিয়া
ঔলায়া পাতিছে গাও॥

## অর্থ

খিনে মিৎনা ওসিগী মঙ্লান্দা
ওইথোক্লবা শকফম অমা।
নীংথিবা মিৎস্নাদা কুপই নোংথাঙ্ মঙান
পাংখক্লি মিৎয়েংনা বজ্ঞ॥ ১
× × ×
শক্নী চাংদম্নফন নৈতে করি অমা।
থম্মোইদা তাহ্নুনা লকাদা চূদ্নুনা
মাঙ্লে লোইনা ইকাই ইকি॥ ক্র
অহিং মুংথিল নাইদে তনিকলি থম্মোইসে
তারুবদা বাঁশী খোন্থাঙ্।
উরুবদা মাবু কংদে মিৎত পিরাং
নৈতাফম খঙ্দরে পূক্নীং॥ ২
তাউথোকহল্লি ঐবু শক্নী ঈপাক্তবু
হামচৎনবী ওইরে থবায়।
উদ্ধবদাসনা উজহ্নুনা মঙ্দা
শকচৈ হরাউ ভুজং-জনা॥ ৩

উবগী মথল অহুম তাকপা লোইরে।
অহুম্না পূন্না পূর্ব্বরাগ মথল নিপানগী মশক্তি অসিনি।

# মান

## ( ওইনবা, শাউবা )

দম্পত্যোর্ভাব একত্র সতোরপ্যনুরক্তয়োঃ
স্বাভীষ্টাশ্লেষবীক্ষাদিনিরোধী মান উচ্যতে ॥

... ... ... ...

অস্য প্রণয় এব স্যান্মানস্য পদমুত্তমম্।
সোঽয়ং সহেতুর্নির্হেতু ভেদেন দ্বিবিধো মতঃ

অর্থ

মফম অমত্তদা লৈমিন্নবা ওইরবস্তু, অমনা অমনু নীংনঙ্গবদস্তু নায়ক নায়িকা অনিনা মানা মানা পান্নজবা মতুংইন্না শাগোন্নবা, য়েংনবা, চূপ্পবা, নুংশি থাহৈনা থাবী-থাতাই শামিন্নবা অসিনচিংবগী থবক্তা অপনবা ওইহনবা অচুম্বা ভাব অদুবু "মান" হায়না কৌই ॥ ১

হায়রিবা মান অসিগী অমত্তা ওয়বা তুংফমদি 'প্রণয়'-তদনি হায়বদি নুংশিবা ( প্রণয় ) লৈবা মফমতদা 'মান' হায়বসি লৈ।

মান মখল অনিনি, মতুদি— মরম লৈবা ( সহেতু ) অমদি মরম লৈতবা ( নির্হেতু )।

শ্রুতং চানুমিতং দৃষ্টং তদ্ বৈশিষ্ট্যং ত্রিধা মতম্ ॥

অর্থ

য়েক্লবগী অফবা মতৌ ওইথিবদগী ওইবা মানগী মখল অহুমনি মতুদি— শ্রুত— তাবদগী, দৃষ্ট— উরবদগী অমসুং অনুমিত—অনুমানদগী হায়বদি ওইরমগনি হায়না মপা লাকলুবদগী ওইবা।

### শ্রবণম্

( তাবদগী ওইবা )—

শ্রবণন্তু প্রিয়সখী শুকাদীনাং মুখাদ্ভবেৎ ॥

অর্থ

চান্নবী সখী নত্রগা তেনবানচিংবগী মচীন্দগী তাবা।

## অনুমিতং

( মপা লাকপদগী )

ভোগাঙ্কগোত্রস্খলনস্বপ্নৈরনুমিতিস্ত্রিধা

অর্থ

অনুমিত মখল অহুমনি মদুদি—

লৈপুন খূদম উবদগী, য়েক্নবগী মমিং পল্লকপদগী ( চীহ্লাং থরাং হায়দোরকপা তাবদগী ) অমসূং মঙ্-হাদা শেয়াম্নবা মওঙ্ মতৌ উরম্বদগী মপা লাক্তুনা তৌবা মান।

মসিগী মনুংদা ভোগাঙ্কগীদি মখল অনিনি—

ভোগাঙ্কো দৃশ্যতে গাত্রে বিপক্ষস্য প্রিয়স্য চ।

অর্থ

য়েক্নবী নায়িকাগী নত্রগা চান্নবা নায়ক অদুগী মশাদা পকপা লৈপুন খূদম উবদগী মপা লাক্তুনা শাউবা ( মান ) অসুম্না মসিগী মখল অনি লৈ।

মরম লৈবা মানগী মখল—

১। সখীমুখ মান

( সখীগী চীন্দগী তাবা )

### খুদম

[1]প্রিয়সখি নিকটে যাই কহে দ্রুতগতি
শুন ধনি চতুরিণি রাধে!
চন্দ্রাবলি সঙ্গে [2]কানু রজনি আজু
কামে পূরায়ল সাধে॥

× × ×

১। খুৎইদদি— প্রিয়ললিতা সখি নিয়ড়ে যাইতে কহে। ২। আজুক রজনী কানু

ঐছন শুনইতে বাত।
অরুণিত লোচন গর গর অন্তর
রোখে পুরল সব গাত ॥ ধ্রু
আপনক কামে কামি [3]যেই কামিনী
রসিক মরম নাহি জান।
সো মঝু বিদগধ নাহক বলে ছলে
কত না কয়ল অপমান ॥ ২
চঞ্চল মনহি থীর নাহি হোয়ত
কামে [4]লুবধচিত কান।
ঐছন নাহক বদন না হেরব
উদ্ধবদাস পরমাণ ॥ ৩

বৈঃ পঃ ১০৫

অর্থ

চান্নজবী সখীনা হায়রকই রাইবু য়েংনা
তারিবরা হৈশিংজবী রাধে।
লেনখি অহিং চুপ্পা ওসি চন্দ্রাবলীগা
নীংবা থুংনা নবূংঙোনা ॥ ১
× × × ×
তারবদা সখীগী পাউদম।
শূকখি পীশূম রাধা মৈহুম চূনা লকা
চাকশিল্লকই থাঙ্-ঙমদনা ॥ ধ্রু
মশাতগী ঈরাংদা ঈথক্ হৌবী নুপীদো
খঙ্দ্রবনি মদো রসতত্ত্ব।
মতাং চাউবা মানি লৌনশ্বা হালেংদবা
মায়থীহল্লি ঐবু কয়া থোক্না ॥

৩। হৈয়া, ৪। কামে লোভিত ভেল কান

মমিং য়াম্বা মানি মপূক লেপ্তবনি
থুজৈ লাংদ মশানা পাম্না।
উক্তমীংদে মশক য়েংলোই হন্না অমুক
সাক্ষিনি উদ্ধবদাসনা॥

মান হায়বদু করম্না তৌগদগে হায়বগী মরমদা সখীনা নৌরিবী নায়িকাগী মফমদা তাকপি-তম্বীবগী মওঙ, অমা মখাদা উৎলি।

রাগ সুহই

দুরহি নয়ানে নয়ানে না হেরবি
নিয়ড়ে রহবি স্থিরনাই।
পরশিতে নিরখি করহি কর বারবি
যতনে রোখ নিরমাই॥ ১
সুন্দরি অতয়ে শিখাওমু তোয়।
বিনহি মান কিয়ে সো বহু-বল্লভ
কবহুঁ আপন নাহি হোয়॥ ধ্রু
পুছতহি গোরি চমকি মুখ মোড়বি
হাসয়ে তুহুঁ জনি হাস কানু।
করইতে মিনতি শুনহি নহি শুনবি
কহবি আনহি আন ভাষ॥ ২
পড়ইতে চরণে বারবি সো মুখ পঙ্কজে
পুরবিত সুমুখ চাঁদ।
গোবিন্দদাস কহ যাক ধৈরজ নহ
তাহে কি এত পরবন্ধ॥ ৩

অর্থ

য়েংলুগন্নু মিৎনা লাপ্নিঙৈদগী মাবু
লৈগনি নকোন্দা তুমিন কন্না।

ঈশ্বোক্কনি নখৃৎনা শোক্লবদা মখৃৎনা
থাফদে অশাঙৈবা শকযম্মদি ॥

নীংথিবী, অতুনা তাকপনি নঙ্‌বু।
লৈগনি অতুম শাউনা নোম্লবসু মানা
নঙ্‌গী নত্তে খঙ্‌উ মিৎয়াম্বদো ॥ ধ্রু
বাহং পাউহংলকপা লৈথোক্কনি নমায় ফিংনা
নোক্কনি মহাকসু নোক্লগতা নঙ্‌না।
হায়জ নোনজ মতৌবু তাফরোই তানমক নঙ্‌না
হায়গনি নঙ্‌না তায়োম্লব ঙাক্লা ॥ ২
তুবরগা নখোঙ্‌দা ঈশ্বোক্কনি মাগী মায়থোং
লৈথোক্কনি নমায়সু নঙগী।
গোবিন্দদাসনা হায় কাম্নরোই ঙমলোই মন্থ
থৌরাঙ্‌লুগম্লু অতুক রানা ॥ ৩

২। শুকমুখ মান

( তেনরাগী মচীন্দা তাবদগী শুইবা )

তরুপর [১]হৈয়া শুক ফুকারিয়া
কহই আপন স্বরে।
[২]কৃষ্ণেরে লইয়া [৩]বিপক্ষ চলিলা
[৪]কাম পুরাবার তরে ॥ ১
× × ×
রাই শুনিয়া এমন কথা।
অভিমান হয়া কুপিত হইয়া
মরমে পাওল বেথা ॥ ধ্রু

১। বৈয়া, ২। কান্থরে, ৩। চলিল ধাইয়া, ৪। পদ্মা সহচরী ঘরে —বৈঃ পঃ

নিতি হেনরূপে অপমান করে
আপন কামের লাগি।
রজনি সময়ে তাহার মন্দিরে
যাইয়া দিয়াব আগি ॥ ২
তার কিবা দোষ চঞ্চল নাগর
মোর বশ নাহি হয়।
পুন হামু তার মুখে না হেরব
এ দাস উদ্ধব কয় ॥ ৩

অর্থ

তোংত্থনা উশাদা হায়রকই তেনবা
মশাগী মরোন্দা শেংবা।
চৎখরে য়েক্লবা পুখরে কৃষ্ণবু
মাগী মনীং থুংজনবা ॥ ১
তারুবদা অসিগুম্বা রা।
ওইনচাউবী ওইরে থম্মোই রাম্মে ওমলে
শাউবনা হেনখরে রাধা ॥ ধ্রু
নিতি মুমিৎ থৃদীং অসিগুম্বা শাজৎ
হালেংদবা মাগী মনাৎ ॥
চত্থনা অহিংদা লৈফম তম্না মাগী
চৃহনগে ময়ূমদা মৈরি।
লান্দে করি মাদি লাইবক্তি ঐতগী
ফারুওমদে মাবু ঐনা।
য়েংলোই অমুক ঐনা মাগী চেংলো শক্তম
উদ্ধবদাসনা হায়জৈ ॥ ৩

## ৩। মুরলী মান

( বাঁশী খোঞ্জেল তাবদগী )

কদম্ব তরুমূলে দাঁড়াইয়া শ্যাম।
মুরলীতে [১]বলে চন্দ্রাবলী নাম॥ ১
যাব ট [২]থাকিয়া রাই এ বোল শুনিয়া
অরুণ নয়ানে কুপি গরলহ হিয়া॥ ২
এ রূপ যৌবনে তার না পূরিল আশ
কি সুখে গমন সদা বিপক্ষের পাশ॥ ৩॥ ধ্রু
চঞ্চল শ্যামের প্রেম হৈল [৩]সমাধান
এ দাস উদ্ধব ইথে রহে পরমাণ॥ ৪

অর্থ

কদম পাম্বী মখোঙ্দা লেপ্লগা শ্যামরায়
কৌরি চন্দ্রাবলী খোংতুনা মুরলী॥
যাবট য়ুমদা লৈনা লৈনা তাতুনা শ্রীরাধা
শাউরি পীশূম থেক্লা থম্মোই মৈহুম চুনা॥ ২
মথোন কাবী ইতৌ ঐগী খোয়দাদবা মতৌ
করিদা পেল্লিবা মানা য়েক্ল-কাদা-চৎনা॥ ৩॥ ধ্রু
লৈতাদবা শ্যামগী প্রেম থকলে ঙসি ঈচেল
লেঙ্দবা সাক্ষীনি ঐনা মনাই উদ্ধবদাস॥ ৪

তাবদগী ওইবা মানগী মথলদি অসিনি।

১। গান করে, ২। থাকিতে; ৩। সমাপন— রস ৬৪

## ৪। ভোগাঙ্ক দর্শন

( লৈপুন খূদম উবা )

নায়কী মশাদা লৈপুন খূদম উবগী মতৌ উংলি মরুদি—

পদ

ক। মধুঋতু রজনি উজাগরি নাগরি
নাগর মিলনক আশে।
সো রস আলস আনমত [২]হোয়লু
ভৈগেল তবহি নৈরাশে ॥ ১
অপরূপ প্রেমক রীত।
নিজ-মন্দিরে [৩]পুন মান [৪]করত [৫]ধনি
নাহ পন্থে উপনীত ॥ ধ্রু
হেরল নাহ— বদন যব সুবদনি
নাগর সচকিত [৬]ভেল।
ধনি কহে শুন বর নাগর শেখর
আজু রজনি কাহাঁ [৭]গেল ॥
[৮]সুন্দর সিন্দূর বিন্দু ভাল পর
কিয়ে অপরূপ ভেল শোভা।
অধর সুরঙ্গ রঙ্গ অব হেরিয়ে
[৯]তছুপর মৃগমদ আভা ॥
উরে যাবক হেরি দুখিত হৃদয়ে মঝু
কোন রমণি [১০]অছু কেল।
[১১]রাধামোহন— দাস কিয়ে বোলব
পিরীতি দন্দ [১২]অব ভেল ॥ বৈঃ পঃ ৯১৭

পাঠভেদ— ১। সো সব, ২। হোওলু, ৩। ধনি, ৪। গমন, ৫। পুন, ৬। ভেলা, ৭। গেলা ৮। উরে নখঘাত ভালেপরি সিন্দুর, তছুপর মৃগমদ আভা, ৯। কিয়ে অপরূপ ভেল শোভা, ১০। এ হো, ১১। উদ্ধবদাস তাপ সনে কহতহিঁ, ১২। দুহেঁ।

অর্থ

থসম্ভ অহিং চুপ্না  মিংশেঙ্ থাঙ কৈ রাধা
মবূংঙো ফংগনি রাখন্দা।
রাগনা থনবী মায়থোং  মকশিল্লকখি অসুম
নীংবা কায়জরবী রাধানা ॥ ১

অঙকপনি প্রেমগী লীচং।

চন্দ্রে সঙ্গাই তম্না  শাউরহুনা শ্রীরাধা
থেংনরে লম্বীদা শ্যামগা ॥ ধ্রু

থংপেক থংই শ্যাম  উথিবদা রাইনা
লেপখি মাঙ্দ তৌফম থঙ্দ।
তাবিমু ইবূংঙো  মপা লৈতবা লৌনম্বা
কৈদা লৈরুবা ঙসি অহিং ॥ ২

থূজীন মফম মক্তা  লাইপক্তুনা সিন্দুর
নল্লি থক্তুনা কস্তুরী চন্দন।
ফজরে নীংথিরে  তঙাংবা চীনবান্দো
কস্তুরী চন্দননা লৈতেংবদা ॥
মফম খূদীং যাবক মচু  লাইবক ফবী কনানলো
কায়রি থম্মোই মতু উবতদা।
উদ্ধবদাসনা হায়ঞ্জে  থম্মোই মৈশা লাংনা
প্রেমগী রাধোক্তা বারৈ চেঠৈ ॥
( করিবু হায়সিগে  মনাই-রাধামোহননা
মুংশূক মুংজানরি মুংশি রাধোক্তা ) ॥

খ। বিপক্ষগাত্রে ভোগাঙ্ক

( য়েক্লবগী মশাদা লৈপুন খূদম উবা )

একদিন রাই গাথি দিল শ্যাম গলে।
রসিক নাগর  বিভোর হইয়া
ফেলিল কদম্ব তলে ॥ ১

কথটি বানরি সে মালা লইয়া
দিল চন্দ্রাবলী আগে।
কাহ্নু গলে হইতে মালা পাঠাইল
তোমার শৃঙ্গার মাগে ॥ ২
সেই মালা গলে চন্দ্রাবলী চলে
পথে দেখা রাইসনে।
তা দেখি রাধিকা ক্রোধিত অন্তরে
মানিনী হইলা মনে ॥ ৩
আমার হাতের গাথল মালারে
দেখিয়ে বিপক্ষের গলে।
আর না হেরব কৃষ্ণের বদন
এ দাস উদ্ধব বোলে ॥ ৪

অর্থ

হুকচখিনে নোংনা শ্যামগী ওক্তা লৈগী পরেং ॥
চেকশিন্দবা কালা কদমগী মখোঙ্‌দা
থনম্মী কাউত্নুনা মতু ॥ ১
*কথটিনা উখি খুন্দুনা পুরকখি
পীখি মালা চন্দ্রাবলীদা।
থারকপনি শ্যামনা লৈরাংপরেং মাগী
লৈপুন নঙগী ফংজনীংনা ॥ ২
শিরে ওক্তা মালা চন্দ্রাবলী লাক্লে
থেংনরে লমখাঙদ রাধা।
মৈশা লাংলে লকা উক্লবদা রাধা
চাকশিল্লক্লে থম্মোই খোম্না ॥ ৩

*বৃন্দাবনদা লৈবা রাধাকৃষ্ণ লৌজা যাওজবা কোং অমোম অমগী মমিংনি।

ইখুৎনা লেংজবা লৈগাং পরেংসিঙ্
উরবকো মীগী মওক্তা।
উ-দ্ধ-ব-দা-স-না হায়রৈ শাউরগ্ নবা
য়েংলোই অমুক অমুবদো ॥ ৫

---

৫। গোত্রস্খলন

( চীহ্লাং-খরাং য়েক্লবগী মিং হায়দোরকপা তাবা )

মহুগী খূদম—

রাই কানু বসিয়াছে একঠাম।
পরসঙ্গে কহে কাহ্নু চন্দ্রাবলি নাম ॥ ১
শুনিয়া রাধিকা মনে হৈল ক্রোধময়
বিপক্ষের নাম শ্যাম মোর আগে কয় ॥ ধ্রু
রাইয়েরে মানিনী দেখি বিদগধ রায়
কহিতে লাগিলা কথা কাতর হিয়ায় ॥ ৩
চন্দ্রাবলীর মুখে তুহারি তুলনা
উলটি বুঝিয়া তুহুঁ কহ অন্যজনা ॥ ৪
মানিনী না শুনে কথা আপনার রোষে
কতহুঁ কহঁত মিনতি কহে উদ্ধবদাসে ॥ ৫

অর্থ

তাল্লি অনি ফম্মিয়না রাধা কানু।
চীহ্লাং-খরাং পনখি কানু চন্দ্রাবলীমিং ॥ ১
তাবদা রাধানা বারৌখি লকানুংদা
পল্লি ইয়াও মক্তা ঐগী য়েক্লবগী মিং।
উবদা শাউবা রাধা থবায় বাখি শ্যাম
থেমহুনা হায়রকই কয়া নটবর রায় ॥ ৩

চন্দ্রাবলী শকখীবী নঙ্গবু চাংদম্বা।
মাপ শেন্দাননা নঙনা লৌরি অমগুম্না॥ ৩
হাপখিদে নাপদা রাধা হেনখিবনা শাউবা।
উদ্ধবদাসনা হায়জে কয়া থোক্না নোম্না॥ ৪

---

৬। স্বপ্ন দর্শন

( মঙদা নায়কনা অতোপ্পী নায়িকাগা লৈমিন্নবা উবা )

পদ

শয়ন মন্দিরে     শুতিয়া রহিতে
দেখিনু নিন্দের ঘরে।
কানু যার সনে     শৃঙ্গারে গমন
করিয়া আপন কোরে॥ ১
চেতন পাইয়া     না বোলি স্বপনে
মানিনী হইলা রাই।
নিতি হেনরূপে     করি অপমানে
কি জানি কি সুখ পাই॥ ২
কভু না গণ্ডিব     চঞ্চল নাগর
সদাই কামেতে রত।
নিতি নিতি সেই     করয়ে এ মতি
তাহা বা সহিব কত॥ ৩
আমার পিরীতি     হৈল সমাধান
আর না হেরিব মুখ।
স্বপনের কথা     প্রমাণ জানিলে
উদ্ধবের মনে দুখ॥ ৪

অর্থ

মণি মন্দিরদা চেপ্লিঙৈ রাধানা
উখিনে মঙ্লান্দ কৃষ্ণ।
অতোপ্পী অমবু কোনশিন্দুনা চেংনা
লৈপুন লীলা শান্নে কানু॥ ১
মঙ্দি তমথোক্তনা মিকপ থোরক্লগা
লৈখরে শাউদুনা রাধা॥
নিতি হুমিং খুদীং উশীত্তবা অহুম
পেল্লিবা করিদা মানা॥ ২
তৌরসনু মনীং ঙাঙ্লরোই করিস্থ
ঈথক ঈরাংতদা তাউবা।
নিতি হুমিং খুদীং অহুমত তৌবা
খাঙ্লসিগে করম ঐবু॥ ৩
তংলে ঙসিদগী ঐগী মাগী মরী
য়েংলোই ঐনা অমুক মাবু।
মঙ্গী বানা অহুম অশেংবা ওইরবা
উদ্ধবকী পুক্নীংদ রাজে॥ ৪

মরম লৈবা মানগী মথল তরুক্তি অসিনি

---

## মরম লৈতবা মানগী মথল—

সহেতুঃ ষড়্বিধং নির্হেতু দ্বিবিধো মতঃ।
কারণাভাসস্যাপি পুনশ্চাকারণোত্তমঃ॥

**অর্থ**—মরম লৈবা মানগী মথল তরুক্তি। মরম লৈতবা মানগীনা মথল অনিনি। মসিদা অমুকস্থ কারণাভাস অমসুং অকারণাভাস হায়বা অনি অমসু অমুক লৈরি। আভাস হায়বদি মপাং লাকপা হায়বনি।

## ৭। কারণাভাস

( মরম লৈনা মপা লাকপগী মতৌ )

পদ

(ক) রসবতি রহই রসিকবর ঠাম।
শ্যামতনু মুকুরে হেরই অনুপাম ॥ ১
নিজ প্রতিবিম্ব শ্যাম অঙ্গে হেরি।
রোখে কহত ধনি আনন ফেরি ॥ ২
নাগর এত কিয়ে চঞ্চল ভেলি।
হামারি সমুখে করে আন [1]সনে কেলি।। ৩ ॥ ধ্রু
এত কহি রাই কয়ল তহি মান।
উদ্ধবদাস [2]ভেল অরুণ নয়ান ॥ ৪

× × ×

রাইক মান হেরি রসিকবর নাগর
মন মহা ভেল মহাভীতে।
পীতবসন গলে ঠাড়াহি করজোড়ি
কহতহি গদ গদ চীতে।। ১
সুন্দরি মিছহি করসি মঝু মান।
নিরহেতু জানি তুহুঁ অব রোখলি
প্রতিবিম্ব হেরি কহ আন ॥ ধ্রু

অর্থ (ক)

লৈনা লৈনা রাধানা কৃষ্ণগী মনাকমক্তা
মপা লৈত-লংলবা শ্যামগী কুচু-মিংশেন্দা ॥ ১
মমি তাবা উখি মশামক্তী শকফন্নু
শাউনা হায়রকই রাধা মায়থোং লৈথোক্লা ॥ ২

১। সঙ্গে, ২। মিনতি করু পায়— বৈঃ পঃ ৫০৮

তয়াং তশোইবা অমুক করিগীদমক।
শাম্নৈ ইমাঙ্ মক্ত ঐগী অতোপ্পী অমগা ॥ ৩
অমুম হায়না রাই লৈথরে মানবু তৌনা।
লৈজৈ উদ্ধবদাস ঈরা চেন্না মিংতা ॥ ৪

× × ×

রারে থবায় হরি উবদা শাউবা রাধা
কিখিবনা লোইরে থম্মোইন্নুংদা
লেপ্লে থুংলোম্নতুনা সনা ফীগে ঙক্কা থোংনা
হায়জতুনা কয়া থোক্লা মাঙ দা ॥
নীংথিবী করিগী শাউরি অরেম্বদা
করি নত্ত শাউরি নঙ্না মরম লৈতনা
অতোপ্পনি খল্লি নম্নিমকপু ॥ ধ্রু

অতোপ্পা প্রতিবিম্ব মানগী মশক অমস্ মখাদা উৎলি—

ধানসী

(খ) যাহা সখিগণ সব রাই বুঝায়ত
তুরিতে আওল তাহাঁ কান।
হেরইতে কমল- বয়নি ধনি মানিনি
অবনত করল বয়ান ॥
হেরইতে নাগর গদ গদ অন্তর
মনমহা ভেল বহুভীতে।
গলে পীতাম্বর চরণ যুগল ধর
কহতহি গদ গদ চীতে ॥
সুন্দরি কবহু মুঝে মান।
নিরহেতু হেতু জানি তুহুঁ রোখলি
প্রতিবিম্ব হেরি কহ আন ॥ ধ্রু

তুয়া বিনে নয়নে আন নাহি হেরিয়ে
না কহিয়ে আন সঞে বাত ॥
তোহারি সখিনি বিনে বাত না পুছিয়ে
না হাসিয়ে কাহুঁক সাথ ॥
[১]তব তুহুঁ কাহে মান মুঝে করতহি
না বুঝিয়ে তুয়া মনকাজে ॥
উদ্ধবদাস মিনতি করি কহতহি
হেরহ নাগর রাজে ॥ বৈঃ পঃ

অন্য

লাক্লি হরি নুংশাথীনা মফমতুদা তম্না
রাধাবু থেনলিবা সখিশিংনা ।
উরবদা শ্রীহরি মিৎস্নাথস্নাল্লৈকা মানবী
লুকথখরে মায়থোং লৈখা তম্না ।।
খঙ্লবদা শ্রীহরি থম্মোই তনিক তনিক
কিজবনা লোইবে লকান্নুংদা ।
সনাফীগে গুঞ্জা কোয়না য়েৎনা ঙক্তা
হায়জরকই রাইবু খুরুমতুনা ॥
শাউরি করিগী করি নত্ত নীংথিবী
মরম লৈতনা শেবাম্নতুনা ।
নশাগী নমিবু অতোপ্পগুম্না ॥ ধ্রু
লৈতে য়েংবা ইমিৎসিনা নঙ্গী মায়থোং নত্তা
কৌন ঙাঙ্নরুদে অতৈ কনা ।।
রাহং পাউহংজদে ঐনা নতাশিং নত্তনা
নোকমিন্নরুদে কনা'মগা ॥

১—অব ?

থঙ্‌বা ভমদে ঐনা শাউরিবা কব্রিগী নঙ্‌না
উরুভমদে ঐনা নঙ্‌গী পুক্নীং।
হায়জরিনে খুরুমজহ্না, উ-দ্ধ-ব-দা-স-না
য়েংবিয়ু হুন্না নবুংঙোসে॥ বৈঃ পঃ ৫০৮

৮। অকারণাভাস

( মরম লৈতনা মপা লাকপা মতৌ )

ভূপালী

রসবতি রাধা রসিকবর কান
[১]না জানিয়ে কিন করল তুহুঁ মান॥ ১
তুহুঁ অতি রোখে বিমুখ ভই বৈঠ।
তুহুঁ চললি যমুনা [২]জল পৈঠ॥ ২
কি কহব রে সখি কহইতে হাস।
কিয়ে কিয়ে অদভুত তুহুঁক বিলাস॥ ধ্রু
[৩]লোচনে লোর ভরি তুহুঁ তুহুঁ পন্থ।
[৪]তুহুঁ পায়ে মিললি নিকুঞ্জক অন্ত॥ ৩
তুহুঁ তুহুঁ পুছইতে তুহুঁ ভেল[৫] বাম।
তুহুঁ [৬]তুহুঁ কহন নিজ সহচরি নাম॥ ৪
ভরমে [৭]কহল তুহুঁ মরমক বোল।
সহচরি বোলি[৮] তুহুঁ করু কোল॥ ৫
যব তুহুঁ মেলি আলিঙ্গন দেল
গোবিন্দদাস কহ [৯]নিরহেতু ভেল॥ ৬

১। কো জানে কাহে করল, ২। জলে, ৩। লোচন লোরে ভোরি, ৪। পাওল তিমির, ৫। মতি, ৬। সে কহল, ৭। কহত, ৮। ছুরে, ৯। তব কিয়ে— বৈঃ পঃ ৬৩১

## অর্থ

কৌন ভাঙ্ মদরে রাধা কৃষ্ণ অনি।
কৈদগীনো খঙ্দে শাউনৈ মহৈ মহৈ॥ ১
হেন্না শাউনৈ অনি গুম্বোকৈ মায়থোং অনি।
চৎনৈ যমুনাদা মরম করি লৈতা॥ ২
নোঙ্গীংদরনে সখি অনিগী মতৌসে
ঙক্লিবনো কয়া য়েংসি 'তুমিন্নতুম॥ ধ্রু
পিরাং মরীতনা উদে লম্বী মহৈ মহৈ।
খোঙ্দা খোঙ্না লৌশিন্নৈ নিকুঞ্জ ময়াদা॥ ৩
হংনখিদে মহৈ মহৈ নাগী মাগী মমিং
মহৈ মহৈ কৌনরি মাগী মাগী সখী মমিং॥ ৪
তমনরি খঙ্দনা নুংগী মৈচাক অনিমক্কা।
কোনশিন্নার অনি মাগী মাগী সখী ওইনা॥ ৫
অনিনা অস্নুন্না কোন্নখবা চেৎনা
নাতৈ চাদে হায়জৈ গোবিন্দ মনাইনা॥ ৬

মরম লৈতনা মান তৌবগী মশকতি অসিনি।
মতাং অসিদা মান মথল ৮ তাকপা লোইরে।

# প্রেম বৈচিত্র্য

## ( প্রেমনা ঙাওবা মতৌ )

প্রিয়স্য সন্নিকর্ষেঽপি প্রেমোৎকর্ষস্বভাবতঃ।
যা বিশ্লেষধিয়ার্ত্তিস্তৎ প্রেমবৈচিত্ত্যমুচ্যতে ॥

অর্থ

চান্নবগী মনাক্তা লৈন লৈনমক হেনগৎলকপা ( পাখৎলকপা ) প্রেমগী মতৌনা মরম ওইদুনা কায়ন নৈহুম লাৎবগী অবাবা নংবা মতৌ অদুবু 'প্রেম বৈচিত্ত্য' হায়না কৌই। মসি নায়ককী, নায়িকাগী অমুম্না অনি থোকই।

বিলাসমনুরাগস্তু কুত্রচিৎ কমপি ব্রজন্।
পার্শ্বেসন্তমপি প্রেষ্ঠং হারিতং কুরুতেস্ফুটম্ ॥

অর্থ

খঙ্-ঙমদ্রবা মতৌগী ওইবা অহকপা অনুরাগনা ( নুংগী থাখলনা ) অমুম অমুম হেন্না পাখৎলক্লুনা করি করিগুম্বদা মনাক্তা লৈবা চান্নবদুবু ফাওবা তশেংনা হেক মাঙ্খ্রবমক্লুম তৌরকপা য়াওই।

## অনুরাগ

শ্রীকৃষ্ণদা লৈবা রাগনা অনৌ অনৌবা ভাবতা মথৎ মথৎ পোকথোরকপা মতৌবু অনুরাগ হায়না কৌই।

সদানুভূতমপি যঃ কুর্য্যান্নবনবং প্রিয়ম্।
রাগোভবন্নবনবঃ সোঽনুরাগ ইতীর্য্যতে ॥
অনুরাগো ভবেত্রিধা রূপাদাক্ষেপতঃ ক্রমাৎ।
অভিসারানুরাগাশ্চ জ্ঞায়ন্তে রসিকৈর্জনৈঃ ॥

অসিগুম্বা অনুরাগ অসি মখল অহুমনি মহুদি রূপানুরাগ, আক্ষেপানুরাগ অমস্তুং অভিসারানুরাগ।

## আক্ষেপানুরাগ

মসিগী মখল ৮নি মহুদি—

*কৃষ্ণঞ্চ মুরলিঞ্চৈব তস্মাত্মানং সখীন্ প্রতি।
দূতী কান্তেচ কন্দর্পে আক্ষেপা গুরুবর্গকে॥

অর্থ

শ্রীকৃষ্ণদা, মুরলীদা, মশা মথন্তদা, সখীগী মফমদা, দূতীদা (পাউপুবীদা), নোংদম্বা লাইগী মফমদা, কামদেবদা অমদি থক্কী গুরুজনশিংগী মফমদা নিন্দা তৌবা (শাউবা)॥

## রসোদ্গারঃ

"রসোদগারং মিলিত্বা চ প্রেমবৈচিত্ত্য কথ্যতে।"

অর্থ

রসোদগারগা তিন্নরগা 'প্রেমবৈচিত্ত্য' কৌই হায়বদি মসিনা প্রেমগী হেনগৎপা মতৌ ওইহল্লি। মসিগী মখল অনিনি মহুদি—মশানা নত্রগা সখীনা হায়বা অমুমা।

## অভিসারোৎকণ্ঠা

অভিসারগী মনাঙ্‌দা ওইবা 'উৎকণ্ঠা' (লাঙ্‌তক্কবা) অদুবু অভিসারোৎকণ্ঠা হায়না কৌই।

প্রেমবৈচিত্ত্য মখল ৮ দি মসিনি।

---

মতম পুম্নমক্তা লোয়নতুনতা লৈবা চান্নববু অনৌবা অহেনবা রাগনা মরম ওইদুনা ঋংনঙ্রিবগুম্বা মতৌগী শাঙৎ চৎলকপবু 'অনুরাগ' কৌই। অমনা অমগী মখা পোনবা, প্রেমদা ভাংচৎনরকপা (প্রেমবৈচিত্ত্য), খরায়পান্দবা পোৎমক ওইনা কাওবা হেক পোক্ন-নীংবা, শেংন-কায়নবিচ্ছেদক্কদহু লৈপুব-ভাবনা হেক জুংঙাইরকপা—অসিগুম্বসি অনুরাগগী মতৌনি। গৌড়ীয় বৈষ্ণব অভিধান।

* কৃষ্ণঞ্চ মুরলিঞ্চৈব আত্মানঞ্চ সখীন্ প্রতি।
দূত্যাং ধাতরি কন্দর্পে তথা গুরুগণাদিষু॥ পাঠঃ

মথংদা খুদম মথং মথং পীরি মতুদি—

চান্নবগী মনাক্তা লৈনমক কায়ন-মৈহুম লাংবা

পদ

রোদতি রাধা শ্যাম করি কোর।
হরি হরি [১]কোথা গেও প্রাণনাথ মোর॥ ১
[২]জানবি রে সখি প্রেম [৩]আগিয়ান।
→
নাগর কোরে নাগরি নাহি জ্ঞান॥ ধ্রু
দারুণ বিরহে না হেরই তায়।
সহচরি চিত্র পুতলি সম চায়॥
ঐছেন হেরইতে রাইক রীত।
গোবিন্দদাস [৪]ভেল চিত চমকিত॥ ৩

অর্থ

কপলি রাধা শ্যামগী তম্পাক্তা।
হরি হরি চৎখ্রে কৈদা থরায়গী মবুংঙো॥ ১
য়েংউনে হে সখি মিত্তাঙ্বী প্রেম অসে
খঙ্দরি রাধা মনাকমক্তা কৃষ্ণ॥ ধ্রু
কায়ন-মৈনা রাইনা য়েংলুদরি হন্না।
চান্নবী সখীশিং লেপলি চঙক্লনা॥

য়েংগদবা— →খুদম লৈরিবা মফম অসিদা বৈষ্ণব পদাবলীদদি মখাগী পরেং অনি অসি লৈ মতুদি—

মুরছলি নাগর মুরছলি রাই
বিরহে বেয়াকুল কুল না পাই॥

মসি য়াওরগা নায়িকাগী ওইবদা অকায়বা লৈবদগী লাইগুরুশিংনা থাদোক্লম্বা তাই।

১। কাহাঁ, ২। জানলু, ৩। আগেয়ান, ৪। ভেল অসি বৈঃ পঃ দা য়াওদে।

উবদা রাধাগী অসিগুম্বা মতৌ
ঙকচানৱি মনাই গোবিন্দদাস ।। ৩

## বিলাসকী মতমদা ওইবা মতৌ অমা

### পদ

### কেদার

শ্যামরু কোরে যতনে ধনি সুতল
মদন আলসে তুহুঁ ভোর।
ভুজে ভুজে বন্ধন নিবিড় আলিঙ্গন
জনু কাঞ্চন মণি জোর।। ১
কোরহি শ্যাম চমকি ধনি বোলত
কবে মোহে মিলব কান।
হৃদয়ক তাপ তবহিঁ মঝু মিটব
অমিয়া করব সিনান ।। ২
সো মুখ-মাধুরি-পঙ্কজ না হেরই
সোঙরি সোঙরি মন ঝুর ।
সো তনু সরস-পরশ যব পাওব
তবহিঁ মনোরথ পূর ।। ৩
এত কহি সুন্দরী দীর্ঘ নিশ্বাসই
মূরুছিতে হরল গেয়ান ।
আকুল রাই শ্যাম পরবোধই
গোবিন্দদাস পরমাণ।। ৪

---

মসিদু নৈপুন লীলা হায়না লৌবম্ব ৱাই

অর্থ

শ্যামগী তম্পাক্তা ঙাল্লি রাধা হরাউনা
তাউনরি অনিমক প্রেমদ-লুপ্পা।
য়েংবৈ পাম্বোন পাম্বোম কোম্নরি চেংনা চান্ন
থামলি য়েংউ সনাদা-তম্ফা ॥ ১
শ্যামগী তম্পাকমক্তা ঙকলি রাধা বিনোদিনী
উগনি কৈদৌঙৈ শ্যামবু ঐনা।
মুংচগনি মৈচাক উজরগত্তা ঐগী শ্যাম
লুপচগনি অমৃত ইরেল ॥ ২
মায়থোং থম্বাল মাগী ঙাল্লদরে মিংকী মমাঙ্
কপ্লি লকা নীংশিং নীংশিং।
শোকচন্নগা মাবু ওইজগনি নীংবা থুংবা
নুংঙাইবা রসগী মশক ওইবা ॥ ৩
অস্থুম হায়না রাধা হোল্লি শোর ফুয়না
লেকথখরে মাঙ্খিদুনা জ্ঞান।
চঙরুরি শ্যাম থেমজিল্লকই রানা
নুংঙাইজরি গোবিন্দদাস ॥ ৪

---

## রূপানুরাগ
## ধানসী

রূপে ভরল দিঠি সোঙরি পরশ মিঠি
পুলক না তেজই অঙ্গ।
মধুর মুরলি রবে শ্রুতি পরি পুরিত
না শুনে আন পরসঙ্গ ॥ ১
সজনি অব কি করবি উপদেশ।

কানু অনুরাগে মোর তনু মন মাতল
না গুণে ধরম লব লেশ ॥ ধ্রু
নাসিকা হো সে অঙ্গের সৌরভে উনমত
বদন না লয়ে আন নাম।
নব নব গুণগণ বান্ধল মঝু মন
ধরম রহব কোন ঠাম ॥ ২
গৃহপতি তরজনে গুরুজন গরজনে
[1]কো জানে উপজয় হাস।
[2]তাহে-এক মনোরথ [3]যদি হয়ে অনুরত
[4]পুছতহি গোবিন্দদাস ॥ ৩ ॥ ২৫

অর্থ

খোল্লি মায়কৈ ফজবনা শোক্লীংবনা লাঙ্‌তক্লনা
তুজুংই তত্তনা ইশা ’পূম্বা।
বাঁশী মখোল মুংশিবা খল্লি নাপমুং ’পূম্বা
তাবা লৈতে অতৈ মখোল অমা ॥ ১
চান্নবী হায়যুগবা করিনো উপায়।
শ্রীকৃষ্ণ অনুরাগদা লৈতাদরে থরায় হকচাং
য়েংদরে ঐদি ধর্ম্মগী মায়কৈ ॥ ধ্রু
লাঙতক্লরি নাতোনসিনা ফংজনীংনা মাগী মনম
পল্লুদরে চান্না অতৈ মিংদি।
শুম্নাংলিনে খনবতদা মাগী মগুণ কয়া কয়া
কৈদনো লৈক্লম ধর্ম্ম-কর্ম্মগী ॥ ২
ঙাঙ্‌বা শকপা য়ুম্বুরেন্না চৈবা থাংবা গুরুজন্না
নোক্লীংই ঐগী থম্মোইনদি।
পূক্নীং য়ুংবা অমত্তদা তারোইদরা অরাবদা
হংগংচৈ মনাই গোবিন্দনা ॥ ৩ ॥ ২৫

১। অন্তরে উপজয় হাস, ২। তহিঁ, ৩। জনি হয়ে অনরথ ৪। পুছত—
বৈ: প: ৬০৩

## শ্রীকৃষ্ণপ্রতি আক্ষেপ

(শ্রীকৃষ্ণদা তৌবা আক্ষেপানুরাগ)

### পদ

বন্ধুহে সকলি আমারি দোষ।
না জানিয়া যদি করিল পিরীতি
কাহারে করিব রোষ ॥ ধ্রু
সুধার সমুদ্র সমুখে দেখিয়ে
খাইনু আপন সুখে।
[1]না জানি খাইলে গরল হইবে
পাইব এতেক দুখে ॥ ১
[2]এ যদি জানিতাম অলপ ইঙ্গিতে
তবে কি [3]এমন করি।
জাতি কুল শীল [4]অর্পন করিল
[5]পশ্চাতে ঝুরিয়া মরি ॥ ২
অনেক আশার ভরসা মরুক
দেখিতে করয়ে সাধ।
প্রথম পিরীতি তাহার নাহিক
ত্রিভাগের [6]আশার আধ ॥ ৩
যাহার লাগিয়া যে জন মরয়ে
[7]তারে কিসে করে আনে।
চণ্ডীদাস কয় [8]এমতি পিরীতি
করয়ে [9]সে কিছু জানে ॥ ৪

১। কে জানে, ২। মো যদি, ৩। অমন, ৪। মজিল সকল, ৫। ঝুরিয়া ঝুরিয়া, ৬। আধের ৭। সেই যদি করে আনে, ৮। এমন, ৯। করয়ে সুজন সনে।

—বৈঃ পঃ ৫৬-৭

## অর্থ

ইন্নালনি ঐতগী পুন্নমক অসে।
খঙদবনা ঐনা ইথন লাংদ থুবা
শাউরুগবা কনাদবু ॥ ধ্রু
উরুহুনা মাঙ্দা অমৃতগী ইরেল
থকচিল্লুই ইথস্তা পেন্না।
খঙ্লুদে ঐহাক্না ওইরমগনি হুবু
ফংগনি অস্নুমা ন্নাবা ॥
খঙ্লম্বা থোক্লবা খজীক্তং হায়বদা
ন্নারম্লোইকো অস্নুমদি।
কথোকচরুই লোইনা খাকচবা নৈত্তনা
হুজীক্না মমৈদা শিরে ॥ ২
মৃৎলসমু লোইনা তৌজরম্বা আশা
উনীংলে মদূবু হেন্না।
প্রেমবু খঙ্জদ্রিবা মীহুগী আশাদি
শরূক অহুমগী অমত্তনি ॥ ৩
মহাকথকীদমক থানীংবা থন্নায়মক
থাদোক্কবা মাবু করম।
চণ্ডীদাসনা হায় খঙ্ই খজীক মানা
নুপ্পবা অস্নুমা প্রেমদা ॥ ৪

## মুরলীপ্রতি আক্ষেপ

### ( মুরলীদা তৌবা আক্ষেপ )

### সুহই

[১]মুরলীকে মিনতি হামু করয়ে বারে বার।
শ্যামের [২]বদনে রহি রাধা রাধা নাম লৈয়া
তুমি [৩]যে না বাজিও আর ॥ ধ্রু
খলের বদনে [৪]থাকে নাম লয়া সদা [৫]ডাকে
[৬]গুরুজন করে অপযশ।
খল হয় যে জনা সেকি ছাড়ে খলপনা
তুমি কেনে হও তার বশ ॥
তুমার মধুর স্বরে রহিতে না পারি ঘরে
[৮]নিঝুরে ঝুরয়ে দুনয়ান।
[৯]প্রথমে বাজিলা যবে কুলশীল গিয়াছে তবে
অবশেষে আছে মোর প্রাণ ॥ ২
যে [১০]বাজ্যাছে সেই ভাল [১১]অভিমান তাহে গেল
তোরে [১২]মুঞি কহিয়ে নিশ্চয়।
[১৩]উদ্ধবদাসে ভণে যে বংশীর গান শুনে
সে [১৪]জনে তেজই কুল ভয় ॥ ৩ ॥ ২৭

### অর্থ

খুরুমজরি হে মুরলী ইকোক নোম্না হন্না হন্না।
শ্যামগী মায়থোংদ পক্তুনা কৌরি নঙনা রাধা রাধা
খোংলগনুগবা অমুক হন্না ॥ ধ্রু

---

। মুরলি রে মিনতি করিয়ে, ২। অধরে রৈয়া, ৩। যেনে, ৪। থাক,
। ডাক, ৬। গুরুজনা, ৭। নারিলাম, ৮। নিঝরে ঝরয়ে, ৯। পহিলে
০। বাজিলা, ১১। ইথেই সকলি গেল, ১২। আমি, ১৩। এ দাস উদ্ধবে,
৪। জন।
—বৈঃ পঃ ৫০৯

মীফত্ত চীন্দ পক্তুনা খোংলকপদো ইমিং কান্না
তাথীরেদো ঐবু গুরুজন্মা।
ফত্তরবদা মশানা থাদোকপরা লৌনম শাজৎ
ওইরুবা করিগী নঙনা মাগী ॥
নুংশিবা নখোন্দা নঙগী লৈঙমদরি ইয়ুম্মক্তা
তাউখোক্লে পিরাংনা ইমিৎ অসে।
তাবদা ভায়রিভৈ'সিদা থরায়তদি লৈহৌরি ঐগী
মাঙখরেদো অতৈ থিবীক ঐগী ॥ ২
তোংজবনি অখোংবদি ঐহাক্নীনা মাঙজবনি
তশেংবনি নঙবু হায়রিবসি।
তারুরবা বাঁশী খোঞ্জেল কায়রবনি ময়ুম মকৈ
উদ্ধবদাস মনাইনা হায়জৈ ॥ ৩

---

## নিজপ্রতি আক্ষেপ

( মথন্তনা মথন্তবু নিন্দা তৌজবা )

কি হৈল কি হৈল [১]মোরে [২]কাহ্নুর পিরীতি
[৩]নিরবধি প্রাণ কাঁদে আঁখি ঝুরে নিতি ॥ ১
[৪]সেই হৈতে স্বাস্ত নাই নিন্দ গেল দূরে।
কানু কানু করি প্রাণ নিরবধি ঝুরে ॥ ২
নবীন পাউসের মীন মরণ না জানে।
নব অনুরাগে [৫]প্রাণ ধৈরজ না মানে ॥ ধ্রু
এ না রস যে না জানে সে না আছে ভাল।
হৃদয়ে [৬]পশিয়া রইলু কালা প্রেম শেল ॥ ৩

---

১। কালা, ২। কানুর, ৩। আঁখি ঝুরে পুলকেতে প্রাণ কাঁদে, ৪। শুইলে সোয়াস্তি, ৫। চিত, ৬। হৃদয়ে রহিল মোর কানু প্রেম শেল,

[7]নবীন পিরীতিখানি আরতির ঘর।
[8]দ্বিজ চণ্ডীদাস ইথে পড়িলা ফাঁফর ॥ ৪

অর্থ

মথোঙ্ খঙ্খিদরে কালা-কানুগী পিরীতি
শিন্থে পিরাং লোইনাইদনা কপই থরায় অসুম ॥ ১
তুন্না হিপ্পা য়াদে ঐদি লৈফম চাফম খঙ্দে।
কৌই কানু থরায়সিনা অহিং নুংথিল চুপ্পা ॥ ২
খঙ্বা লৈতে শিবা নাবা ইপান থাগী ভানা
নব অনুরাগদা লৈতে পুক্নীংগী পোথাবা ॥ ধ্রু
ফরিবনিকো মী অদো রস মশক খঙ্দ্রিবা।
কৃষ্ণপ্রেমনা শুইরে তাশোন থিল্লি থম্মোই থুম্না ॥ ৩
অনৌবা নুংশি য়েন্নীংদি রানবা মশক্তি।
চঙক্লৈজে চণ্ডীদাস তৌফম খঙজদনা ॥ ৪

---

## সখীপ্রতি আক্ষেপ

( সখীগী মফমদা তৌবা আক্ষেপ )

পদ

সখিহে আর কি কহিতে তোরে।
যাহার লাগিয়া সব তেয়াগিনু
সে কেনে বাসয়ে পর ॥ ধ্রু
যদি বা জানিতাঙ্ অলপ ইঙ্গিতে
তবে কি এমন করি।

৭। নিগূঢ় ৮। ইথে চণ্ডীদাস বড় হইল ফাঁপর। —বৈঃ পঃ ৬৫

জাতি কুল শীল সকল ছাড়িয়া
ঝুরিয়া ঝুরিয়া মরি ॥ ১
আপনা বলিয়া সকলি কহিলাঙ
মনের মরম কথা।
কহ কহ বলি সকলি শুনিয়া
সে দিল দারুণ বেথা ॥ ২
যে জন যাহার করয়ে ভরসা
সে যদি করয়ে রোষ।
চণ্ডীদাস কহে শুন লো সুন্দরি
আপন করম দোষ ॥ ৩

অর্থ

করিবু হায়সিগে চান্নবী নঙ্বু ।
মহাকথক্কীদমক থাদোক্লুই পুন্নমক
ওইখরে অতোপ্পা মানা ॥ ধ্রু
থজীক্তং হায়বদা খঙ্লম্বা থোক্লবা
ওইরম-লোইদবনি অস্নম।
ইকাই ইকি 'পুম্বা থাখি থৌশাদনা
হুজীক্লা কপ্পদা শিরে ॥ ১
ইশানি খন্দুনা তেংথোকলুই থাক্তনা
পুক্নীংগী অথুপ্পা কয়া।
হায়য়ু হায়য়ু হায়না থৌদোকপিখি লোইনা
চুরে মৈহুম মহাকমক্লা ॥ ২
মশামক্কি নীংবা থাজনা থমজবা
শাউখিবদি মহাকমক্লা।
চণ্ডীদাসনা হায় তৌজমন মহৈনি
কর্ম্মগী দোষনি মতু ॥ ৩

# দূতীপ্রতি আক্ষেপ

## ( শাউ পুবা মীগী মফমদা শাউবা )

## ললিত রাগ

দিবস রজনী মনে গুণি গুণি
কি হৈল দারুণ বেথা।
খলের বচন পাতিয়া শ্রবণ
খাইলু আপন মাথা ॥ ১
শুন শুন দূতি কি [১]কহ মো প্রতি
[২]কে বলে পিরীতি ভাল।
সে ছার পিরীতি ভাবিতে ভাবিতে
সোনার বরণ কাল ॥ ২
[৩]সোনার গাগরী [৪]বিষ জল পুরি
[৫]যে বা আনি দিল আগে।
[৬]করিলাম আহার 'না করি বিচার
এ বধ তাহারে লাগে ॥ ৩
নীর লোভে মৃগী পিয়াসে ধাইতে
ব্যাধ শর দিল বুকে।
জলের সফরী আহার করিতে
বড়শী লাগিল মুখে ॥ ৪
[৭]নবঘন হেরি পিয়াসে চাতকি
চঞ্চু পসারিল আশে।
বারিদ বারণ করল পবন
কুলিশ মিলল শেষে ॥ ৫
[৮]লাখ হেম পায়া যতনে বাঁধিতে
পড়িলু অগাধ জলে ॥

---

বৈঃ পঃ ৬৪—

১। খূৎইদা পরেং অসিমা য়াওদে। ২। বচন না লাগে ভাল, ( মথংগী পরেং অনিস্থ পাবা য়াদদুনা ছাপাদগী লৌখি ), ৩। বিষের, ৪। ক্ষীরে মুখ ভরি, ৫। কে না ৬। করিনু, ৭। জলদ নেহারি। ৮। পরেং অসিগী মথক্তা বৈঃ পঃ দদি পরেং ৮ লৈরি। অদুগা "লাখ হেম পায়া" অসিনচিংবগী মহুতনা খূৎইদা 'একা হাম্ পায়া যতনে থাইতে' অস্থমা লৈ।

হেন অনুচিত করে পাপবিধি
দ্বিজ চণ্ডীদাস বলে ॥ ৬ ॥ ২৯

অর্থ

অহিং নুংথিল নাইদ খনবতদা মাবু
চোকথরে থম্মোইনুং ঐগী।
লৌনম্বা ৱাঙাঙ্‌বু তারুবা বৈদবু
মাঙ্‌জরে হুক্তীক্লা ইথন ॥ ১
করি হায়বা দূতি তাজো নঙ্‌সু শেংনা
* কৈদা ফবা পিরীতিনা।
কান্নৱবা প্রেমবু খনবতদা অসুম
মকশিল্লে সনাগী কুচু ॥ ২
পীথকথি কনানা হূবু ঈশিং ওইনা
সনাগী চফুদা হাপ্পা।
খলহৌদরে ঐনা চাথোক্লুৱে হাউনা
অফ-ফত্ত খঙ্‌হৌদনা ॥ ৩
ঈথৌ লাংবী শজি চেনজৈ ঈশিং থিনা
লেংলরে মবুক্তা তেন্না।
তীঞ্চাক মিতারুবী লাইজন্নুংগী ভাদো
লেংখরে মচীন্দা খোইনা ॥ ৪
চেক্লা নোংগৌবীনি ঈথৌ লাংজবীনি
থিন্দোক্লুই খৌৱাংনা মচীন।
হুমদোকথরে নোংদি অকনবা নোংলৈনা
কোকথক্তা বজ্রতুম তারে ॥ ৫

---

বৈঃ পঃ গী মতুংইল্লবদি "তানাংদরে ৱাহৈ নঙ্‌গী।" হায়গনি। মসিনদি খরা নাডৈ চাবগুম তৌই।

খূনজগে থোরাঙ্‌লুই মণি-মুক্তা কয়া
লুপলরে ঈমুংবঙদ।
পাপচেনবা বিধিনা য়েক্লশী অসুমনা
হায়রে মনাই চণ্ডীদাসনা ॥ ৬

## বিধাতাপ্রতি আক্ষেপ

### ( বিধাতাগী মফমদা তৌবা আক্ষেপ )

ধাতা বাতা বিধাতার বিধানে দিয়াছি ছাই।
জনম হইতে একা কৈলে দোসর দিলে নাই ॥ ধ্রু
না দিলে রসিক মূঢ় মূরুখের সনে।
এ মতি আছিলা তোর এ পাপ বিধানে ॥ ১
যার লাগি প্রাণ কান্দে [১]তার নাহি দেখা।
এ পাপ করমে মোর এমতি লেখা যোখা ॥ ২
ঘর দুয়ারে আগুণ দিয়া যাব দূর দেশে।
আরতি [২]পূরিবে কবে কহে চণ্ডীদাসে ॥ ৩ ॥ ৩০ বৈঃ পঃ

অর্থ

নোংদম্বা মাগী নোংদমথোন অরেম্বনি অরেম্বা।
পোক্লকপদগী নায়তোম ইথম্বা পীবিদে অনি শুনা ॥ ধ্রু
ওইহনবীদে রস খঙ্‌বা পঙ্‌লেন পঙ্‌বা নম্বা।
নোংদম থীবা মতৌতনা ওইহল্লি অসুম্না ॥ ১
মাগীদমক কপ্লি হুংনা উ-জ-ঙমদে মাবুদি।
নোংদম অসে অসিগুম্না ফংলবনি ইপাপ-তনা ॥ ২
ইয়ুম ইকৈ চুরগে মৈহুম চৎখরগে থাপ্না।
কোকনি কৈদৌঙৈ থাবা হায়রে চণ্ডীদাসনা ॥ ৩ ॥ ৩০

১। তারে? ২। পিরীতি—খুৎইদা

## কন্দর্পপ্রতি আক্ষেপ

( কামদেবগী মফমদা তৌবা আক্ষেপ )

পঞ্চবাণ ধারি পরমন্দকারি
তোরে আর বলিব কি।
তোরে আকর্ষণে পিরীতির ফাঁদে
আমি যে ঠেকিয়াছি ॥ ১

এতদিনে তোর মরম বুঝিলাম
অনঙ্গ তোমার নাম।
অঙ্গ বা থাকিলে আর কি হইতে
কি জানি কি গুণ[১]গাম ॥ ২

মনের মাঝারে উপজি নারীরে
সরম করিলে দূর।
তার প্রতিফল [২]হইবে তুহারে
কহিয়ে বচন গূঢ় ॥ ৩

কালার পিরীতি লাগি তোর শরে
কাতর হয়াছি আমি।
কহয়ে উদ্ধবে যে জন অন্তরে
তারে কি ছাড়িবে তুমি ॥ ৪ ॥ ১

অর্থ

তেঙ্গৈ মঙা পায়বা মাঙ্‌হনবতা থংবা
করিবু হায়সিগে নঙ্‌বু।
নঙ্‌গী খূৎ‌চিংতনা থুরে মুংশি লাংদা
থংঙমদরে মহূ ঐনা ॥ ১

খঙ্‌লে ঙসিতদা উরে নতৌ 'পুম্বা
নৈতবান নঙ্‌দি নশক।

১। গ্রাম, ২। ফলিবে—পাঠান্তর

শক্লাইরবা নঙ্না করিবু ঙইগয়া
হেনগবা নগুণনা কয়া ॥ ২
চঙ্লগা লকাম্লুং নূপীগী থম্মোইম্লুং
খঙ্হন্দে ইকাইবা নঙ্না।
হায়বিগেকো তাজো ফংগনিকো খঙ্জো
মহৈদো মতুগী মতিক ॥ ৩
প্রেমনা তেঙৈ তোপ্পা থারে থম্মোই থুমনা
বাজরে থাঙ্বদা ঐদি।
লকাম্নুংগী শকফম ঙমগদরা মূৎপা
উদ্ধ-ব-দা-স-না হায়জে ॥ ৪

---

## গুরুজন প্রতি আক্ষেপ

( গুরুজনশিংগী মফমদা তৌবা আক্ষেপ )

বেনু বাজাইয়া ধেনু চড়াইয়া
সে গেল আপন ঘরে।
ননদি উঠিয়া রুষিয়া বোলিছে
ছাড়া দিয়া গেল তোরে ॥ ১
[1]ননদিলো একি মিছা তোর কথা।
[2]কানুর সহিতে পিরীতি করি যদি
[3]শপদি তোহারি মাথা ॥ ধ্রু
নিজপতি বিনে আন নাহি জানি
সেই সে আমার ভাল।

---

১। ননদিনী লো মিছাই লোকের কথা— পাঠ, ২। যদি কাহ্ন সঙ্গে পিরীতি করিত, ৩। শপতি,

কোন গুণে আমি রাখাল ভজিব
যাহার বরণ কাল ॥ ২
মণি মুকুতার নাহি আভরণ
সাজনি বনের ফুলে।
চূড়ার উপরে ভ্রমর গুঞ্জরে
তাহে কি রমণী [৪]ভুলে ॥ ৩
রাজা হৈয়া যারে দেখিতে না পারে
মায়ে বোলে ননি চোরা।
শিবরাম কহে রাধার কলঙ্ক
মিছাই করিলি তোরা ॥ ৪

অর্থ

ষণগী শল্লুপ হোইনা হৌনা বেগু খোংনা
য়োখরে সঙ্গাইদা মাদি।
শাউতুনা কুটিলা হায়রকই চৈতুনা
য়োখরেদো মাদি ময়ূম ॥ ১
হায়গল্লকো ইনস্মা অহুক লানবা বালো
কানুগা ঐহাক্কা প্রেমদা লূপ্পরবা
নকোক শায়বা শক্কে নঙগী ॥
খঙজদে কনাবু ইপুরোয়বা নত্তা
খোয়দাজে মাত্তবু ঐনা।
কোয়না নণবু শেনবা কুচুনগা মুবা
মিতাগবা ঐনা কৈদা ॥ ২
পক্কে মণিমুক্তা লৈগী পরেং নত্তা
ফিজেৎ-লৈতেং লৈতে করি।
চূড়াগী মথক্তা খোইমু ইল্লগবু
মুনগদরা নূপীনবু ॥ ৩

৪ ভাল দানে— পাঠ

নিংথৌ ওইতুনসু      য়েংনীংদে কনাসু
কৌই মমানা ননি হুবা।
শিবরামনা হায়      নথোয় ময়াম চঙ্না
থীহল্লে রাধাবু মিংচং ॥ ৪ ॥ ৩২

আক্ষেপ অনুরাগ মখল নিপানগী মশক্তি অসিনি।

## অভিসারানুরাগ

সবহুঁ বধূজন      চললি বৃন্দাবন
গৌরী আরাধন লাগি।
ঐছন মুগুধ      বচন রচন করি
গুরুজন অনুমতি মাগি ॥ ১
হরি হরি কাহা শিখলি পরকার।
গুরুজন বাচি      [১]মিঠাই বচনামৃতি
দিনহি [২]চললি অভিসার ॥ ধ্রু
বেশ বানাওত      [৩]ননদি শুনাওত
চতুর সখী সঞে বাত।
আয় গৌরী আরাধি      মনোরথ পূরব
পশুপতিনন্দন [৪]হাত।
বাসিত কুসুম      কপূরিত তাম্বুল
ভরি লেহ চন্দন কটোর।
গোবিন্দদাস তহিঁ      পন্থ দরশাওত
যাহাঁ নহি কণ্টক [৫]আগার ॥ ৩ ॥ ৩৩

বৈঃ পঃ ৬১৫— ১। মিছই, ২। করলি, ৩। ননদিয়ে, ৪। হাথ, ৫। আচোর

অথ

চৎনৈ গোপীনহাশিং তম্মৈ বৃন্দাবন মায়গী
কৎলুনবা দেবী পূজা।
হায়শিন্নৈ অসুম্না পূজা পোৎলম লাওনা লাওনা
নিজৈ য়াথং গুরুজনগী ॥ ১
হরি হরি করি লৌশিংনো কদায়দগী ॥
গুরুজন মক্তদা ওইদবা হায়তুনা
খোঙশাল্লকপা ইঙান ঙাম্না ॥ ধ্রু
কিজেৎ লৈতেং তৌনা রাতায়্নৈ সখিগা
তাহন তাহন্না মনম্মবু।
খুরুম্লগা দেবী থুংগনি নীংবা পূম্বা
ফংগনি * পশুপতি নন্দন ॥ ২
নীংথিজবা লৈরাং কপূর্র হাপ্পা পানা
হাপচিল্লু থম্না সনাগী তেংকোৎ।
লমজিংজৈ মাঙদা চৎনা থোগজৈ গোবিন্দনা
খোঙনেৎনদনবা তিংথংতুম্বৌ ॥ ৩ ॥ ৩৩

অনুরাগ মথল অহুম হায়বদি রূপানুরাগ, আক্ষেপানুরাগ অমসুং অভিসারানুরাগগী মশক্তি মসিনি।

## রসোদ্গার

( রসগী পাউদম )

সখীনা হায়বা

### বিভাষ

চৌদিগে চকিত নয়ানে হেরসি
[1]ঝাঁপই ঝাপল অঙ্গ।

---

* পশুপতি— শাগী মপু=নন্দ নিংথৌ। বৈঃ পঃ ১। ঝাঁপসি,

বচনক ভাঁতি বুঝাই নাহি পারিয়ে
কাঁহা শিখলি ইহু রঙ্গ ॥ ১
[২]শুন সুন্দরি কিফল পরিজন বাঁচি ॥
শ্যাম সুনাগর গুপত প্রেমধন
জানলুঁ [৩]হিয়েপর সাঁচি ॥ ধ্রু
এ তুয়া হাস [৪]মরমে পরকাশই
প্রতি অঙ্গ ভঙ্গিম সাখি।
গাঠিক হেম বদন মাহা ঝলকই
এতদিনে পেখলুঁ আঁখি ॥ ২
[৫]মনোরথ গহনে [৬]আপনা হেরসি
জীতলি মনোরথ রাজ।
গোবিন্দদাস [৭]কহে ইহ অব বিরমহ
মৌনহিঁ [৮]সমুঝল কাজ ॥ ৩ ॥ ৩৫

অর্থ

মায়কৈ 'পুম্বা থোনবী তথকচবী মিংয়েং
তোয়না ফীজোন শেন্নবী নতৌ ॥
রাঙাঙ্ শাঙাঙ্ মতৌ খঙ্-ঙমদবী নাঙঙ্
তন্নুবনোকো কদাইদগী ॥ ১
হায়য়ুনে নীংথিবী কান্নে করি থুপ্চানবা ॥
শ্যামনাগর শকহেনবা প্রেমগী লন অথুপ্পা
ঙাল্লি খঙ্লে নঙ্গী লকাদা ॥ ধ্রু
মীনোক হাইনোক্নুনা মথি ফোংলি মথন
তাক্লি শেংনা কায়াৎ 'পুম্বনা।

বৈ: প:— ২। পদাবলীদা 'শুন' য়াওদে, ৩। হিয়া মাহা, ৪। মরম, ৫। গহন মনোরথে, ৬। পন্থ না হেরসি, ৭। কহ ধনি বিরমহ, ৮। সমুঝলুঁ।

ফুদোংবা সনানা ওইরি নঙ্গী মায়থোং মঙান
উবা ফংলি শেংনা ঙসিতদা ॥ ২
লম্মুক্করি লশ্বী থম্মোইগী উমংদা
ফংজরি থম্মোইগী লনবু।
হায়জৈ গোবিন্দনা তুমিন নৈয়ু মখা তান্নু
খঙ্লে অত্থুম খুমদবসিনা ॥ ৩ ॥ ৩৫

মশানা হায়জবা রসোদ্গারগী মওঙ্
গান্ধার

সজনি! বড়ই বিদগদ কান।
কহিল নহে সে [১]প্রেম আরতি
কষিল হেম দশবাণ ॥ ধ্রু
সমুখে রাখি মুখ আঁচরে [২]মোছই
[৩]অলকা তিলকা বনাই।
মদন রস ভরে বদন হেরি হেরি
অধরে অধর লাগাই ॥
কোরে [৪]আগোরি রাখই হিয়া পর
পালঙ্কে পাশ [৫]না পাই।
ও সুখ সাগরে মদন রস ভরে
[৬]জাগিয়া রজনি গোঙাই ॥
কেবল রসময় মধুর মূরতি
পিরীতিময় প্রতি অঙ্গ।
নরোত্তম[৭]দাস কহ [৮]যাহার অনুভব
[৯]সে জানে ও রস রঙ্গ ॥ ৩ ॥ ২ ॥ ৩৫ বৈঃ পঃ ৫৫৪

---

খুৎইদা— ১। প্রেমের, ২। মোছা ওই, ৩। অলক তিলক বানাই, ৪। আগিরিয়া ৫। নাহি, ৬। জাগিল, ৭। দাসে, ৮। যার অনুভব হয়, ৯। সেই জানে ইহ।

অর্থ

ইতাশ্রোয় ! লৈতে মাগুম্বা হৈশিংখদা ।
হায়বশাই মচীন্দি কোনশেংনি মহাক্তি
হেল্লিবনি ফুদোংবা সনা ॥ ধ্রু
ইমাঙ্‌দ মমায় থম তৈথোকপিখি ইমায়
লৈতেংবীখি চন্দন চন্নানা ।
য়েংনা য়েংনা চিংনা কামগী চৈনাখোম্না
শোক্লখি চীনবান্দ চীনবান ॥
মপাম্বোমনা ঐবু কোল্লি চেৎনা চান্না
শোন্ন ফুনগদবমথৈ ।
অসুম তৌনা ইতা নুংঙাইবা ইপোম্লক্তা
খঙ্‌হৌদে হৌখিবা ইনুং ॥
র-স-গী মূর্ত্তিনি খোয়থুম্বা শকফমনি
প্রেমনি কায়াৎ থূদীং মাগী ।
খঙ্‌ই মহাক্তনা মাবু খঙ্‌বতনা
হায়জৈ মনাই নরোত্তমনা ॥ ৩ ॥ ২ ॥ ৩৫

---

অভিসারোৎকণ্ঠা

মতুগী মশক

রাইসা

ক । মন্দির বাহির কঠিন কবাট ।
চলইতে শঙ্কিল পঙ্কিল বাট ॥
তঁহি অতি বাদর দর দর রোল
বারি কি বারই নীল নিচোল ॥

[1]সুন্দরি কৈছে করবি অভিসার।
হরি রহু মানস সুরধূনী পার ॥
ঘন ঘন ঝন ঝন বজর নিপাত।
শুনইতে শ্রবণ মরম জরি যাত ॥
দশদিশ দামিনি দহন বিথার।
হেরইতে [2]উচকই লোচন তার ॥
ইথে [3]যব সুন্দরি তেজবি গেহ।
প্রেমক লাগি উপেখবি দেহ ॥
গোবিন্দদাস [4]কহ ইথে কি বিচার।
ছুটল বাণ কিয়ে যতনে নিবার ॥ ৩৬ ॥

বৈঃ পঃ ৬১৩

অর্থ

চেৎনা কন্না লোল্লি থোঙ্‌জাউস্‌ হোজঙ্‌গী
লৈখোমনা লৈমায়স্থ নাল্লি চৎঙমদনা ॥
অদ্ভুতস্থ নত্তরি নোংলীস্থ হৈথরি
ঙমগদরা কনবা শংলেন ফীজোন্দুনা ॥
চৎকনি করম হুজীক হে নীংথিবী
মানস-গঙ্গা-রাংমদনি শ্রীহরিদি ॥
মথোলতনা অথাক অরাউ লৈতে অতৎ অথম
য়ৈশিল্লি নাকোঙ্‌মুং তনিকলি থম্মোইন্নুং ॥
মায়কৈ তরা খোল্লি তত্তনা নোংথাঙ্‌না
অরংবা মঙালনা মিৎয়েং থকহন্না ॥
অসিগী মরক্তা থোকলুবা মপান্দা
প্রেমগীদমক্তবু থারগেরা থরায় ॥

---

খুৎইদা— ১। এ সখি, ২। চমকই, ৩। বর, ৪। কহে একি বিচার

হায়জৈ গোবিন্দনা কান্নদে খন্দুনা
ফারুগনি করম কাপথোকপ্রবা তেন ॥ ৩৬

## ধানসী

খ। [1]কুলবতী কঠিন কপাট [2]উদঘাটল
তাহে কি [3]কপাটকি বাধা।
নিজ মরিযাদ সিন্ধু যব পঙরলুঁ
তাহে কি [4]তটিনী অগাধা ॥ ১
[5]সজনি মঝু পরিখণ কর দূর।
কৈছে হৃদয় করি পন্থ হেরত হরি
[6]সুঙরি সুঙরি মনঝুর ॥ ধ্রু
কোটি কুসুম শর বরিখয়ে যছুপর
তাহে কি জলদ জল লাগি।
প্রেম দহন দহ যাক হৃদয় সহ
তাহে কি বজরক আগি ॥
যছু পদতলে[7] জীবন সোঁপলুঁ
তাহে কি তনু অনুরোধ।
গোবিন্দদাস কহে[8] ধনি অভিসর
সহচরি পাওল বোধ ॥ ● ॥ ৩৭

খোঙলোন কয়া লাল্লবী পোরোণ কয়া শৎলবী
করি তৌনি উপাক খোঙনা।

বৈ: প: ৬১৩— ১। কুলব্রত, ২। উদঘাটলুঁ, ৩। কাঠকি ৪। 'যমুনা'— খুৎই অমদা, ৫। সহচরি, ৬। সোঙরি সোঙরি ৭। পদতলে নিজ, ৮। কহই।

করি লৈতে ঐডোন্দদি মানস-গঙ্গাতুদি
লাল্লবীনি ইকাইবা ঈপাক॥
চাম্নবী থাদোকউ ঐবু চাংয়েংবদো।
য়ারমগবা কয়াদা ঐবুতবু ডাইবদা
থিংডম্নদেনে পিরাং খল্লুবদা॥ ধ্রু
কামগী তেন কোটিনা চঙ্গ্রবী ভুবুম খুদীং
কিরুফম থোকপরা নোংলী মরী।
প্রেমগী মৈনা চারুবী কাহৎলবী থম্মোইনি
কৈদৌরনি বক্ত মৈশানা॥
থরায়সিন্থ মহাকীনি চরণদা কৎপ্রবীনি
লৈতে য়ারুনিঙ্গই ইশাগীদি।
ভাবদগী নয়াপং চুম্মী খল্লে সখীনা
লেঙ্বিনবা হায়জৈ গোবিন্দনা॥

প্রেম বৈচিত্ত্য মখল নিপানগী মশক্তি মসিনি।

য়েংগদনা— বিচ্ছেদ অনুরাগ মখল অহুম, রসোদ্গার মখল অনি অমসুং অভিসারোৎকণ্ঠা মখল অহুমনি। অসুম্না প্রেম-বৈচিত্ত্য মখল নিপান শুই॥

—

# প্রবাস ( লংফৈ )

হৌজীক প্রবাসকী মথল অমুক হায়রি— প্রবাস মথল অনিনি মতুংদি— নিকট প্রবাস ( অনকপা লংফৈ ) অমসূং দূর প্রবাস ( অরাপ্পা লংফৈ )।

**অনকপা লংফৈ—**

মসিগী মথল মঙানি মতুংদি—

১। কালিদমন, ২। নন্দ মোক্ষণ, ৩। গোষ্ঠ, ৪। কার্য্যানুরোধ অমসূং ৫। অন্তর্ধান।

**অরাপ্পা লংফৈ—**

মসিগী মথল অহুমনি মতুংদি—

ভাবি, ভবন অমসূং ভূত—। অহুম অসিমক মথুরা, দ্বারকান-চিংবগা মরী লৈনবা ঙাক্লি।

১। পূর্ব্বসঙ্গতয়োর্যূনোর্ভবেদ্দেশান্তরাদিভিঃ।
ব্যবধানন্তু যৎপ্রাজ্ঞৈঃ স প্রবাস ইতীর্য্যতে॥

২। তজ্জন্যাবিপ্রলম্ভোঽয়ং প্রবাসত্বেন কথ্যতে।
হর্ষগর্ব্বমদব্রীড়া বর্জ্জয়িত্বা সঞ্চারিতাঃ॥

৩। শৃঙ্গারযোগ্যাঃ সর্ব্বেঽপি প্রবাসে ব্যভিচারিণঃ।
স দ্বিধা বুদ্ধিপূর্ব্বঃ স্যাত্তথৈবাবুদ্ধিপূর্ব্বকঃ॥ উঃ নীঃ

**অর্থ**

হায়রিবা উন্নরবা নায়ক নায়িকা অনিনা অতোপ্পা মফম অমদা চৎথোকখিবনচিংবদগী থাপতোক্লবা মতৌবু 'প্রবাস' ( লংফৈ ) হায়না কৌই। অতুগুম্বা প্রবাস অদুদগী ওইবা কায়নবগী (বিপ্রলম্ভগী) মমিংসু অদুম্মক প্রবাস হায়রগা খঙনৈ। অসিগুম্বা প্রবাস অসিদা ওইবা মতৌশিংদি—

১। হর্ষ ( হরাউবা ), ২। গর্ব ( নাপন তৌবা ), ৩। মত্ততা ( ময়াই কাবা ), ৪। লজ্জা ( ইকাইবা )— মথোয় অসিদং নত্তনা শৃঙ্গার রসকী মতিক চানবা ওইবা ব্যভিচারি-ভাব পুয়মক অতুম্মু মতাং অসিদা লৌশিনগদবনি।

প্রবাস মখল অনিনি মহুদি— ১। **বুদ্ধি পুর্ব্বক**— খঙ্না চৎপা অমস্যূং **অবুদ্ধি পূর্ব্বক**— খঙ্দনা চৎপা অম্মুম্না। খঙ্দনা চৎপা হায়বসিদা মীখা পোনবনচিংবা ওইবদগী থোদা মতুং ইন্না চৎপবুম্মু খঙ্নগনি।

চিন্তাত্র জাগরোদ্বেগৌ তানবং মলিনাঙ্গতা।
প্রলাপো ব্যাধিরুন্মাদো মোহো মৃত্যুর্দশা দশ॥

অর্থ

প্রবাস হায়বা খঙ্নরিবা বিপ্রলম্ভ অসিদা মতাং ১০ খক থোক্না থায়দোকই মহুদি—

১। **চিন্তা**— ( রাখল খনবা ), ২। **জাগর**— ( তুমদবা ), ৩। **উদ্বেগ**— ( লাঙ্তক্নবা ) ৪। **তানব**— ( হকচাং ময়েং তাবা ) ৫। **মলিনাঙ্গতা**— ( মকশিনবা ) ৬। **প্রলাপ**— ( চোইরোন লোনবা) ৭। **ব্যাধি**— (লাইমন পুবা) ৮। **উন্মাদ**— (ঙাওচৎনবা) ৯। **মোহ**— ( পঙ্থবা ), ১০। **মৃত্যু**— (শিবগা মান্নবা )

মথাদা ঈশৈনা মথোয় অসিগী থূদম পীদুনা তাকলি।

## নিকট প্রবাস

অনকপা লংখৈ— মসি 'কালিদমন'গী মতাংদা ওই—

পদ

সখাগণ সঙ্গে কালীয় যমুনা তটে
করইতে গোঠ বিহার।
কালীয় দমনে কালীদহ পৈঠলি
সম্ভে মেলি করে হাহাকার॥ ১

যশোমতী নন্দ আদি যত ব্রজনারী
শুনইতে দ্রুত চলি যাই।
কালিন্দির তীরে বিষাদই সভে মেলি
রোওত ধরণী লুটাই ॥ ২
ঐছেন বাত শ্রবণে যব পাওল
রাই নিজসখী সঙ্গে।
অঙ্গ আছাড়িয়া নাথ বোলি রোওত
নয়নহি লোর তরঙ্গে ॥ ৩
কোই বিষপানে ছুটই কোই মহি লুঠই
বিগলিত নাহি বান্ধে কেশ।
উদ্ধবদাস সবর্হু পরবোধই
মিলব চলহ অবিশেষ ॥ ৪ ॥ ১

অর্থ

সখাশিং লোয়ননা কালিন্দী মপান্দা
শান্নরম্মী যগবু শেন্না।
কালিবু লাক্লবা[১] চোংথখি যমুনাদা
থরায় ৱানা কপ্পে সখাশিংনা ॥ ১
নন্দনিংথৌ যশোমতা গোপ গোপী মখৈ
চেন্নরকখি ফিংনা তাবতদা।
ফুম্বও্নৈ পুন্নমক তোর্ব্বানথক্তা কালিন্দীগী
হাইহৎনরি পুম্বা কপ্পা ॥ ২
তাবদা পাউ অসি সখিশিংগা রাধা সতী
তাবগুমখি কোক্তা বজ্র।
হাইহৎলি লৈমায়দা কৌই কপ্পা মবুংঙোবু
তাউথোকলি মিৎস্না পিরাংতনা ॥ ৩

১। লাকশিন্নবা

চেনশিন্নরি কনা'মনা কালিগী হু থক্লুনবা
পুনথিদে মশম ওল্লি লৈমায়দা।
উদ্ধবদাসনা থেমজিঙ্গে পুন্নমক
উন্নগনি শোয়রোই তপথবীয়ু॥ ৪

নন্দ মোক্ষণ

( নন্দবু থাদোকপা )

একাদশী করি [১]দ্বাদশী প্রাতে
স্নানে গেলা ব্রজপতি।
জলের মাঝারে বরুণের চরে
নন্দেরে হরিল তথি॥ ১
এ বোল শুনিয়া [২]কাহ্নাই চলিলা
পিতার উদ্দেশ লাগি।
জলে [৩]ঝম্প দিয়া বরুণ নিকটে
গেলা মনে দুখ জাগি॥ ২
[৪]তা শুনি [৫]রাধিকা বিষাদ[৬] অন্তর
মরমে পাওল দুখ।
হা নাথ বোলিয়া কান্দে ফুকরিয়া
না দেখি ওচাঁদ মুখ॥ ৩
কান্দে গোপিগণ [১০]স্থির নাহি মন
[১১]খিতিপর লোটাইয়া।
বিষাদ হেরিয়া উদ্ধবদাসের
বিদরিয়া যায় হিয়া॥ ৪॥ ৩৯

বৈঃ পঃ ৫২২— ১। নিশি অবশেষে, ২। নন্দের নন্দন, ৩। ঝাঁপ, ৪। তাহা, ৫। ধনী ৬। রাই সুবদনী, ৭। পাইলা, ৮। দেখিয়া, ৯। ব্রজবাসিগণ, ১০। করয়ে রোদন, ১১। ক্ষিতিপর।

একাদশী নুমিৎ নোংঙাল্লমদাই অহিং
স্নান ভৌরখি ব্রজনিংথৌ।
বরুণগী মনাইনা ঈশিং ঈমুংবঙ্‌দা
পুখরে ফাতুনা নন্দ॥ ১
তাবদা পাউ অসি চেল্লকখি শ্রীহরি
নন্দ খোঙ্গুল লীরুনবা।
চোংথরে ঈশিংদা য়ৌরক্লে থীন্দনা
চৎখরে বরুণগী মাক্তা॥
ফুম্বঙ্‌নৈ রাবনা বিনোদিনী রাধা
ঙক্লা থোকপা পাউদমসিদা।
কপ্লি হীক্ল হৈন কনা খঙ্‌হন্দনা
নীংশিংতুনা মায়থোং থানিন॥
কপ্পরি গোপশিং ব্রজবাসীশিং
ওন্না থোইনা লৈমায়থক্তা।
ময়ামগী মতৌদা রানবা উবদা
উদ্ধ-ব-দা-স-সু কপচৈ॥ ৩৯

## গোচারণে

( যণশেনবা চৎখিবদা )

[১]গোঠ বিজইব্রজ- রাজকিশোর বর
[২]বাজাওত রেনু বিষাণ।
করি কত [৩]ছন্দ পদ্মমুখী নিকসই
হেরইতে বিপিন[৪] পয়ান॥ ১

পঃ কঃ ১৩৮২— ১। গোঠে, ২। বাজত, ৩। ছদ্ম, ৪। বিপিনে,

সুন্দরী হেরইতে না পাওল[৫] রঙ্গ।
সুন্দর সুবদনে[৬] দ্রুত চলিগেল[৭] বনে
না জানিয়ে কোন তরঙ্গ ॥ ধ্রু
মেঘনাদ শুনি যৈছে[৮] চাতকিনি
ধাওত[৯] পানক[১০] আশে ॥ ২
[১১]দক্ষিণ পবনে দারুণ দুখ দেওল
[১২]চাতকিনী গেও নৈরাশে ॥ ৩
তনয় পাঠাই বনে বৈঠই রোওত
আহির রাজকি নারী।
নিতি নিতি নয়ান সলিল বহি জাওত
শ্রীবৃষভানু কুমারী ॥ ৪
দুহুঁক নয়ানে দুহুঁ লোর মুছাওত
প্রেমভরে গদ গদ বাণী।
রাধা বদন চাঁদ হেরি হরষিত
সব দুখ বিছুরল রাণী।
ছাড়িয়া নিশ্বাস রাই পুন পুছতহি
কোন বিপিনে আজু গেলা।
যদুনাথদাস কহে মোরে বড় বিষম
তহুঁ কাহ্নু যাওবি বালা ॥ ৫ ॥ ৪০

অথ

চৎলি ষণ শেনবা ব্রজ নিংথৌ মচানিপানা
থোংদুনা মুংশিনা বাঁশী।
নাশোন পীরা লোন্না থোকচরকই থম্বালমানবী
য়েংজহৌনবা বনদা চৎখিবা ॥ ১

---

পঃ কঃ ১৩৮২—৫। পায়ল, ৬। সুবদন, ৭। গেও, ৮। বৈছন, ৯। ধাওল, ১০। পানিক, ১১। দারুণ দখিণ পবনে, ১২। ভৈগেল তবহি নৈরাশে

পেঞ্জদে য়েংজবদা লৈতাদে পুক্নীংদা।
লোংখরে থানিনহুদি রাধা মিংয়েং মমাঙ্দগী
ঈহৌরক্লে লকান্নুংদা
নোংখোং তাজরবী চেক্লা নোংগৌবীনি
নীংজরুই থৌবুম থনগনি ॥ ২
খাদগী নুংশিংনা হুমদোকখরে নুংশি থঙ্দ
নীংবা কায়রে চেক্লা নোংগৌবী ॥ ৩

× × ×

থাখিবদা মচাবু ধনগী মায়কৈ তম্না
কপচহৌরি নন্দরাণী ।
শিন্থে মিংস্না পিরাং অস্থম হুমিং খুদীং
লোম্না রাধা কনা থঙ্দা ॥ ৪
অমনা অমগী পিরাং মূংনৈ অনিমক্লা
প্রেমনা থুমনা খোঞ্জেল হীরু হীরু।
মূংলি মৈচাক'পুস্বা ঊবদা রাধা মায়খোং
নানবী কোক্তা রাণী লুনা চাম্না ॥
হংজরকই রাধানা মেঙ্না খোংনা ইকাইজনা
চংখিবা ঙসি করম্বা বনদা।
যতুনাথনা হায়রে তাকপিগনু নন্দরাণী
য়ৌথিনি মিংকূপ্তা মকম থিহুনা ॥ ৫ ॥ ৪০

## কার্য্যানুরোধ
( থবক্কী লমদা চংখিবা )

অসুরের ভয়ে পলাইয়া সত্বরে
যত্তেক বরজবাসি।

গৃহ তেয়াগিয়া সকলে যাইয়া
লুকাইয়া বনে আসি ॥ ১
রজনী কালেতে হারাইয়া পথে
কানু গেলা আর বনে।
যত ব্রজকুল বিষাদে আকুল
না দেখিয়া সেই বনে ॥ ২
[1]তা শুনি শ্রবণে রাই সখী সনে
নিরজন বনে জায়া।
হা নাথ বোলিয়া অঙ্গ আছাড়িয়া
[2]কাঁদে ক্ষিতি লুটাইয়া ॥ ৩
[3]আহা ইকি হৈল প্রিয়া কোথা গেল
আর কি হেরিব তারে।
উদ্ধব কহয়ে যে জন হিয়ায়ে
সেহোঁ কি ছাড়িতে পারে ॥ ৪

অর্থ

কিষনা হিংচাবা চেন্নরক্লি ভন্না
ব্রজবাসী নিপা নূপী।
ময়ুম থাদোক্কুনা চেন্নৈ মিহুন শুদ
লাক্লৈ বনদা লোন্না লোম্না ॥ ১
অমম্বা অহিংদা লম্বী লম্মুক্রনা
চৎগ্রবা কানুনা কৈদা।
ব্রজ মীয়াম 'পুম্বা বানৈ মুংশা থীনা
উদবনা মাবু নাক্তা ॥ ২
তাবদা পাউ অসি সখীশিংগা রাধা
চঙ্খরে অচিকপা বনদা।

রস ৬৪ দা— ১। বিশ্বাস সঘনে ছাড়িয়া। মলিন বয়ানে তাশুনি শ্রবণে সখী সনে নিরজনে যায়া ॥ ২। দুই হাতে মাথে ধরি ৩। হায় হায় কি হৈল।

লৈমায়দা ওন্দ্‌না কানু কানু কৌনা
কপ্লি রাধা থবায় ফুক্লা ॥ ৩
চংগ্রবনো কৈদা হুন্দোক্তু্‌না ঐবু
উবরোইদবরা মাবু।
হায়জৈ উদ্ধবনা থাদোক্লোই কৈদৌঙৈ
থম্মোয়দা চুপ্রবা মীবু ॥ ৪

## অন্তর্ধান

( রাসতা অন্তর্ধান ওইখিবা )

রাস বিহারেমগন শ্যাম নটবর
রসবতি রাধা বামে।
মণ্ডলি [1]ছাড়িয়া রাই কর ধরি হরি
চললি আন বন ধামে ॥ ১
চলইতে রাই চরণ ভেল বেদনা
কান্ধে চড়িব মন কৈল।
বুঝইতে ঐছে বচন বহু বল্লভ
নিজতনু অলক্ষিত ভেল ॥ ২
না দেখি নয়ানে তাহে ধনি রোওত
হা প্রাণনাথ উতরোলে।
গোপীগণ শ্যাম না দেখি মন দুখে
ভাসল বিরহ হিলোলে ॥ ৩
উদ্দেশ করই কোই বনে পরবেশিয়া
হেরল রোদতি রাধা।

পঃ বঃ ১২৫৯— ১। ছোড়ি, অহানবা পরেং ৪ অসি নত্তনা অতৈদি মায়ত্রে। উদ্ধবদাসকী মিংদি অনিমক্কা মাথ্রে। ভাগবতকী ভাব চুপিন্নবদি খুৎই অসিনা হেল্লি।

সখিগণ মেলি ধরণীপর লুঠই
উদ্ধবদাস চিত্তে বাধা ॥ ৪ ॥ ৫

অথ

লূপলি রাস ইরাংদা শ্যাম নটবর
ভাল্লি ওয়দা রাসেশ্বরী।
খূজেং পায়না রাইগী থোকখয়ে মণ্ডলীদগী
পুথোকখয়ে অতোপ্পা বনদা ॥ ১
রাখি রাধা চংপন্তদা উরকী লম্বীদা
খনখি পোহনগে মবূ্ঙোবু।
উখিদয়ে হরি মাঙ্খয়ে মমাঙ্মক্তুদগী
ফোঙ্লুবতদা রাখল অসি ॥ ২
উদ্রবদা অসুম খঙ্হৌদনা অতুম
কপলে রাধা কৃষ্ণ কৌনা।
গোপীশিংনা 'শোমদা থিরি কৃষ্ণ থরায় রানা
কোয়না তাউনা কায়ন-ইরৈদা ॥ ৩
থিনরক্লি কোয়না উরক-রারক খূদীং থুংনা
উরুয়ে কল্পদ্রুমদো রাইনা।
সখীময়াম পুন্না হাইহৎনৈ লৈমায়থক্তা
কায়রি থম্মোই উদ্ধবদাস ॥ ৪ ॥ ৫

## দূর প্রবাস

( অরাপ্পা লংফৈ )

## ভাবি বিরহগী মশক

এষ ক্ষত্তা ব্রজনরপতেরাজ্ঞয়া গোকুলেঽস্মিন্
বালে প্রাতর্নগরগতয়ে ঘোষণামাতনোতি।

দৃষ্টং ভূয়ঃ স্ফুরতি চ বলাদীক্ষণং দক্ষিণং মে
তেন স্বান্তং স্ফুটতি চটুলং হন্তভাব্যং ন জানে ॥
উঃ নীঃ শৃঃ প্রঃ ১৫৯,

অর্থ

শ্রীরামকৃষ্ণবু মথুরাদা পুতুনা চৎনবগীদমক অক্রূরনা ব্রজদা লাক্লবদা নন্দনিংথৌগী য়াথংনা থোঙ্‌শঙ্‌বশিংনা খোঞ্জেল লাউনা ব্রজবাসি পুম্নমক্তা তাহনপ্রবা— অয়ুক্তা মথুরাদা চৎপ্রগনি হায়বা পাউ তাবদগী অমদি ফত্তবা খূদম ওইনা মশাগী য়েৎকী মিৎ চোং-লকপা উবদগী শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্‌গনি হায়বা মরোল শেংদবা পাউনিংথোল অমা চুম্না তাবদগী হেন্দবী ওইহুনস্থ শ্রীকৃষ্ণগা কায়ন-রগদবরা অস্থম্না খন্দুনা মিপাইজরবী গোপীনা মাবু থেমজিল্লিবী সখিদা হায়রকই— 'অপঙ্‌বী, করি খঙ্‌দবী! ব্রজনিংথৌগী য়াথংনা থোঙ্‌শঙ্‌বনা গোকুল অপুম্বা তানবা, 'হয়েং অয়ুক্তি মথুরা-দা চৎলগদবনি' হায়না লাউথোকলিবসিদি। অতুগী মথক্তা ফত্রবী য়েৎথংবা ঈমিৎ অসিনস্থু তত্তনা ফ্রং ফ্রং চোংলি— মতুনা এগী পুক্লিং অসি তপথবা ঙমদ্রে! ওস্থোকপনি! করিবু ওইগদৌরিবা, খঙ্‌বা ঙমদ্রে!

মসিগী খূদম—

নামহি অক্রূর ক্রূর নাহি যা সম
[১]সো আওল ব্রজমাঝ।
ঘরে ঘরে ঘোষই শ্রবণ অমঙ্গল
কালি [২]কালিঠ সাজ ॥ ১

সজনি রজনি পোহাইলে কালি।
রচহ উপায় যৈছে নহ প্রাতর
মন্দিরে রহু বনমালি ॥ ধ্রু

যোগিনি চরণ শরণ করি [৩]সাধহ
[৪]বান্ধহ যামিনি নাথে।

খুৎইদা— ১। সোই, ২। কালি যো কালিম সাজে. ৩। সাধব, ৪। বান্ধব,

নখতর চান্দ বেকত রহু অম্বরে
যৈছে ম হুত পরভাতে ॥ ২
কালিন্দি দেবি সেবি [৫]তাহে ভাখহ
সো [৬]রাখউ নিজ তাতে।
কিয়ে শমন[৭] আনি তুরিতে মিলাওব
গোবিন্দদাস অনুমাতে ॥ ৩ ॥ ৪৩

অর্থ

মমিংদি বৈষ্ণবনি শাজৎনা হুরানবা
হায়নৈ মীনদি অক্রুর বৈষ্ণব।
তাহৈদবা ব্বা মক্তা নিম্নৈ য়ূম খূদীংদা
হায়নরি হয়েং হয়েংতা ॥
ইতারোয় হয়েংনি অহিং হৌখ্রবদি।
খিয়ু উপায় ইতা ঙান্দনবা ইমুং অসে
হেন্দনবা কানু সঙ্গাইদগী ॥
মখোঙ্ পায়না হায়জো থিরু কোয়না যোগিনী
হৌখিদনবা ঙসি অহিং ॥
থা-থরাম্মীচাকশিং লৈসনু অসুম ঙান্দুনা
ওইনদবা হয়েং অয়ূক ॥
ঈড়াৎলু কালিন্দীবু হায়জো মহাকপু
* থিংবীনবা মাগী অপোকপা।
ন ত্ত র গ না কৌহল্লকউ যমবু থুনা
গোবিন্দনসু খঞ্জে অহুম ॥ ● ॥৪৩

---

খুৎইদা— ৫। তহি ভারব, ৬। রাখব, ৭। বিহি আনি মিলাওব।

* যমুনাগী মপাদি 'মুমিৎ'নি। মচানুপীনা হায়জরবদি মপানা থোকপিরক্তবসু য়াই, হায়জরু হায়বনি। য়াদ্রগনা মবুং যমবু কৌহল্লকউ থুনা শিজখিবা য়ানবা।

## ভবন্ বিরহ

( চৎলমদাইগী মতৌ )

**ললিত মাধবে—**

ভানোর্বিম্বে ত্বরিতমুদয় প্রস্তুতঃ প্রস্থিতেঽসৌ
যাত্রানান্দীং পঠতি মুদিতঃ স্যন্দনে গন্দিনেয়ঃ ।
তাবত্তূর্ণং স্ফুট খুরপুটৈঃ ক্ষৌণিপৃষ্ঠং খনন্তো
যাবন্নামী হৃদয় ! ভবতো ঘোটকাঃ স্ফোটকাঃ স্যুঃ ॥ উঃ নীঃ

অয়ুক চৌখ্খি হুন্দোরকপগা মান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্গ-দবগী থৌরাঙ্লিবত্ উবদা শ্যামলানা তেংথারকলি। অরাং নোংপোক মায়কৈদা চৌখ্খিনা ভাঙ্া হেক তৌরকপদগী হৌনা মথরায় সুংভাইজরবা অক্রুরনা দোলাই মথক্তা তোংনা তোংনা যাত্রা-শৈহৌ থীরকলি। হে ঐগী থম্মোই ! তুঙ্গীকমক নথন্তা হান্না শেগাক কায়জগৌ নত্রবদি অকনবা লৈতঙ্গায় ফাওবব্ ফক্কায়বা ঙমলিবা অতুগুম্বা শগোলগী লোঙ্-খুমশিং অসিনা নেংথায়বিদুনা থীন্দনমক নঙ্বু শিংকুপ শাহল্লরগনি॥

মসিগী পদ

অস্তমিত যামিনি কন্ত
বিফল ভেল মণিমন্ত ॥
উদয়াচল বরুণারুণ
উয়ল দিনমণি দারুণ ॥
দেখ সখি পাপি অকুর
হরি লেই চলু মধুপুর ॥
দ্বিজকুল মঙ্গল উচার
চলু সব গোপ গোঙার ॥
কোই না কহ অছু বাত
হরি জনি মাথুর যাত ॥

ব্রজপতি দম্পতি চীতে
কোন কয়লি বিপরীতে ॥
তে বুঝি নিকরুণ ধাতা।
গোবিন্দদাস দুখ গাথা ॥ ৬ ॥ ৪৪ বৈঃ পঃ ৬৪২

অর্থ

তাখরেনে থোক্লম্বা থাজ
ওইরে অরেম্বা যন্ত্র-মন্ত্র ॥
চাইরে সিন্দুর চীংথৈ মায়গৈ
তাক্লি তমথীনা লোইরে ঙসি ॥
য়েংউ সখি পাপী অক্রূর
পুখিগদৌরে হরি মধুপুর ॥
মঙ্গল তৌরি ব্রাহ্মণশিংনা
লোনচং খঙ্দে গোপশিংসু ॥
হায়নদে করি কনাসু করি
খঙ্লমক্তা চংথ্রনি হরি ॥
ব্রজনিংথৌ রাণী অনিসু
থামাইবীরমালে কনাননো ॥
নোংদমতননি খঙ্লে মসে
রাহল্লিবসে গোবিন্দবু ॥ ৬ ॥ ৪৪

## ভূত বিরহ

( চংথ্রবদা ওইবা মতৌ )

ভূত বিরহগী মতৌ ১০ শুই মহুদি—
ধ্যানং চিন্তা ভবেদিষ্টা নপ্ত্যানিষ্টাপ্তি বিস্মিতাঃ
শ্বাসাধমাক্ষ্য ভূলেখ বৈবর্ণং ভবিতা ইহ ॥

অর্থ

থ্যান তৌবা, লংজীন ফংদনা খনবা, ফংনীংববু ফংদবা, পাম্নদবনা বাইথুংলবা (ফংলবা), চঙকবা, তৌকম খঙ্দবা, স্বরমণী হোনবা, মিৎ-না তুথবা, লৈমায়দা লৈই চিংবা, কুচু তাইশিল্লকপা অসিনচিংবনা মসিগী মত্তৌনি।

মসিগী পদ

শুনলহুঁ মাথুর চলব মুরারি
চলইতে পেখলুঁ নয়ন পসারি ॥ ১
পালটি নেহারিতে হাম [১]রহু হেরি
[২]শ্যামশূণ্য মন্দিরে [৩]হামু আওহুঁ ফেরি ॥ ২
দেখ সখি নিলজ জীবন মোয়।
পিরীতি [৪]জনাওত অব ঘন রোয় ॥ ধ্রু
সো কুসুমিত বন কুঞ্জ কুটীর!
সো যমুনাজল মলয় সমীর ॥ ৩
সো হিমকর হেরি লাগয়ে চঙ্ক।
কানু বিনে জীবন কেবল কলঙ্ক ॥
এতদিনে বুঝলু [৫]বচনকি অন্ত।
চপল প্রেম থির জীবন দুরন্ত ॥
তাহে আতি [৬]দুরজন আশকি পাশ।
[৭]সুমতি জানওত গোবিন্দদাস ॥ ৬ ॥ ১

অর্থ

তারে ঐনা লেঙ্লনি হরি মথুরা।
উজরুরে ইমিৎমক্না লেঙ্খিবদো মানা॥
য়েংলম্মী ঐবু হম্না লৈখি ঐসু য়েংনা।

---

বৈঃ পঃ ৬৪৩— ১। রহ, ২। শূনহি মন্দিরে, । ৩ আয়লুঁ, ৪। জনায়ত, ৫। বচনক, ৬। দুরজয়, ৭। সম্বাদি না আওত।

শ্যাম লৈতবা মন্দিরদা হল্লকখি ইথন ॥ ২
সখি ইকাই খঙ্দবী ঐগী পুন্সীনি
কপ্পতনা হুজীক্তি মাগী মথৌ ওইরি ॥ ধ্রু
লৈতনা য়োমলবা কুঞ্জগী সঙ্গাই।
মলয়াগী নুংশিৎ যমুনা ঈশিং ॥ ৩
মৈহুম চুরি লকান্নুং উবদা থানিন।
অরেম্বনি পুন্সীসে মাবু নত্তনদি ॥ ৪
খঙ্জরে ঙসিতদা মীনা হায়ন-রা।
লৈহৌই পুন্সীসিনা চৎখি পিরীতিনা ॥ ৫
পুল্লগনি থৎঙমদবা আশা থোরীনা।
খঙ্ই পাম্বৈ মুন্না গোবিন্দদাসনা ॥ ৬ ॥ ১

---

## জাগরণ

( মিংশেঙ্ খাঙ্বা )

নিদ্রাক্ষয়স্তু জাগর্য্যাস্তত্রশ্বোস গদাদিকৃৎ।

অর্থ

তূম্বা য়াদবা, মিংশেঙ্খাঙ্বা, ফূম্বঙ্নবা, স্বর ফুয়না হোনবনা মসিগী মতৌনি।

উজ্জ্বলদা হায়রি—

যা পশ্যন্তি প্রিয়ংস্বপ্নে ধন্যাস্তাঃ সখি যোষিতঃ।
অস্মাকন্তু গতে কৃষ্ণে গতা নিদ্রাপি বৈরিণী ॥

অর্থ

হে সখি! মমঙ্ মহাদা মাগী চান্নববু উজবা ফংলিবী নূপী অহু ময়াইবক ফরিবনি। ঐখোয়গীদি কৃষ্ণনা মথুরাদা লেঙ্থ্রবদা নিদ্রা কৌবী দেবী অহুম্ু য়েরুবীমক ওইনা মশক উথিদ্রে, ঙস্নোকপনি।

পদ

গুরুজন গত জন বোলে
গৃহপতি গরজন ঘোরে ॥ ১
গনইতে গোপ কিশোরী
গহন গেই গেও ছোরি ॥ ২
গোবিন্দ গুণ রতি সোই
গুণি গুণি জামিনী রোই ॥ ধ্রু
গলত গলত দিঠি ধারা
গীরত গীম মণিহারা ॥ ৩
গুপত গুপত রস আসে
গরলহি করব গরাসে ॥ ৪
গদ গদ স্বরে অভিরামা
গাবই গিরিধর নামা ॥ ৫
গোকুল গোপী বিলাপ
গোবিন্দদাস হি তাপ ॥ ৬ ॥ ২

অর্থ

শিগৈচন গুরুজনশিংনা কয়া
গাঙ্লি কয়া অমা যুমুরেননা ॥ ১
চোকথৈ থীবদা মুমিৎ শীংবুর
মমলি শুক্রা থম্মোই লকানুং ॥ ২
থনবতদা মাগী মতিক মগুণ
খঙ্দে হৌখিবা অহিং অসুম ॥ ধ্রু
শিস্থরি মিৎস্নাদা পিগী মতুম
তাউথোকলি মণি-লীকথাঙ্-পরেং ॥ ৩
কনানা খঙ্দবা রমগী বাখল
খাঙ্লি বানা হু থকপগুয়া ॥ ৪

কপলি হীরা হৈনা থাজমানবী
শোন্দুনা চীন্দা গি-রি-ধর ॥ ৫
তাবদা গোপীগী তেংথারোন
লাংই মৈশা গোবিন্দদাস ॥ ৬ ॥ ২

---

উদ্বেগদশা

( লাঙ্‌তরুবা মতৌ )

উদ্বেগো মনসঃ কম্পাস্তত্রনিঃশ্বাস জাগরৌ।
স্তম্ভচিন্তাশ্রুবৈবর্ণ্যস্বেদাদয় উদীরিতাঃ ॥

পুরক্টিং লৈতাকম খঙ্‌দবা লাঙ্‌তরুবা মতৌবু উদ্বেগ কৌই। মসিগী মতৌদি— স্বর ফুয়না হোল্লি, থকচানৈ, পঙ্‌থৈ, খাখলদা থুংবঙ্‌নৈ, পি শিন্থে, কুচু ফকচিল্লি অমদি হুমাং পাখৎপনচিংবা তৌই।

পদ

হৃদয় বিদারত মনমথ [১]বাম
কো জানে কাহে ম হত [২]দুহুঁ ঠাম ॥ ১
জ্বলু বিরহানলে মনমাহা [৩]গোই
কঠিন শরীর ভসম নাহি [৪]হোই ॥ ২
কাহে [৫]সমুঝাওব মরমক খেদ
মরত না জীয়ত [৬]কানুক বিচ্ছেদ ॥ ধ্রু
যো মুখ হেরইতে নিমিখ বিরোধ
পুন হেরব বলি তাহে পরবোধ ॥ ৩

---

বৈঃ পঃ ৬৪৩— ১। বান, ২। দুই, ৩। গোয়, ৪। হোয়, ৫। সমুঝায়ব, ৬। কাহু বিচ্ছেদ।

অনুভবি মালতি পরিমল [৭]থেহ
কো জানে জীউ রহত ইহ [৮]দেহ ॥ ৪
জানই কানুক সো আশোয়াস
চলু মথুরাপুর গোবিন্দদাস ॥ ৫ ॥ ৩

অর্থ

থিনগায়রি কামগী তেন্না থম্মোই লকা ঐগী
খঙ্গনি কনানা চিংথায়দে অসি মক্তা ॥ ১
চাক্লে কায়ন মৈরিনা থম্মোই নুংসে ঐগী
তুমদরি চাক্তুনা মায়থাবী হকচাং'সিদি ॥ ২
ফোঙ্গনি কনাদবু থম্মোইগী মৈচাকসে
চঙ্লিবরা শিন্নবরা খঙ্দরে ঐ অসে ॥ ৩
পন-শাবা মীৎকী পানা মাবু য়েংজবদা
থেমগনি মাবু করম উরকখিনি হায়না ॥
( য়োমলি লৈনা নিকুঞ্জনুং নীংথিরি হান্নগুম
খোংলি রাহোং কোকিলনা ইল্লি খোয়মু শয়োম ) ॥
লৈনম চেন্নি য়েংউ নুংশি লৈয়াং মালতিস্থ
কেমলোইদোরিবরা খঙ্দে হকচাং'সিস্থ ॥ ৪
খঙ্বনি কান্নুগী য়াথং অরেপ্পদো
চৎলু মথুরাদা গোবিন্দদাস ॥ ৫ ॥ ৩

—

## তানব-দশা

( ময়েং তাথরকপা )

তানবং কৃশাতা গাত্রে দৌর্ব্বল্যভ্রমনাদিকৃৎ ॥

---

য়েংগদবা— নং ৪ গী মথক্তা বৈঃ পঃ দা লৈবা— হেরইতে কুসুমিত কেলিনিকুঞ্জ
গুনইতে পিকরব অলিকুল গুঞ্জ ॥

৭। এহা, ৮। দেহা।

অর্থ

হুৰুচাং মহোং তাৱকই। শোঙ্গিল্লকই অমসুং কোয়চৎ চত্তূনা লোল্ল। কনাগুম্বনদি মসিবু "বিলাপ" হায়নবসু য়াওই।

পদ

অবলা পেখহুঁ মতি হীনা।
সারঙ্গ শবদে মদন অতি কুপিত
তা দিন দেল খীণা ॥ ধ্রু
রহত বিদেশ সন্দেশন পাঠাওত
কৈছে জীওব ব্রজবালা।
সো হেন নাগরি রূপে সুগাড়ি
জ্বারল বিরহ-বিষ-জ্বালা ॥ ১
উরু বিনু সেজ পরশ নাহি জানত
সোই লুঠত মহী কামে।
পুণমিক চান্দ টুটি পড়ত জনু
ঝামরু চম্পক দামে ॥ ২
সোই অবধি দিন কত আশোয়াসহ
তেহি ধনি রাখত পরাণ।
ভণয়ে বিদ্যাপতি নিকরুণ মাধব
শুনইতে হরল গেয়ান ॥ ● ॥ ৪

অর্থ

শাওচংনরি য়েংত্ত লাইবক চাউবী।
স্নাকায়হল্লি কাম তারুবদা খীণা খোম্বাও,
ময়েং তাথরি নোংমা নোংমগী ॥ ধ্রু
কৈখরে লংফৈদা তাহল্লকে মপাউখোন্দি
হিংগনি করম ব্রজনহাদি ॥

চেংলৌ শকহেনজবী লায়না থাজগনবী
চাকথেক্লে হুজীক্লা কায়ন হুরেলনা ।। ১
শেমজৈ লৈগী সজ্জা য়েংজৈ ঙমদে শোকলুবদি
ওলহল্লি কামনা লৈমায়থক্তা ।।
হোংনৈ খাঙ্বা য়ানা থাগী মৈহুম মৈশা
কাহংলি লৈহাউ-লৈয়েন কুচু ।। ২
অস্নুক কুইবা মতম খাঙ্গনি কৱম
থাখিদরি থৱায় অসিমক্তা ।
বিদ্যাপতিনা হায়জৈ হুংশি হৈতে মাধব
য়াম্থখরি মসি তাব-তদা ।। ৩ ।। ৪

## মলিনাঙ্গতা দশা

( তুফক তুফাইচনবা )

ম্লানতা সকলা গাত্রং মলিনাংগতমুচ্যতে ।
নির্ব্বেদ গুণিরুক্তাপৈ ভূষণাদেরুপেক্ষণং ।
বস্ত্রস্য মলিনত্বঞ্চ ভূমৌচ মলিনাং যথা ।।

কেবা মৌবা য়াংপনা মশা পুম্নমক মকশিনবা মতৌবু 'মলিনাঙ্গ' হায়না কৌই । মসিগী মতৌদি— হামচংনবা, নায়ককী য়াত্তবু হন্না হন্না খনবা, মৈশা লাংবা, লৈঙেংনচিংবদা থৌশারক্তবা, মফি মরোল চমোংনবা, লৈমায়দা ওন থোইনা খাঙ্বা অসিনচিংবা তৌই ।

পদ

এতদিনে গগনে অখিণ রহুঁ হিমকর
জলদে বিজুরি রহুঁ থীর ।
চামরি চমরু [১]নাগরে [২]পরবেশই
মদন ধনুয়া ধরু [৩]কির ।। ১

---

বৈঃ পঃ ৬৪৩— ১ । নাগরে, ২ । পরবেশউ, ৩ । ফির ।

মাধব [৪]বুঝল মু তোহে অবগাই।
এক বিয়োগে বহুত সিদ্ধি সাধলি
অতয়ে [৫]উপেখবি রাই ॥ ধ্রু
প্রমোদিনি বৃন্দে দিনহি অব হাসউ
[৬]বান্ধলি ধর নব রঙ্গ।
মোতিম পাঁতি কাঁতি ধরু উজ্জ্বল
কুঞ্জরু [৭]গতি অতিভঙ্গ ॥ ২
তুয়া অনুরূপ রসিকবর নাগরি
কো ধনী মিললি না জান।
[৮]রাজশিবসিংহ রূপনারায়ণ
লছিমা দেবী পরমাণ ॥ ৩ ॥ ৫

অর্থ

মপুংফাবা থানিননা ডাল্লসনু ঙসি লেঙদনা
লেঙদবা নোংথাঙনা নোংলেন লক্তা
চেঙপু খুঙ্গঙদা চমরী কৌবী শজিনা
পায়সনু লীরুংতেন কামদেবনা ॥ ১
খঙজরে মাধব খুংগী বাখল নঙগী।
পাঙলি নখো কয়া কায়নবদা অমুক্তা
অহুনা হুন্দোকপিরি রাই ॥ ধ্রু
শাংলসনু থরো হুজীক অয়ুক নুংথিন্দা
ঙাঙসনু মচু রারক ওয়াননা।
লংথংসনু হেন্না মুক্তা পরেং মচু
নীংথিসনু শামুসু শাজং ॥ ২

বৈঃ পঃ ৬৫০— ৪। বুঝলুঁ তোহে, ৫। উপেখলি, ৬। বান্ধুলি ধরু, ৭। কুঞ্জর চলু, ৮। পরেং অনি অসিগী মতংডা লৈ—
গোবিন্দদাস কহ এতহুঁ না জানহ
কুবুজা অব নব রাণী।

নপাচাবী নঙ্গী শকহেনবী রস চেনবী
খঙ্জদে কনা লৈরবনো নঙ্গী।
খঙ্ই অসিতদি গোবিন্দদাসনদি
রানী অনৌবীনি কুব্জা সতীনা॥

---

## ভাবার্থ

রাধাগী অৱাবা মতৌ য়েংঙমদ্রবী কবিগী সিদ্ধদেহনা দূতী ওইনা কৃষ্ণদা হায়জরি— 'হে মাধব! ইবেম্মগী অৱাবা য়েংঙমদ্রে। নঙ্বু মানা ফংজবা ওইহনবীয়ু, হান্নগুম মাগী মায়থোং মকারামহনবীয়ু, অশেংব সনাগী কুচু অদু অমুক হন্না ফংহনবীয়ু। চামরদগী হেনবা মশাগী শমলাংগী নিংথিবা হেনগৎলকসনু, কামগী অপাম্বনা মাবু হান্নগুম অমুক লাকঃৎসনু। চুম্মী, মাবু লংথোক্লম্লগা নংগীদি থৌদাংকয়াবু পাঙ্-খোকপা ওইরি অদুম ওইনমক মাগী অৱাবসু মখঙ্বীয়ু। তঙাংবী মচৌনবান্দা খোয়রুম মোমোন মীনোকসনু, নীংথিবী মমিংনা নঙ্গী ফজবা নতৌবু পেন্না থকচিনজসনু, য়াগী পরেংনা মুক্তাগুম লংবা ওইসনু, শাজৎনা শামুদগী হেন্না চীং-লেশ্বী ওইসনু।

## প্রলাপ দশা

'প্রলাপঃ অনর্থক পদং'

প্রলাপ হায়বদি চোইরোন পারোন লোনববু খঙ্নৈ।

### পদ

শুন শুন নিরদয় হৃদয় মাধাই।
তোহারি বিরহে ধনি কাতর অন্তর
কি কহই থীর নাহি পাই॥ ধ্রু
প্রলাপ সন্তাপ ধনি খিতি সুতলি
ভরমে আনে কহে আন॥

প্রিয়সখী মুখ হেরি অনিমিখে ছল ছল
খীর কমলি দুনয়ান ॥ ১
তুয়া পরসঙ্গ শ্রবণে যব শুনই
তবহি মেলি আখি চাই।
কহইতে কণ্ঠে রোধ ভই রোওত
কত পরবোধব তাই ॥ ২
কাঞ্চন জিনিতনু ঝামরু ভেল জনু
চান্দ কলা অতি খিণে।
শ্রমই ভর নয়নে কতই প্রলাপই
কহই উদ্ধব দিনে দিনে ॥ ৩ ॥ ৬

অর্থ

তাবিয়্ হে নুংশি খঙ্দবা মাধব!
রাজহৌবা কয়া নঙ্গী মৈনা রাধা
লৌফম খঙ্দে করি মরোন মরি ॥ ধ্রু
ওাল্লি লৈমায় থক্তা চোইরোম্ত লোন্দুনা
হায়বনা অমা তৌবনা অমা ॥
সখীতম্না য়েংই মুম্না মিৎকূপ্তনা ঈরা চেম্না
কূপ্তে মিৎস্না অমুক্তস্থ ॥ ১
তাজ-রবতদা খোয়থুম্নবা নঙ্গী মিংলেন
পাঙ্লকই মিৎস্না অতুতদা।
খোক্কে রাঙাঙ্ কপ্পতনা ফুল্লি খৌরী চরম
থেম্ম্গনি মাবু কয়া কুইনা ॥ ২
সনা অহিংবা কুচু ককচিনখরে মাগী
মকশিনখরে থাজ মায়থোং।
পাম্বে লৈত মিৎয়েংনা লোল্লি চোইরোন কয়া
উদ্ধবদাসনা নুমিৎ খুদীং ॥ ৩ ॥ ৬

## ব্যাধি দশা

অভিষ্টালাভতো ব্যাধিঃ [১]পাণ্ডিমোত্তাপ লক্ষণঃ।

অত্র শীত-স্পৃহা-মোহ-নিঃশ্বাস-পতনাদয়ঃ ॥ উঃ নীঃ

### অর্থ

ফংজনীংবা ফংদবনা মদুম ওইদুনা কুচু কুমেন তাইশিল্লকপা অমদি অকনবা মৈশা লাংবগী মতৌ ফোংদোৱকপবু 'ব্যাধিদশা' হায়না খঙ্নৈ।

মসিগী অনুভাবশিংগী মতৌদি—

শীত (ঈংবা), স্পৃহা (লাঙ্তরুবা), মোহ (শুক্লাৎপা) অমসুং নিঃশ্বাস (স্বর মপী হোনবা) মখোয় অসি তৌই।

### পদ

রাগ ধানসী

নিশি দিশি জাগরি মধুপুর নাগরি
বেশ [১]পসারই অঙ্গে।
[২]তোহে [৩]সুপুরুখ [৪]মরণ সময় গোঙাওই
নব নব রস পরসঙ্গে ॥ ১
মাধব [৫]তোহে যব নিকরুণ ভেল।
[৬]মিছাই অবধি দিন [৭]গুণি কত রাখব
ব্রজবধূজীবন [৮]শেষল ॥ ধ্রু
([৯]কোই যওব) কোই যমুনাজল কোই ধরণি তল
কোই কোই লুঠই [১০]নিকুঞ্জে।
এতদিনে বিরহে মরণ পথ পেখলুঁ
তেহ তিরি বধ [১১]ভেল পুঞ্জে ॥ ১

১। পাণ্ডিরো— খুৎই। পঃ কঃ ১৯৩৬ পদ— ১। পসারল, পসাহল, ২। তুহুঁ, ৩। সুপুরুখবর, ৪। 'মরণ' ছাপাদা য়াওদে, ৫। তুহুঁ, ৬। মিছই, ৭। পুগণি, ৮। শেল, ৯। বাহৈ অনি অসি ছাপাদা লৈতে, ১০। নিকুঞ্জ, ৭।

[12]খোর [13]সরোবর [14]তপত সলিলে জনু
আকুল সফরি পরাণ॥
জীবন মরণ [15]মরণ জীবন
গোবিন্দদাস পরমাণ ।। ৩ ॥ ৬

অর্থ

অহিং মুংথিল অনি মধুপুর নূপীশিং
থোশানদে ফিক্কেৎ লৈতেং ।
শকহেনবনি নঙ্‌দি লূপলি রস ইরেনতদা
লোম্নগনি মাদি পুন্সী ॥ ১
কান্নগনি করি থীরুবগী মুমিৎ মশীং ।
মুংশিবিদ্রবদা মাবু নঙ্‌না হরি
লোইয়ে লোইরে গোপী পুন্সী ॥ ধ্রু
কূমলি কনানা যমুনা ইরেল
ওয়ে কনানা লৈমায়থক্তা
কোন্দুনা নিকুঞ্জ খাঙ্‌জৈ কনানা ।
হিংলম্নরোই হুজীক্তি কায়ন মৈনা রায়না
নূপী হাৎপদা হাৎলেঙ্‌দে নঙ্‌দি ॥ ২
কংলে পুথ্রা ঈশিং মৈহৌরে খরতুসু
চোংথুনা খাঙ্‌নৈ ডাগী মখৈনা ॥
পোক্লবদি শিবা শিরগনা পোকপা
খঙ্‌ই শেংনা গোবিন্দনা ॥ ৩ ॥ ৬

---

পাঃ বঃ— ১২। তপত, ১৩। সরোবরে, ১৪। খোরি, ১৫। মরণ বরু জীবন

## উন্মাদ দশা

মসিগী লক্ষণ—

রসামৃতসিন্ধুদা হায়রি—

উন্মাদো হৃদ্‌ভ্রমঃ প্রৌঢ়ানন্দাপদ্বিরহাদিজঃ।

অত্রাট্টহাসো নটনং সঙ্গীতং ব্যর্থচেষ্টিতং।

প্রলাপ ধাবন ক্রোশ বিপরীত ক্রিয়াদয়ঃ॥ ৪র্থ লহরী সিন্ধু

### অর্থ

চাং হেন্না নুংঙাইবা হরাউবা, থুদোং থীবা অমদি শেংন-খাইনবদগী পোক্লকপা পূক্লাংগী অকাউবা মতৌবু 'উন্মাদ' (ভাওচংনবা) হায়না কৌই। মসিগী মতৌদি— খাক্না নোকপা, জগোই শাদোরকপা, ঈশৈ শকপা, ঙইরোইদবা, কান্নদবা থবক তৌবা, চোইভাঙ্ ভাঙ্বা, চেনবা, লাউবা খোংবা অমদি ওন্ন-তৈনবা থৌওঙ্ ভাক্তা অসুম তৌথোরকপা অসিনচিংবনি।

### পদ

রাগ বরাড়ী

নিরস সরসিজ ঝামরু নয়না।
তুয়া গুণ শুনইতে সচকিত নয়না॥ ১
খণে মুখ-গোই রোই খনে হাসই
হিয়া অভিলাসে চলত মহি খসই॥ ২
এ হরি পেখলুঁ সো গজগমনি
জীবইতে সংশয় কুলবর রমণি॥ ধ্রু
অনুখণ মনমাহা মনসিজ হানই।
হিমকর কিরণে থীর নাহি মানই॥ ৩
খণে উঠে খণে বৈসে সুতিরহুঁ ধরণী
বিষশর ঘাতলু যৈছে কাতর হরিণী॥ ৪
কতয়ে বিছাওব কমলদল সেজ।

ছটপট শয়নে জীউ নাহি তেজ ॥ ৫
গোবিন্দদাস কহে শ্যামরুচান্দ।
তুরিতে মিলহ ধনী টুটউ দ্বন্দ্ব ॥ ৬ ॥ ৮

অর্থ

মকশিল্লে লৈরাং থম্বাল মঙান চেন্দে মিংস্না
তারগতা নগুণ নঙ্গী য়েংথোকই তথক তথক ॥ ১
থুম্মী তোয়না মায়থোং কংদে মিংস্না পিরাং
লাঙ্তক্না থম্মোই হাইহংলি লৈমায়থক ॥ ২
হে হরি, শামু শাজং ঙমজবীদো
খঙহৌদরে চঙবা শিবা শকহেনবীদো।
ওংলি কামগী চৈনাখোলনা থম্মোই লকা মাগী
লৈফম চাফম খঙ্জদরি থারন মঙান উবদা ॥ ৩
হৌগৎ-ফমথ তৌই কয়া ওল্লি লৈমায় থক্তা।
হূগী তেন্না পাল্লবী শজি অমোমগুম্না ॥ ৪
শেমজৈ শয্যা হন্না হন্না থম্বাল লৈকাতনা
হেল্লি মৈচাক ফবা উয়গডুম মহু ॥ ৫
উন্নবিরো থীন্নদনা লেঙবিরো শ্যামচাঁদ
হায়জৈ গোবিন্দনা কোকহনবীরো রাবা ॥ ৬ ॥ ৮

## মোহ দশা

মোহো হৃন্মূঢ়তা হর্ষাদ্বিশ্লেষাদ্ভয়তস্তথা।
বিষাদাদেশ্চ তত্রস্যাদ্দেহস্য পতনং ভুবি।
শূন্যেন্দ্রিয়ত্বং ভ্রমণং তথা নিশ্চেষ্টতাদয়ঃ ॥
সিন্ধু ৪র্থ লহরী

### অর্থ

হুরাউবা, কায়নবা, অকিবা অমদি থরায় হাবনচিংবদগী পুক্নীং শোন্থরকপা হায়বদি খাঙ্‌বগী পাংগল হাংলকপা মতৌবু 'মোহ' কৌই।

মাসিগী মতৌদি লৈমায়দা হাইথবা, ইন্দ্রি শোন্থবা, কোয়না চৎপা, থবক্তা খোয়জঙ্‌দবা অসিনচিংবা তৌই।

### পদ

রাগ-ধানসী

শকতি [১]খীণ অতি উঠই না পারই
কাতরে সখী মুখ চাই।
পরশি ললাটে করতি মুখ ঝাঁপল
তুয়া মুখ হৃদি অবগাই ॥ ১
মাধব ! করুণা কি লব [২]তোহুঁ নাই।
এক [৩]বৈরি বিরহ বেয়াধি নিবারহুঁ
এ [৪]দুই পদ দরশাই ॥ ধ্রু
[৫]রাই সেজ উপেক্ষি ধরণী পর লুঠই
কত্ত কত [৬]সো রঙ্গ নয়নি।
মধুপুর পথিক চরণ ধরি [৭]রোওত
[৮]জীবন সংশয় জানি ॥ ২
এতদিনে নবমী দশা পরিপূরল
শ্বাস বহই উধমন্ত ॥
মাধব ঘোস [৯]যব কালিদহে পৈঠব
বুঝি তুয়া বিয়াধিক অন্ত ॥ ৩ ॥ ৯

### অর্থ

শোনথিবনা মশা ওমদে শোনগৎচবা
য়েংই তয়ক তশোন সখীতদা।

বৈঃ পঃ ১৫১— ১। ক্ষীণ, ২। তোহে, ৩। বেরি, ৪। দুহুঁ, ৫। রাইক পেখি, ৬। সারঙ্গ, ৭। রোয়ত, ৮। জীবইতে, ৯। ছাপাদা 'যব' য়াওদে।

শৌথুনা মখূৎনা লোৎলি মায়খোং থানিন
কোঞ্জে নঙ্‌তবু লকান্নুংনা ॥ ১
নুংশিবগী মরীক লৈতবরা মাধব।
কনবীয়ুনে মাবু কায়ন লাইমনদগী
উহনবীথুনা নখোঙ' থম্বাল ॥ ধ্রু
য়েংখিদরে শয্যা শুল্লি লৈমায় থক্তা
ফোঙ্‌লি মতৌ কয়া মিৎয়েংশুনা মাগী ॥
কপচৈ মখোঙ্‌ কোম্না মথুরা চৎপশিংগী
তৎকদোরথুনা থরায় মাগী ॥ ২
য়োখরে থাক মাপন শুবা কায়ন মৈশা খাঙ্‌বা
তেনখদ্দে মনুংশা শদো থোংলে।
চোংথরগা যমুনাদা মাধব ঘোষ ঐনা
মৃৎকনি নঙ্গী কায়ন-মৈরিসে ॥ ৩ ॥ ৯

## মৃত্যু দশা

বিষাদ ব্যাধি সন্ত্রাসং প্রহারক্লমাদিভিঃ
প্রাণত্যাগো মৃতিস্তস্যামব্যক্তাক্ষর ভাষণং।
বিবর্ণ গাত্রতা শ্বাসমান্দ্যহিক্কাদয়ঃ ক্রিয়া।

সিন্ধু ৪ র্থ লহরী

### অর্থ

থরায় রাবা, লায়না চেনবা, অকিবা নংবা, ফুবা অমদি তাথী তাওইনা তৌবা, অসিনচিংবনা মরম ওইথুনা থরায় থাববু মৃতি (শিবা) হায়না কৌই। হায়রিবা 'মৃতি অসিদা বা ঙাঙ্‌বদা মরোল লৌফন খঙ্‌দবা, কুচু মাঙ্‌বা, স্বর তেনশিনবা অমদি থগোকপনচিংবা তৌই।

রাগ-গান্ধার

অঙ্গে অনঙ্গ [1]জরণী মরমে বিষম শর
কণ্ঠহি জীবন জারা।
করতলে বয়ান নয়ান ঝরু নীঝর
কুচযুগে [2]কালিম হারা ॥ ১
মাধব তুহুঁ মধুপুর দূরদেশ।
ও অবলা চির বিরহ বেয়াধিনি
দশমি দশা পরবেশ ॥ ধ্রু
বিগলিত কম্বু বলয়া কর কিশলয়
খণহি খণহি খীণ দেহা।
[3]পাণিক কাঁতি তবহুঁ নাহি ছোড়ত
জনু অবধিক শশি রেহা ॥ ২
তনু মন জোরি গোরি [4]তোহুঁ সোঁপলু
[5]কনয়া জড়িত মণিরাজ ॥
গোবিন্দদাস ভণি কনয়া [6]বিহিন মণি
কবহুঁ হৃদয়ে নাহি [7]সাজে ॥ ৩ ॥ ১০

অর্থ

হকচাং পুস্থা কামগী লায়থুং থম্মোয় থূস্বা তেনগী চৈনা
থরায়না খৌজেঙ্দা কায়দোং।
শৌরি খূৎনা মায়থোংথানিন কংবা নাইদে মিৎস্নাপিরাং
মকশিল্লি কাজলনা থাবোম ॥ ১
মাধব ! মধুপুরদা লৈখয়ে নঙ্দি তামনা।
কায়ন মৈহুম চুরি পাংগল শোনবী মাদি
য়ৌশিনখয়ে অরোইবী দশা ॥ ধ্রু

বৈঃ পঃ ৬৫১— ১। জর, ২। কাজর, ৩। কো জানে কাঁতি তবহি নাহি ছুটত, ৪। তোহে, ৫। কনয়, ৬। বিহনে, ৭। সাজ।

নাস্থখরে মোইবুং থূজি থম্বাল মানবী থূম্ভা
কংশিল্লি অস্থম মিৎকুপ খূদীং।
সনাগী কুচুদি মাঙদে অসি ফাওবা
চীথহৌবা থাগী মশেক্কুম্মা।। ২
থরায় হকচাং পুম্মা কৎখি রাধা থাকচদনা
সনানি মথক্তা তম্ফা থিনবা।
হায়জৈ গোবিন্দনা সনা ম্মাঙদ তম্ফাতনা
নীংথিরুদে খক থম্মোই-লকাদা।। ৩।। ১

---

দশদশা

( দশা তরাগী অপূনবা মশক )

মাথুর

রাগ-বরাড়ী

তোহারি মথুরা গমন চিন্তিয়া
[1]লেখই খিতির পরি।
জাগি দিবানিশি হৃদয় বিদরে
উদবেগে আঁখি ঝরে।। ১
অতি খীণ তনু মলিন হইল
[2]প্রলাপ করে কি কহে।
বিয়াধি বিরহে ধরণী [3]লুঠই
মরণের পথে রহে।। ২
উন্মাদ হইয়া উঠে [4]বৈঠে যেন
মৃগী বিষ শরঘাতে।

বৈঃ পঃ ৫২২— ১। লিখই, ২। প্রলাপে, ৩। লুঠয়ে, ৪। বৈসে

মোহদশা ভেল দেহ [৬]যে দুর্ব্বল
শকতি না রহে [৬]গাতে ॥ ৩
দশমী [৭]দশায়ে [৮]গরগর কণ্ঠ
শ্বাস [৯]বহি নাহি বহে ।
শুন হে মাধব যাই দশ দশা
[১০]পামর উদ্ধব কহে ॥ ৪ ॥ ১

ইতি দশ দশা সমাপ্তঃ

অর্থ

মথুরা য়ৌথিবা নহাক্তী রাখন্দা
লৈই চিংলি লৈমায় থক্তা ।
খাঙ্ ই থম্মোই পায়না অহিং মুংখিল চৃপ্তা
কংদে পিরাং মরী মিংতা ॥ ১
নোংমা নোংমা অসুম কংশিল্লক্লি হকচাং
মকশিল্লি মায়থোংগী মঙান ।
কোকঙমজদে মৈশা ওল্লি লৈমার থক্তা
নীংদরে হিংগনি কুইনা ॥ ২
লোল্লি চোইরোন কয়া অঙাওবী পাংথকনা
হৌগৎ-ফমথ তৌই তোয়না ।
য়াঙদরে মপাংগল অরোইবী মতাংনি
ঊমজদরে শোনগৎচবা ॥ ৩
স্বর পুঙমদরে কুল্লে খৌরী চরম
হোল্লি তেম্না লেপ্লি শাংনা ।
তাবিয়ু ইবুংঙো তারগা পেনবিয়ু
উদ্ধবদাসনা হায়জে ॥ ৪ ১

মতাং অসিদা দশ-দশা মশক তাকপা লোইরে ।

বৈঃ পঃ ৫২২— ৫। দেহ দুরবল, ৬। তাথে, ৭। দশায়, ৮। ঘড়ঘড়, ৯। বহে, ১০। পামরী উদ্ধবে।

## ভূত বিরহ

( কৃষ্ণনা দ্বারকাদা লেঙ্‌খিবা মতাংদা ওইবা )

পদ

জরাসন্ধ ভয়ে মথুরা ছাড়িয়া
দ্বারকা চলিলা হরি।
দূতী আসি ব্রজে রায়েরে কহই
সকল বিস্তার করি ॥ ১

রাই শুনিয়া এ সব কথা।
সেই যে দশমী দশায় পড়িয়া
বাড়িল দ্বিগুণ ব্যেথা ॥ ধ্রু

ঘোষর ঘরে বচন না স্ফুরে
সদা ঝরে দুটি আঁখি।
রাইর দশা দেখিয়া সকলে
মুরুছা হইল সখী ॥ ২

আর না হেরব সে চাঁদ বয়ান
যে বা ছিল গেল আস।
ধৈরজ করহ পুন দেখা হবে
কহই উদ্ধব দাস ॥ ৩ ॥ ১

ইত্যষ্টবিধো প্রবাস সম্পূর্ণং।
ততো বিপ্রলম্ভ দ্বাত্রিংশ প্রকার সমাপ্তো ॥ ৩২

অর্থ

কিবনা জরাসন্ধ চেনখি দ্বারকাদা
থাদোক্তুনা মথুরা কোন্নুং।
তৈন্নে রাইদা দূতীনা লাক্লগা ব্রজদা
চীথদনা মরম 'পুম্বা ॥ ১

তাক্লবদা রাই থরায় ফুক্না রায়।
ভরাশুবা পন্থাঙ্  অরোইবা থোঙ্থাং
ওইরে পাংথক শিবমক্কা ॥ ধ্রু
তৌফম খঙ্নখিদে  ঘোব-সঙ্গাইনুং
শিন্থনখি মিত্তা পিরাং।
রাধাগী অরাবা  দশমী দশা
রাম্ভনৈ উবদা সখী ॥ ২
উররোইদে অমুক  থাজ মায়থোং অদো
লোইখরে লোইনা নৈরম্বা আশা।
থাঙ্বিখো রাধিকে ফংগনি শোয়দনা
উদ্ধবদাসনা হায়জে ॥ ৩ ॥ ১

প্রবাস মখল নিপান মতাং অসিদা লোইরে।
বিপ্রলম্ভ মখল ৩২ গী রাদি হায়রবসিনি।

মখাদা শূপচিনবা মওংদা বিপ্রলম্ভগী মখলশিং অমুক হন্না তাক্লি মতুদি--

## পূর্ব্বরাগ মখল নিপান

ক। তাবা মখল মঙা
খ। মিৎনা উবা মখল অহুম

তাবা-- ১। বংশী খোঞ্জেল তাবা
২। বন্দিগী চৌন্দগী তাবা
৩। দূতীগী পাউদমদগী তাবা
৪। সখীনা হায়বদগী তাবা
৫। ঈশৈনচিংবদগী তাবা

মিৎনা উবা— ১। হকথেংননা মশক উবা
২। অয়েকপা ওইনা মশক উবা
৩। মঙ্-হাদা মশক উবা

## মানগী মথল নিপান

ক। হেতুমান অমসুং নির্হেতু মান অসুম্না মসিগী মথল অনিনি।

হেতুমান ( মরম লৈনা শাউবা ) — মথল তরুকনি, মদুগী মশক্তি—

১। চান্নবী সখীনা হায়বা তাবদগী শাউবা

২। তে-নরাগী মচীন্দগী তাবদা শাউবা

৩। মুরলী মখোন তাবদগী শাউবা

৪। লৈপুন খূদম উরুবদগী শাউবা।

৫। চীহ্লাং খরাং হায়দোরকপা তাবদগী শাউবা

৬। মঙ দা অতোপ্পগা লৈমিন্নবা উবদগী শাউবা

নির্হেতু মান ( মরম চাদনা শাউবা )— মসিগী মথল অনিনি মদুদি—

১। কারণাভাষ— মপা লাকপা।

২। অকারণাভাষ— করি নত্তবদা অওইবা ওইনা লৌদুনা শাউবা।

অসুম্না মানগী মথল ৮ নি।

---

## প্রেম বৈচিত্ত্য

মসিগীসু মথল নিপাননি মাদুদি—

অনুরাগ— ১। রূপানুরাগ

২। আক্ষেপানুরাগ

৩। অভিসারানুরাগ।

রসোদগার— ১। নিজোক্তি— মশা মথন্তনা হায়দোকপা

২। সখী উক্তি— মাগী সখীনা হায়বা।

অভিসারোৎকণ্ঠা— মসি বিচ্ছেদগী মথল অহুমনি মদুদি—

১। নায়িকাগী অমসুং নায়ককী (অমনা অমগী মনাক্তা লৈনা লৈনা ওইবা মতৌ)

২। আগমনে— লাকপদা
৩। রত্তি ভোগে— নৈপুনগী মতমদা

অসুম্না মথল ৮ নি।

## প্রবাস

মসিগী মথল অনিনি মক্তুদি— অনকপা, অরাপ্পা

অনকপা লংফৈ—

১। কালিদমন
২। নন্দ মোক্ষণ
৩। ষণ শেনবা
৪। তঙাইফদবা থবক চংপা
৫। রাসকী মতমদা অন্তর্ধান ওইবা।

অরাপ্পা লংফৈ—

১। ভাবি বিরহ— ওইরক্কদবা কায়নবগী রাথল
২। ভবন্ বিরহ— হুজীকনক ওইরিবা কায়নবগী মতো
৩। ভূত বিরহ— কায়নরবা মতুংদা ওইবা মওঙ্।

অসুম্না মসিগীসু মথল ৮ শুই।

বিপ্রেলম্ভ মথল ৩২ গী মথলদি মসিনি।

---

## সম্ভোগঃ

দর্শনালিঙ্গনাদীনামানুকূল্যান্নিষেবয়া ।

যূনোরুল্লাসমারোহন্ ভাবঃ সম্ভোগ ঈর্য্যতে ॥

অর্থ

নায়ক নায়িকা অনিনা অমগা অমগা উন্নবা, কোন্নবা, কৌন ঙাঙ্নবা অমদি শোক্ত-শম্নবনচিংবা মহে মহে নুংঙাইনবা ওইবা মতৌনা পেন্নবা নুংঙাইজবা ওইবা ভাব অদুবু পণ্ডিতশিংনা 'সম্ভোগ' হায়না কৌনৈ। মসিগী মখল অনি শুই মদুদি— 'মুখ্য' অমসুং "গৌণ"।

মুখ্যঃ— তুমদবা মতমদা ওইবা সম্ভোগপু 'মুখ্যসম্ভোগ' হায়না খঙনৈ। মসিগী মখল মরিনি মদুদি— 'সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান।

গৌণঃ— তুমলিঙৈদা মঙ্-হাদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংজবা মতৌবু 'গৌণ-সম্ভোগ' হায়না খঙ্নৈ। মসিগীসু অতুম্মক মুখ্যগুম্না 'সংক্ষিপ্ত, সংকীর্ণ, সম্পন্ন অমসুং সমৃদ্ধিমান হায়না মরি থোকই।

মরম অদুনা মরুদা সম্ভোগ মখল মরিনি হায়না লৌই। মরি অসিগী অমমমগী মখল ৮। ৮ অমসু থায়দোকই। অদুনা সম্ভোগ ৪ × ৮ = ৩২ শুই।

## সংক্ষিপ্তঃ

যূবানৌ যত্র সংক্ষিপ্তান্ সাধ্বসব্রীড়িতাদিভিঃ।

উপচারান্নিষেবেতে স সংক্ষিপ্ত ইতীরিতঃ।

অর্থ

নায়ক নায়িকা অনিনা মশাগী ঈকাইখুম্নবা ঙাকপা অমদি ঈকাইবনচিংবনা মরম ওইদুনা মপুংফাদবা মওঙ্দা চুপ্প-কোন্নবনচিংবা তৌনবা মতৌবু 'সংক্ষিপ্ত সম্ভোগ' হায়না কৌই

মসিগী মখল নিপানদি—

১। বাল্য মিলন— অঙাং ওইরিঙৈদা উন্নবা

২। গোষ্ঠ মিলন— যণশেনবা চৎপদা উন্নবা
৩। গোদোহন— শঙ্গোম শুম্বদা উন্নবা
৪। আকস্মাৎ চুম্বন— খংচুপ চুপ্পদা
৫। হস্তাকর্ষণ— খূৎ পায়তুনা চিংবদা
৬। বস্ত্রাকর্ষণ— ফীজি চিংবদা
৭। আগমনে— লম্বীদা লাকপদা
৮। রতি ভোগে— রতি লীলাদা

## বাল্য মিলন

( অঙাং ওইরিবৈদা উন্নবা )

১

শুভক্ষণ দিন জানি নন্দঘোষ নন্দরাণী
গর্গ আদি মুনিগণ আনি।
রোহিণী নন্দন রাম ততোপরি কৃষ্ণনাম
বেদমন্তে রাখয়ে বাখানি ॥ ১
[1]বৃষভানু রাজাজানি শ্রীমতীরে তথা আনি
রাধিকা রাখিল অভিধানে।
জনম অবধি রাই কার মুখ হেরে নাই
মুদিত আছিল দুনয়ানে ॥ ২
কৃষ্ণ স্পর্শ রাই অঙ্গে মুদিত হইল ভঙ্গে
প্রথমে দেখিল কৃষ্ণমুখে।
দোহে অতি শিশুভর মনে মাহা মনোভর
প্রবেশি উপজে কতসুখে ॥ ৩
রমন রমণী নহে মনমথ মন নহে
মিলন মধ্যত পাঁচবাণ।

১। বৃষভানু রাজজনি ?

[২]লাখোজল দূতি সখী বাল্যের মিলন দেখি
এ দাস উদ্ধব রসগান ॥ ৪ ॥ ১

অর্থ

পুংকম ক্ষেণফম অকবদা নন্দ যশোদা অনিনা
কৌখি মুনিশিং গর্গনচিংনা।
রোহিণীগী মচানা রাম মথংদনা কৃষ্ণনাম
থোনখয়ে বেদবিধি মতুংইন ॥ ১
বৃষভানুগী রাণীনা পুরক্লুনা শ্রীমতিবু
থোলহনথরে মিংলেন শ্রীরাধিকা।
পোকপদগী হৌনা রাই কনাবুসু উরক্তে
পাঙলকখিদে থক মিংসা অনিমক ॥ ২
শোকপদা কৃষ্ণনা রাধা থংপাঙ পাঙখি মিংসা
উখি কৃষ্ণবু অহানবা ওইনা।
য়েংউ কয়া হরাউনৈ অঙাং মশেন পেন্নৈজে
তাল্লি থানিন অনি লৈমায়থক্তা ॥ ৩
নিপা নূপী মতৌ নত্তে কামগী রাখল মমি তাদে
তিনজবনি মশানা মশাদা।
থঙনখিদে মতা অনি মতৌদো অঙাং অনি
শকচৈ উদ্ধবদাস মনাইনা ॥ ৪ ॥ ১

## গোষ্ঠ মিলন

( ঘণ শেনবা চৎপদা )

পদ

ধেনু আগে বেনু বাওই সখাগণ
গোষ্ঠে চলই ঘন শ্যাম।
ঝরখহি ঝাঁকি রাই শ্যাম হেরইতে
মুরুছি পড়য়ে সেই ঠাম ॥ ১

---

২। না খোঁজলু দুটি সখী ?

জটিলা কুটিলা ধাইয়া রাইক
নয়ানে বয়ানে নীর দেল।
ললিতাদি সবহুঁ সখিগণ মেলি
শুনইতে তহিঁ চলি [1]গেল ॥ ২
অনঙ্গ আহের পঞ্চশরে হানল
তেঞি ধনি ভেল মুরুছান।
ব্যাধিনিবারক মন্ত্র তন্ত্র যত
নন্দ নন্দন সব [2]যান ॥ ৩
জটিলা ধাই মিনতি করি কানুক
আনি দেয়ল ধনিক পাশ।
পরসিতে শ্যাম, রাই উঠি বৈঠই
কহতহি উদ্ধবদাস ॥ ৪ ॥ ২

অর্থ

যণনা মাঙ্‌দা বেনু খোংনা সখাশিংনা
মণশেনবৃংদা চৎলি শ্যাম।
মীহুৎ অহোবদগী য়েংক্লে রাই থবায় ফুক্লা
রাষ্ট্রে উরুবদা শ্যামরায় ॥
জটিলা কুটিলানা চেনশিন্দুনা ফিংনা
খীকৃই ঈশিং মায়দ-মিৎতা।
চেনশিন্নরি সখিশিং ললিতানচিংবী
তাবতদা ফিংনা নুংশা থীনা ॥ ২
শরাইদবা গোপ-ভূতনা তোংলমাক্লে 'সিদি
বান্থবনি অদ্ভুতনা রাধা।

১। চলি যান— খুংই অমদা। ২। জান?

কৌরু চৎলু থুনা তন্ত্র মন্ত্র হৈবা
কৃষ্ণকানু নন্দগী মচা ॥ ৩
চেনখরে জটিলা হায়রজরুই খুৎলোম্মনা
পুরুকলে থেম্মা রাইগী নাক্তা।
কামলৈ মন্ত্র-তন্ত্র হৌগৎলে শ্রীরাধা
উদ্ধবদাসদি ওকলে ॥ ৪ ॥ ২

## গোদোহন
( শঙ্গোম শুম্বদা )

### বিভাষ

রজনী প্রভাতে চললি বয়রঙ্গিণী
নদী অবগাহন রঙ্গে।
বাসিত তৈল হরিদ্রা লেই আওত
প্রিয় সহচরি করি সঙ্গে ।। ১
গজবর গতি জিনি গমন সুমন্থর
চাঁদ জিনিয়া মুখ জ্যোতি।
কবরি বিরাজিত মণিময় সুরচিত
সিঁথি উজ্জ্বল মোতি ।। ২
নীল বসন মণি বলয়া বিরাজিত
উচ্চ কুচ কঞ্চুক ভার।
শ্রবণহি তাটঙ্ক মণিময় হাটক
কণ্ঠে বিরাজিত হার ।। ৩
চরণ কমল সম রাতুল আলতা
ঝন ঝন নূপুর বাজ।
গোবিন্দদাস কহে ও রূপ হেরইতে
ভুলল বিদগধ রাজ ।। ৪ ।। ৩

অর্থ

অয়ূক অঙনবদা লোয়নচুনা সখিশিংগা
কূমুন্নি রাধা যমুনাদা।
পুছুনা য়াইঙঙ্গা থাউগা মনম চুংশিরবা
হন্নাউ মথোই কানা ঈথক হৌনা॥ ১
কুচুনা নোংথাঙ্ ওমজবী শামুনা শাজং ওমজবী
থাবু থোইজবী মায়থোং মঙাম্না।
নীংখিজবী শম্মুন মণি লৈতেং কয়া কয়া
লংলি মোতি লরাই শিংগ্রেঙ্দা॥ ২
শেংলি ফীজোন শংলেন খুজেংদনা খুজি
থাবোমদনা মণিগী থাখুম।
নাপ লৈতেং মণিকুণ্ডল সনাদ থিল্লি তম্ফা
মোতি মালানা ওকী লৈতেং॥ ৩
খোঙ্গী খুনীং অনিমক্তা থারি যাবক ওাঙ্না
রুণু ঝুনু খীংলি নূপুরনা।
উবতদা মাবু ককওাওনখি কৃষ্ণকানু
য়েকচৈ চেংলো গোবিন্দনা॥ ৪ ॥

---

রাগ সারঙ্গ

রাধা বদনচন্দ্র হেরি ভুলল
[1]শ্যামক নয়ন চকোর।
[2]ছন্দ বন্দ বিনু ধরণী ধাওত
[3]বাছুয়া [4]কোরহি কোর॥ ১

বৈঃ পঃ ৬৫৬— ১। শ্যামর, ২। ছন্দবন্দ, ৩। বাছুরি, ৪। কোরে আগোর।

শূনহি দোহত মুগধ মুরারি।
[৫]মিছাই অঙ্গুলি করত গতাগতি
হেরি [৬]হাসত ব্রজনারি॥ ধ্রু
লাজহি লাজ হাসি দিঠি কুঞ্চিত
পুন লেই ছান্দন ডোর।
ধবলিক ভরমে ধবল [৭]পদ ছান্দল
গোবিন্দদাস হেরি ভোর॥ ৪

অর্থ

রাধা মায়খোং থানিন উবদা শুম্মাংলি
শ্যামগী মিংয়েং নোংইন চেক্লা।
কাউরি খুরৌ লৌবা চেনখরি ধবলী
থকখরে যন্নাউনা মখোম॥ ১
শুম্মাত্তুনা শক্ল শুমথরি তরভ্দা।
শ্যামগী মিংয়েং নোংইন চেক্লা॥
কাউরি খুরৌ লৌবা চেন্থোকখরে ধবলী
থকতোকখরে মখোম যন্নাউনা॥ ১
শুমখিবনা শক্লা শুমথরি তরভ্দ
চিংলি খুৎনা শুণদা শুমথৈ হঙ্গৎহন্দা
উবদা নোক্লি গোপীশিংনা॥ ধ্রু
ইকাইবনা শিরে মকা ফোংঙমদে মীৎয়েং
থিরি অমুক খুরৌ থৌরী।
খুরৌ লৌরি লান্না যল্লাবা মখোঙ্দা
য়েংলি ওক্লা গোবিন্দনা॥ ৪

---

বৈঃ পঃ ৬৫৬— ৫। ঝুঠহি, ৬। হসত, ৭। পায়ে।

শক্লিংবা রাগদা শকপা রাই

পদ

হেরইতে বিনোদিনি ভুললরে
 গোধন দোহন তেজলরে ॥ ধ্রু
চাঁদ চকোর জনু [1]পাওলরে
 রাই প্রেমভরে ভাসলরে ॥ ২
মুরছি অবনিতলে পড়লহিরে
 অরুণিত লোচন ঢর ঢররে ॥ ৩
[2]করে পহু করহি অগোরলরে।
 [4]অঙ্গ পুলক অতি পূরলরে ॥ ৪
দুহুঁ মুখ সুন্দর শোহনরে
গোবিন্দদাস মন মোহনরে ॥ ৫ ॥ ৫

অর্থ

শুস্নংখরে কৃষ্ণ উরুবদা রাধা
কাউথিহুনা তোকলে শঙ্গোম শুস্বা ॥ ধ্রু
ফংজৈ থানিনবু চেক্লা নোংইন 'চানা
তাউরক্লে কোয়না প্রেম ইরৈদা।
থাদোক্লি তৌরম্বা থবক কাউথোকখিহুনা
কুপথিদরি মিৎস্না মুল্লি য়েংবতদা।
পাস্বোম তিংনা কৃষ্ণ ওক্লি হরাউনা
হরাউ ভুজুংনৈ ঈথক কৌনৈ অনি।
ফজৈ কয়া য়েংউ অনিগী শকসে
ইথন থক্লে পূক্লীং গোবিন্দগী ॥ ৫ ॥ ৫

বৈ: প: ৬৫৬— ১। পাওল, ২। করগহি কোরে, ৩। কোরে অগোরল,
৪। অঙ্গে।

## ভাটিয়ালি

তুহুঁ [1]মুখ মিলনে উপজল প্রেম
মরকত যৈছেন [2]জড়াওল হেম ॥ ১
কনক লতাবলি তরুণ তমাল
নবজলধর যেন বিজুরি রসাল ॥ ২
কমল-মধুপ যেন পাওল সঙ্গ
তুহুঁ তনু পূরল মদন তরঙ্গ ॥ ৩
তুহুঁক অধরামৃত তুহুঁ করু পান
গোবিন্দদাস তুহুঁক গুণগান ॥ ৪ ॥ ৬

### অর্থ

ঈহৌনরি অনিমক উনবদা অসুম
অশংবা মণিনা থামখরে সনাদা ॥ ১
তমালথক্তা য়েৎলে সনাগী উরীনা
নোংলেন নোংথাঙ্ য়েৎনরে য়েংউনে ফজে কয়া ॥ ২
ফুগায়বা থম্বালদা থকলি লৈহী খোইমু
হৌরি প্রেমগী ঈথক কারি তুমাং মরীক ॥ ৩
চীল্লোক্নরি অনিমক্না চুপ্পে পেম্না লৈহী
থম্মোই ঈরাং হৌরি শকচরি গোবিন্দনা ॥ ৪ ॥ ৬

## ৪। আকস্মিক চুম্বন
### ( খঙ্হৌদনা চুপ্পা )

রন্ধন করিয়া রাই বিনোদিনী
কাহ্নুরে পায়স করে।
কেহুঁ না দেখিল চুম্বিল নাগর
রাইএর বদন পরে ॥ ১

---

১। তুহুঁ, ২। বৈঠল, ৩। জনু —পাঠান্তর।

সচকিত মনে ইষদ হাসিয়া
রাই চীর দিল মাথে।
নাগর ঈষত হেরি হরষিত
কেহুঁ না বুঝল তাথে ॥ ২
কুটিল নয়ানে দুহে দুহা পানে
যাইতে আসিতে চাহে।
চতুরে বুঝয়ে দুহুঁ চরিতয়ে
আনে কি বুঝে তাহে ॥ ৩
দুহুঁ মনে মনে মুচুকি হাসিয়া
মনের আনন্দে ভাসে।
অকস্মাত এই চুম্বনের কথা
কহই উদ্দব দাসে ॥ ৪ ॥ ৭

---

অর্থ

লূকহৌবা লোইদুনা শ্রীমতী রাধানা
লূকহা থোগল্লে কৃষ্ণ।
মিরৎ নারৎ য়েংনা চুম্বন পীবিখরে
রাধাগী মায়থোংদা শ্যাম ॥ ১
খংপেক খংই রাধা খোইরুম মোমোন তৌনা
চিংথৈ তন্না মায়থুম ফীজি।
য়েংলগা হাইফেংনা হরাওই নাগরনা
খঙখিদে উখিদে কনা ॥ ২
থোইখোয়বা মিংয়েংনা য়েংনৈ মহৈ মহৈ
অচঙ অথোক খুদিংমকী।
উনৈ ইঙ্গিত পোইরৈ খঙনৈ মহৈ মহৈ
অতৈ কনা খঙদে মহু ॥ ৩

নোক্কৈ অনিমক্লা থম্মোই লকান্নুংনা
তাউথোকলি ঈরাংদ পুক্কীং।
শকচৈ অসিগুম্বা খঙহৌদরা চুম্বন
হরাউনা উদ্ধব দাস ॥ ৪ ॥ ৭

---

## ৫। হস্তাকর্ষণ

( খূৎ শায়হুনা চিংবা )

পথ চলইতে বরনাগর নাগরি
দুহুঁ দুহুঁ দরশন পাই।
নাগরি পরশি শ্যাম কোরে করাইতে
করে কর বারহি রাই ॥ ১
কাহেঁ তুহুঁ ঢীট কানাই।
রাজপথে তাহে লোকগতাগতি
সরম লব কি তোহে না মানাঞি ॥ ধ্রু
গোপতকি বাত বেকত যব হোয়ত
তব কি পূরব মন কাজ।
গুরুজন ইহ বচন যব শুনব
জগজন ঘোষব লাজ ॥ ২
ঐছেন রাইক বচন শুনিতে হরি
কর ছাড়ি চলু নিজবাস।
দুহুঁক চরিত ইহ কোই না হেরল
কহতহি উদ্ধব দাস ॥ ৩ ॥ ৮

অর্থ

সম্বী চৎলকপদা খেংনরখি নোংমা অনি
মিৎকা মিৎকা চানৈ মক্লৈ মক্লৈ।

মিরৎ নারৎ য়েংনা লাম্নি শ্যামনা রাইবু তম্না
রাইনা কস্থোকই খুৎপু খুৎনা ॥ ১
করি মতৌ কৌবগে কানু।
অচৎ অথোক কয়া য়েংউ মীয়াম মক্তা
ইকাইবা মচেৎ য়াওদরা নঙ্বু ॥ ধ্রু
অরোনবা রাক্ষমনা কোয়না মনিন থোকপা
থুংনগদরা নীংবা নঙ্গী ঐগী।
তাখিবা থোক্লগা গুরুজন মথৈনা
মিংচৎ থীগনি তাইবঙ্ শাৎনা ॥ ২
তাবদা হরিনা নাতৈ চাবা রাহৈ
চৎখরে মায়কৈ অমরোমদা।
লীলা অসে অনিমক্কী খঙ্নদে কনানদি
উদ্ধবদাস নত্ত-ন-দি ॥ ৩ ॥ ৮

---

## ৬। বস্ত্রাকর্ষণ

### ( ফীজি চিংবা )

### পদ

গোকুল ইন্দু পুন যব ভেল
যত ব্রজনাগরি দরশন গেল ॥ ১
কানু যাই তহিঁ করল দোকান
মুকুটা প্রবাল আদি যত্ত জন ॥ ২
সব সখী দোকান নিকটে যাই
মুকুটার মালা লেই কহতহি রাই ॥ ৩
কত্তেক বেতন ইহ কহ তুহুঁ মোয়
সো কহে অমূল্য রতন ইহ হোয় ॥ ৪

কিছু নাহি দেয়ব কহতহি ¹রাধা
বসন ধরিয়া জজ্ঞ টানই ²সাধা ॥ ৫
রাই ধরল তহিঁ নিজ করে বাস
হেরি সব সহচরি যাই তুহে পাশ ॥ ৬
জানল ইহ বরচতুর কাহ্নাই
লুটল সভে মেলি যো যাহা পাই ॥ ৭
দোকানাদি রঙ্গ ভেল সমাধান
উদ্ধবদাস ছুহুঁক গুণ গান ॥ ৮ ॥ ৯

অর্থ

গোকুলগী থানিন থোক্ররে অমুক
উজনীংছুনা ঙম্না চেম্নরক্লি গোপী ॥ ১
ফম্নরি কৃষ্ণনা পোৎফম শেমছুনা
মণি মুক্তা ময়াম থেল্লি ইরং লংনা ॥ ২
মিতানৈ গোপীমথৈ য়েংনরুই চঙ্ছুনা
পায়খস্তুনা মুক্তা পরেং হংল্লরি রাধানা ॥ ৩
হায়য়ু য়েংসি মমল কয়া লৌগনি ’সিগী
মানা হায় নাইদবনি মমল পায়রিবহু ॥ ৪
পামদে মমল ঐনা পীথোকনি লেমনা
খংচিং চিংই রাইগী ফীজি অসুম হায়না ॥ ৫
য়াল্লি কন্না রাইনা ফীজি পায়না খুৎনা।
চেনশিন্নরি সখী ’পূম্বা অনিমক্কী নাক্তা ॥ ৬
খঙ্নরে কৃষ্ণগী মতাৎ চাউবা মতৌ
লাক্নরে মহৈ মহৈ মানা মানা থোকপা ॥ ৭
লোইশিনখরে পোৎফম মণ্ডঙ্ অসুম তৌনা
শকচৈ উদ্ধবনা অনিমক্কী গুণবু ॥ ৮ ॥ ৯

১, ২ অসি খুৎইদা রাধে, সাধে অসুম্না লৈ।

## ৭। অগমনে

( লম্বীদা লাকপদা )

### পদ

একদিনে শ্যাম চলিতে পথে
দরশন হৈল রাইক সাথে ॥ ১
দিগ নেহারিতে না দেখে কাহুঁ
আলিঙ্গন করে পসারিয়া বাহুঁ ॥ ২ ॥ ৮
চমকিয়া রাই ইষত হাসে
ইকি ইকি বোলি মধুর ভাষে ॥ ৩
বড় ঢীটপন নাহিক লাজ
উদ্ধবদাস কহে যে হইল কাজ ॥ ৪ ॥ ১০

### অর্থ

চৎলিঙৈদা শ্যাম লম্বীদা নোংমা
থেংনরখি খঙ্‌হৌদনা রাধা ॥ ১
উদে কনাবুস্থ য়েংবদা কোয়না
কোনশিল্লুরি চেৎনা পাম্বোম তিংথোক্ত্‌না ॥ ২ ॥ ৮
ইঙক ঙক্লা রাই মোমোন নোক্লা
হায়ক্তৈ করি মতৌ কৌবগে কান্থ ॥ ৩
অহুক নতাৎ চাউবা ইকাইবা খঙ্‌দ
উদ্ধবদাসনা হায় পাঙখরে থবক্তি ॥ ৪ ॥ ১০

## ৮। রতিভোগ

( লৈপুন লীলাদা )

### পদ

পেখহুঁ রে সখী যুগল কিশোর
কালিন্দী তীরে নিকুঞ্জকি ওর ॥ ধ্রু
নব নব রূপ নিরুপমা লাবণি
মরকত কাঞ্চন কান্তি ।

নারি পুরুখ দুহুঁ লখই না পারিয়ে
তছু পরিরম্ভণ ভাতি ॥ ১
ঘন ঘন চুম্বনে লুবধ বদনে
দুহুঁ কি বিগলিত স্বেদ অরবিন্দু।
হেরি মরম ভরম পরিপূরল
কো বিহি মেলি কোরে ইন্দু ॥ ২
সিঁদূর অরুণ চন্দন বিধু মণ্ডল
সঘনে উদিত আধ মেলি।
গোবিন্দদাস কহ এ নব অপরূপ
রাধা মাধব (ইহ) কেলি ॥ ৩ ॥ ১১

ইতি অষ্টপ্রকার সংক্ষিপ্ত সম্ভোগ সম্পূর্ণং

কালিন্দী মপান্দা নিকুঞ্জ মনুংদা
য়েংজহো হে সখি শ্রীরাধাগোবিন্দ ॥ ধ্রু
ওইথোক্তবা শক্তম থোংনা মেঙ্‌বা মঙান
থানলিয়ে মণি সনা মথক্তা ॥
ঙাম্লি অঙকপা থানিন তংথায় তংথায় মচু তোম্লা
অমনা মুবা অমনা ঙৌবা ॥ ১
নোংলক্তা নোংথাঙ্‌কূপ নোংথাঙ্‌দা নোংনা কূপ
য়াজে অমৃত নোংইন চেক্লা ॥
চন্দন-থাজ-মকোয় তঙাঙ্‌বা সিনদূর
নপ্পম্রি অনি অমত্তা ওইনা ॥ ২
ককঙাওনবা খোইমু লৈশী চোনবী লৈরাং
পেম্মজে অনি মহৈ মহৈ।
উথিদরি অমুক্তা অসিগুম্বা লীলা
শকচরি গোবিন্দদাস ॥ ৩ ॥ ১১

## সংকীর্ণ সম্ভোগ

মসিগী লক্ষণ—

যত্র সংকীর্যমানাঃ স্যুর্ব্যলীকস্মরণাদিভিঃ।

উপচারাঃ স সঙ্কীর্ণঃ কিঞ্চিত্তপ্তেক্ষুচর্ব্বনং[১] ॥

অর্থ

নায়কনা তৌথিবা নমথাক নীংশিংবা অমদি মাগী মশাদা পল্লকপা লৈপুন খূদমনচিংবা উরুবা অমদি নাকোঙ্না তাথিবা অসিনচিংবা মচাক ময়ামনা কাউঙমদনা শাগোম্লহুনা লৈবনা শাউবা হন্থরবমক্কদস্ল বাখল অতুগী মথাক্তি অতুম্মক লৈরিবা ওইবনা মৈদা লোবা অশাবা চু চাবগুম থোকপা— অশাবা অমদি অথুম্বা মহাউ অনিমক্না তিনবা অতুগুম্বা লৈপুন মওঙ্ অদুবু ‘সংকীর্ণ সম্ভোগ’ অস্লম্না খঙৈ।

মসিগী মথল ৮ নি মহুদি— ১। মহারাস, ২। জলক্রীড়া, ৩। কুঞ্জলীলা, ৪। দান লীলা, ৫। চৌর্য্যলীলা, ৬। নৌকা-বিলাস, ৭। মধুপান অমসুং ৮। সূর্য্যপূজা (অর্কপূজা)।

### ১। মহারাস

কামোদ

কাঞ্চন মণিগণে জনু নিরমাওল
রমণী মণ্ডল সাজ।
মাঝহি মাঝ মহা [১]মরকতমণি
শ্যামর নটবররাজ ॥ ১
[২]ধনি ধনি অপরূপ রাস বিহার।
থীর বিজুরি সঞে [৩]সঞ্চরু জলধর
রস বরিখয়ে অনিবার ॥ ধ্রু

---

১। পেশল:— উঃ নীঃ।

খুৎইদা— ১। মরকতসম, ২। ‘ধনি ধনি’ অসি খুৎইদা লৈতে, ৩। চঞ্চল।

কত কত চাঁদ তিমিরপর [৪]বিলসই

[৫]তিমিরহু কতকত চাঁদে।

কনক [৬]লতায়ে [৭]তমালহুঁ কত কত

দুহুঁ দুহুঁ তনু তনু বান্ধে॥

কত কত পদুমিনি পঞ্চম গাওত

মধুকর ধর শ্রুতিভাষ।

মধুকর মেলি [৮]কত পদুমিনি গাওত

মুগধল গোবিন্দদাস॥ বৈঃ পঃ ৬৩৮

অর্থ

মণ্ডলী শেমলি য়েংউ মথোন কাবী মখৈনা

অথক অরং ঈথক হৌনা।

থামলি ময়ায়দনা মণি মতুম শক্লা

শংমুনবা কুচু গোবিন্দনা॥ ১

অঙকপনি রাসলীলা য়েংউ ফজৈ কয়া।

লেঙ্‌দবা নোংথাঙ্‌ ঙাল্লি নোংলেয়্নতুম তথকলি

রস শিন্থরক্লি লোইনাইদরি॥ ধ্রু

ঙাল্লি থানিন কয়া কয়া অমম্বা চবুন লক্কা

অমম্বনা অমুক থাগী মরক্তা॥

সনাগী উরী কয়া য়েংলি তমাল থক্তা

পায়নৈ অনি অনি পাম্বোম পাম্বোম॥

থম্বাল মানবী গোপীশিং শৈহেক্কনৈ পঞ্চমদা

ভাল্লুম্নরি থোইমু কোয়না ঙংনা।

য়োম্লি থোইমু মপৈ মপৈ শৈঙেকলি লৈরাং থম্বাল

শুম্মাংলিনে গোবিন্দদাস॥

---

খুৎইদা— ৪। বিলাসই, ৫। তিমিরে রহুঁ কত চান্দ, ৬। লতায়' ৭। তমাল রহুঁ, ৮। খুৎইদা নৈতে।

## ২। জলকেলি

সব সখিগণ মেলি করল পয়ান।
কৌতুক কেলি কুঞ্জে অবগাহন ॥ ১
জল মাহা পৈঠল সখিগণ মেলি
দুহুঁ [2]ভেল সমর করু জলকেলি ॥ ২
বিগলিত কুন্তল জর জর অঙ্গ।
গহণ সময়ে দেই নাগর ভঙ্গ ॥ ৩
সখিগণ বেঢ়ল নাগর চান্দে।
গোবিন্দদাস [3]হেরি রহুঁ ধন্দে ॥ ৪ ॥ ২

অর্থ

থৌগন্দুনা সখিশিংনা কূম্নকলে অনিমক
য়োরক্লে কেলিকুঞ্জ মায়থোং মকারামনা ॥
কূম্নক্লে কুণ্ড ঈশিংদা সখিশিং লোয়ননা
মায়োক্লৈ শ্রীরাধাকৃষ্ণ ঈশিংগী লানফমদা ॥ ২
নীংথায়থরে শম্নুন ঈশিংনা থাবদা
অকনবা লানফমদা চেল্লে কৃষ্ণ খাওমদ ॥ ৩
সখিশিংনা কোয়রি নাগর রাজ
য়েংজে ওকচাননা গোবিন্দদাস ॥ ৪ ॥ ২

## ৩। কুঞ্জলীলা

অপরূপ রাধা মাধব সঙ্গে।
[1]বৃন্দা বিপিনে [2]ভ্রমন দুহুঁ করতহি
করে কর ধরি কতরঙ্গে ॥ ধ্রু
[3]ললিতার কুঞ্জে যাই দুহুঁ [4]বৈঠল
তহিঁ সবহুঁ সেবন কৈল।

গোবিন্দদাস পদাবলি— ১। কৌতুকে, ২। জন, ৩। তহিঁ।
বৈং পঃ ৫২১— ১। বৃন্দা রচিত, ২। দুহুঁ বিলসয়ে, ৩। ললিতানন্দদা,
৪। বৈঠল সহচরি মেলি।

৫আসি বিশাখার কুঞ্জেপর বৈঠি দুহুঁ
কত রসে নিমগণ ভেল ॥ ১
৬চিত্রা সখির কেলি কুঞ্জে পরবেশিয়া
চম্পকলতা কেলিকুঞ্জে।
রঙ্গদেবীর কুঞ্জ হৈতে সুদেবী কুঞ্জে
যাই করত আনন্দ পুঞ্জে ॥ ২
ইন্দুরেখা আর তুঙ্গবিদ্যার কুঞ্জে
ভ্রমি চলু নিকুঞ্জে নিভৃতে।
অষ্টসখিগণ সভে দুহুঁক সেবই
উদ্ধবদাস রস গীতে ॥ ৩ ॥ ৩

অর্থ

অওকপনি রাধা মাধব লীলা।
বৃন্দা উরংদা চৎমিন্নরি অনি কোয়না
খুৎকা খুৎকা পায়ননা হরাউনা ॥ ধ্রু
কমল্লরি অনিনা ললিতা কুঞ্জদা
চানিন থকমিন্ননা মন্নাম পুন্না।
চঙ্লি অমুক লাকলি বিশাখা কুঞ্জদা
র-স-গী ইরেলদা লূপ্নৈ কয়া ॥ ১
চঙ্লক্লি অমুক কেলিকুঞ্জনুং চিত্রা সখিগী
মথংদনা কুঞ্জদা চম্পক লতাগী।
রঙ্গদেবী কুঞ্জদগী চৎলি কুঞ্জ সুদেবীগী
ইপান লাংনৈ হরাউ মথোই কানৈ ॥ ২
ইন্দুরেখা তুঙ্গবিদ্যা কুঞ্জ অনিমক্তা
চৎলি থুংনা নিভৃত নিকুঞ্জদা ॥

বৈঃ পঃ-- ৫। ক্ষণ এক রহি পুন মদন সুখদা নামে কুঞ্জহি সখি সহ মেলি,
৬। চিত্রাসুখদা কুঞ্জে পুন ভ্রমি ভ্রমি, চলু চম্পকলতা কুঞ্জে--- মথাগী অতৈ অসিদসু ছাপাদা য়াম্না মান্নদবা মওঙ থেংনৈ।বৈঃ পঃ য়েংবীয়ু।

সখী নিপানমক্কা থৌগল্লি অনিবু
উদ্ধবদাসনা চুপচরি র-স ॥ ৩ ॥ ৩

---

## ৪। দানলীলা

বরাড়ী

(১)

চললি রাজপথে রাই সুনাগরি
[১]লাস্য বেশ করি অঙ্গে।
ঘৃত দধি দুগ্ধ সাজিয়া পসারে
প্রিয় সহচরি সঙ্গে ॥ ১
পৈঢ়ল পাটের যাদ বান্ধিয়া কবরী
বেঢ়িয়া মালতির মালা।
সুরঙ্গ সিদূঁর সীঁথে লোচন কাঁজরে
অলকা তিলক চারু ভালে ॥ ২
মণি আভরণ শ্রবণে কুণ্ডল
গ্রীবে সরস্বতী হার।
রূপ নিরুপম চিত্রের কাপ্‌লি
পীণ পয়োধর ভার ॥ ৩
চরণ কমলে রাতুল আলতা
বাজত নূপুর রাজে।
গোবিন্দদাস ভণে এরূপ যৌবনে
জীতল কুঞ্জর রাজে ॥ ৪ ॥ ৪

অথ

চৎলি রাধারাণী ব্রজলম্বী থক্তা
ফিজেৎ লৈতেং কয়া তৌনা।

১। লাস্যবেশ— বিলাস সজ্জা

শংগোম মাখন-ননি থেল্লি নীংথিনা
লোয়নতুনা সথিশিংগা ॥ ১
অরংবা মুগা-ফীজোন লুতুংদনা বেণী
য়েৎলিনে মালতি পরেংনা।
ভাঙ্‌লি সিংগ্রেঙ্‌ সিন্দুর মিৎস্নাদনা কাঁজল
নীংথিরি লাইপক্তা শমজোই চন্দননা ॥ ২
মণি মুক্তা লৈছেং নাপদনা কুণ্ডল
ভক্তনা লীকথাঙ্‌গী পরেং।
শক্তা লময়োবীনি থাবোমনা চীংদুমনি
কাওরি মঙাল থাখুম থক্তা ॥ ৩
শঙ্‌লি যাবক মচু চরণ থম্বাল অনি
ঝীংলি নূপুরনা খোঙ্‌থাং খূদীং।
হায়জে গোবিন্দনা গুয়গনি শোয়রোই
শক্তা গুণগসিনা বনমালী রায় ॥ ৪ ॥

---

(২)

এ গজগামিনি তো বাড়় [১]সেয়ান।
বলে ছলে [২]বাঁচসি গিরিধর দান ॥ ধ্রু
চিকুরে [৩]চোরায়সি চামর কাঁতি
দশনে চোরায়সি মোতিম পাঁতি ॥ ১
অধরে চোরায়সি সুরঙ্গ পঙার
বরণে চোরায়সি কুঙ্কুম ভার ॥ ২
কনয়া কলস [৪]দউ রসভরি তাই
হৃদয়ে চোরায়সি আঁচরে ঝাপাই ॥ ৩

খুৎইদা— ১। সিয়ান, ২। বাচলি, ৩। চোরায়লি (সি), ৪। তহি শব।

তেঞি অতি মন্থর গমন সঞ্চার
কোন তেজব তোহে বিনহি বিচার ॥ ৪
[৫]সুবল লেহ তুহুঁ গোরস দান
রাই করহ অব কুঞ্জে পয়ান ॥ ৫
যাহাঁ বৈঠত [৬]মনমথ মহারাজ
গোবিন্দদাস কহে পড়ল অকাজ ॥ ৬ ॥ ৫

বৈঃ প ৬৩৬

অর্থ

হে শাথেক নীংখিবী মরৌ চাউই নঙ্সে।
থাঙ্লি পীদনবা চীংজাউ চীংলেন অনি ॥ ধ্রু
নঙ্গৎলি অমুবা চামর নঙ্গী শমলাংনা
য়াতানা নঙ্গী ভমজৈ মুক্তা পরেং ॥ ১
চীনবাননা তঙাংবী হেল্লি পোস্থাল অঙাঙবা
নমহৎলি কুঙ্কুমবু কুচুনা লময়োবী ॥ ২
নিক নিক লাউরি রসনা সনা চকু অনি
কল্লিদো লোত্তূনা থস্মোইবু ফীজিনা ॥ ৩
কয়া মতিক লেমলি অতপ্পী শাজৎনা
থাদোকনীংগনি নঙবু কনা অপঙ্বনা ॥ ৪
লৌরু চৎলু সুবল শঙ্গোমগী কাংকৎ
থাজিনখো রাইবুনা কুঞ্জগী মনুংদা ॥ ৫
কামগী মপুনা ভাম্বোইরি মফুদা
গোবিন্দনা হায় মথোঙ্ চাদে কয়া ॥

---

(৩)

শুন শুন সুন্দর কানাই
তুমি যে নৌতুন দানি।

---

খুৎইদা— ৫। সুবলে লেউ তোহে, ৬। মনমথ রাজ।

বিকি কিনির দান গোরস মানিয়ে
বেশের দান কভু নাহি শুনি ॥ ধ্রু
সিঁথের সিন্দূর নয়ানে কাজর
রঙ্গণ আলতা পরে।
ইকি বিকি কিনির ধন নারীর বেশন
ইথে বা কাহার দায় ॥ ১
মণি আভরণ সুরঙ্গ ছাড়ি
যাদ কে বা নাহি পরে।
যদি দানের এই গতি তুমিত গোকুলপতি
তবে দান সাধ ঘরে ॥ ২
আমরা চলিতে কহিতে না জানি
সে বা তুমারে কেনে বাজে।
গোবিন্দদাস কহে কেমন জানিবা
পরের মন-কাজে ॥ ৩ ॥ ৬

অর্থ

ভাবিয়ুনে ওহে শ্যাম শকহেনব ও
কাংকৎকী পথাপ থঙদরি নঙদি।
লৈবা য়োনবা কাংকৎ শঙ্গোমনা ওইনবা
তাদরি অমুক্তা ফিজেৎকীবু কাংকৎ ॥ ধ্রু
লাইপক্কী সিন্দূর মিৎতা থাবা কাজল
খোঙদা তৈবা অঙাঙবা যাবক।
লৈবা য়োনবা য়াবপোৎলা নূপীগী যৌবনবু
মথৌ লৈতে কনাগীসু ॥ ১
মণিগী লৈতেং নীংথিবা শাড়ি
শেৎনরিনে নূপী 'পূম্বা।

কাংকংনবু অহুম তৌবা লৌরু কাংকং য়ুমদা লৈনা
মপুনি নঙ্দি গোকুল সিগী ॥ ২
করম্না চংপা করম্না ঙাঙ্বা খঙদবীনি
ঐখোয়বু কম্বিগী য়েকপা।
খঙ্লুগনি করম অতোম্বগী রাখল
গোবিন্দদাসনা হায়জৈ ॥ ৩ ॥ ৬

(৫)

## নৌকা বিলাস

মথুরার বিকে হৈতে রাধা সখী সনে।
যমুনা সাতার দেখি ভাবে মনে মনে ॥ ১
সখী ডাকি কহে নায়্যা নৌকা আন ঘাটে।
আমরা যাইব ওপার সব না টুটে ॥ ২
তা শুনি নাগররাজ জীর্ণ তরী লয়া।
আসিয়া কহয়ে কথা কাণ্ডারী হয়া ॥ ৩
কি দিবে আমারে কহ কতেক বেতন।
একে একে পার করিব যত জন ॥ ৪
রাই বলে যাহা চাহ তাই মোরা দিব
কাণ্ডারী কহয়ে আসি আলিঙ্গন নিব ॥ ৫
হাসি একে একে পার হৈলা গোপিগণ।
করে ধরি তোলে নায়্যা করে আলিঙ্গন ॥ ৬
অবশেষে নৌকায়ে চড়িলা বিনোদিনি।
ঢেউ বাড়িল তাহে জীর্ণ তরীখানি ॥ ৭
তরঙ্গ দেখিয়া থরি থরি কাঁপে রাই।
কোরে করি নৌকা বায় কাণ্ডারী কাহ্নাই ॥ ৮
রাই লইয়া কানু যমুনা পসিতে
হিল্লোলে তরণী পার হইল ত্বরিতে ॥ ৯

তরঙ্গের রঙ্গে নৌকা ডুবু ডুবু করে।
হেরিয়া সকল সখী ফাঁফর অন্তরে।। ১০
দুহুঁ অঙ্গ পরশিতে দুহুঁ প্রেম ভাস
পার হইয়া রাই কহে উদ্ধবদাস।। ১১ ॥ ৭

অথ´

মথুরা কৈখেন লখী সখীশিংগা রাধা
উবদা যমুনা ঈশিং খন্নৈ করম তৌবা ॥ ১
সখীনা হায় হিহোনবা হি থাঙ্লো হিদেন্দা
চীথদনা ঐখোয় 'পুম্বা লনগনি বাংমদা ॥ ২
হোঙিল্লক্লে নাগরশ্যাম অমনবা হি অমা
হায়রকই লাক্লগা হিবু হোনবা শানা ॥ ৩
পীগনি ঐঙোন্দা করি হিরানমন শক্লা
অমমম ওইনা নখোয় লানবিরগা ঐনা ॥ ৪
রাইনা হায় পীনি ঐখোয় অপাম্বদু নঙ্না
হিহোনবনা হায় কোনগনি অমুক অমুক ঐনা ॥ ৫
মথং মথং গোপীশিং লেপ্লি নোক্লা নোক্লা
থাংগৎপা শানা মথূৎ পায়না কোল্লি হিহোনবনা ॥ ৬
থ্বায়গী তুংদা থাংগৎলি হিথক্লা রাধারাণী
ঈথক ঈহৌরক্লে হিদুনগা অহোবনি ॥ ৭
উরুবদা ঈথকইপোম নীক্লি রাধা কিজবনা।
কোনশিন্দুনা চেৎনা হোল্লি হিহোনবনা ॥ ৮
রাইবু কোম্না কানু লাল্লিয়ে যমুনা
হীনুংদনা রা রা ঈথক ঈশিংতনা ॥ ৯
তাউরি লুফেৎ লুফেৎ হিরেন ইপোম লক্লা
মিপাইনরি উবদা মত্তৌ অদু সখীশিং ॥ ১০

প্রেমদা লৃপ্লে অনি থেংনবদা হকচাং হকচাং
নোক্লীং কপ্পীং ম্লাম্লে রাধা শোঙ্জে উদ্ধবনা ॥ ১১ ॥ ৭

---

(৬)

মধুপান

বৃন্দাদেবী মধুবনে পরবেশিয়া
গাগরী ভরি মধু লেল।
সখী রমণী রাই কানু যাহাঁ বৈঠল
তহিঁ লেই সব দেল ॥ ১
দেখ অপরূপ মধুপানক রীত।
রাই কানু সবহুঁ প্রিয়সখি সঙ্গে
পিবইতে মাতল চিত্ত ॥ ধ্রু
কাহুঁক গলিত চিকুর কোই চিরহি
কোই পড়ল মহী মাতি ॥ ১
কানুক মোর মুকুট মুরলী মুখ সঞে
পড়ি ক্ষিতি গড়ি যাতি ॥ ২
রাইক বেণী গলিত কুচ অম্বরে
শ্যাম উপরে পড়ে ঢাবি।
উদ্ধবদাস পাশে রহি হেরইতে
তনু মন ভৈ গেল ভোরি ॥ ৩ ॥ ৮

অর্থ

চঙ্‌শিল্লক্লে বৃন্দাদেবী মধুবন মনুংদা
পুরক্লে মধু পাত্র থম্মা ॥
সখিশিং লোয়ননা রাধাশ্যাম অনিদা
কৎলে মত্নু থীস্নদনা ॥

য়েংউ সখি অঙকপা মধুপানগী মতৌ।
রাই কানু অনিমক্বা সখিশিং লোয়ননা
ঙাওচৎনরি মধু থকপদা ॥ ধ্রু
চাকৈথৈ শন্দুন কনাগী কোমলি ফীজোন অমগী
হাইথরি লৈমায়দা কনা'মনা ।। ১
কোক্কী রাহোংচূড়া খূত্তা পায়বা বাঁশী
ওন্থখরে লৈমায় থক্তা ।। ২
চীকথখরে বেণী নাম্বোক্লে থাখুম-কি
লেকথরি নন্দুনা শ্যামগী থক্তা।
লৈক্তচুনা থাপতক্লনা য়েংজৈ উদ্ধবদাসনা
থরায় হকচাং পূন্না ইমুন মুন্না ।। ৩ ।। ৮

---

(৭)

## সূর্য্য পূজা

সখিগণ [১]মেলি [২]চলল নবরঙ্গিণী
ভানু আরাধন লাগি।
বহুঁ উপহার [৩]বহুঁ তাম্বুল রস
[৪]লেয়ল গুরুজন মাগি ।। ১
সুগন্ধি চন্দন [৫]বহুঁ লেল।
[৬]লেই সখি সনে চলি গেল ।। ধ্রু
জয় জয়কার হুলা হুলি [৭]দেওত
শঙ্খ শবদ ঘন ঘোর।

পঃ কঃ ২৭৭৯ পদ— ১। সঙ্গে, ২। চলল, ৩। যতন করি লেওল, ৪। গুরুজনে অনুমতি মাগি, ৫। ছাপাদা 'কহুঁ' লৈনে, ৬। চিনি কদলী উপহার মনোহর, সখিগণ হাতহি দেল, ৭। ঘন ঘন।

কেলি [8]করত [9]কোকিলগণ কুহরত
[10]নৃত্যতি ময়ূরক জোর ॥ ২
কুণ্ডক তীরে মিলল [11]বরনাগর
দুহুঁ মুখ হেরি দুহুঁ হাস।
গোবিন্দদাস পহুঁ রসময় নাগর
নয়ন ইঙ্গিতে রস [12]প্রকাশ ॥ ৩ ॥ ৭

---

অর্থ

মতাশিং লোয়ননা লেঙ্‌লক্লি ভানু কিশোরী
সূর্য্যদেববু কৎলুনবা পূজা।
হৈরাং লৈরাং কয়া রাম্ভে পূজা পোৎলম
পুরক্লি গুরুজন য়াথংনা ॥ ১
নুংশিবা চন্দন মখল কয়া।
অহাও অথুম কয়া লফোয় চিনি শংগোম
পুহল্লক্লি রাধা সখীশিংবু ॥ ধ্রু
জয়গী মঙ্গল তৌরি লাউরি চীন্দা উলু
মোইবুং খোঞ্জেলনা যাত্রা তৌরি।
শান্নরি কোয়না খোংলি কোকিলশিংনা
নোয়রি হরাউনা বাহোংশিংনা ॥
কুণ্ড মপান্দা থেংনরে শ্যাম নাগর
খোয়রুম মোমোন তৌনৈ উন্নবদা।
রসগী মশক ওইবা গোবিন্দগী মবুংঙো
খঙ্‌হল্লি ইঙ্গিতনা মিৎস্না থম্বালনা ॥ ৩ ॥ ৭

পাঃ কঃ ২৭৭৯ পদ— ৮। করত কত, ৯। গণ য়াওদে, ১০। নৃত্যন্ত,
১১। বরনাগরি, ১২। পরকাশ।

(৮)

## মানান্তে মিলন ১

গোরখ জাগাই শিঙ্গধ্বনি করতহি
জটিলা ভীখ আনি দেই।
মৌনি যোগেশ্বর মাথ হিলায়ত
তবহিঁ ভীখ নাহি লেই ॥ ১
জটিলা কহত কাহে তুহুঁ মাগত
যোগি কহত বুঝাই।
তেরে বধূ হাত ভীখ হাম লেয়ব
[১]তুহুঁ তাহে দেহ পাঠাই ॥ ২
পতিবরতা [২]বিনে ভীখ যব লেয়ব
যোগিবরত হোয়ব নাশ।
যাকর বচন শুনি তনু পুলকিত
ধাই কহল বধূ পাশ ॥ ৩
দ্বারে [৩]যোগেশ্বর পরম মনোহর
জানি বুঝলু অনুমানে।
[৪]প্রেম ভকতি করি রতন থারি থারি
ভীখ [৫]দেয়ত সুঠামে ॥
শুনি ধনি রাই আই করি উঠল
যোগি নিয়ড়ে হাম যাব।
জটিলা কহত যোগি নহ আনমত
[৬]দর্শনে হোয় বহুঁ লাভ ॥ ৪
গোধূম চূর্ণ [৭]পূর্ণ করি থারহি
কনক [৮]কটোর হি ঘিউ।

বৈ: প: ৬৭২— ১। তুরিতাহি, ২। বিনু, ৩। যোগিবর, ৪। কহত রতন, ৫। দেহ তছু ঠামে, ৬। দরশনে হোয়ব লাভ, ৭। পূর্ণ থারি পর, ৮। কটোরি ভরি ঘিউ।

করজোরি রাই লেহ করি ফুকারহি
তাহে হেরি থর থর জিউ ॥ ৫
যোগি কহত হাম ভীখ [৯]না লেয়ব
মুখ বচন [১০]ভীখ চাই।
নন্দনন্দন পর যো অভিমান [১১]হি কৈল
মাফ করহ হাম যাই ॥ ৬
শুনি ধনি রাই চীরে মুখ ঝাঁপল
জানল [১২]ভেখধারি নটরাজ।
গোবিন্দদাস কহ নটবর শেখর
[১৩]সাধি ভেল নিজ কাজ ॥ ৮ ॥ ১০

(২)

জটিলা [১]শ্বশুরী ফুকরি তহি বোলত
[২]বহুঁ বেরি কাহে [৩]তুহুঁ থাড়ি
ললিতা [৪]কহতহি অমঙ্গল শুনল
সতি পতিভয় [৫]অবগাড়ি ॥ ১
শুনি জটিলা [৬]কুটিলা কহে [৭]অকুশল
ঘর সঞে বাহির [৮]তুহেঁ হোয়।
[৯]বহুরি নিকটে যাই পাণি ধরি হেরই
কিয়ে অকুশল কহ মোয় ॥ ২
[১০]যোগেশ্বর নিকটে [১১]বহুরিনীক পাণি ধরি
[১২]কুশল কর বনদেব।

---

বৈঃ পঃ ৬৭২— ৯। নাহি, ১০। এক, ১১। সো, ১২। ভেখট,
১৩। সাধল নিজ মন কাজ।

১। শাশ, ২। বহুরি, ৩। ছাপাদা 'তুহুঁ' য়াওদে, ৪। কহত, ৫। গাঢ়ি,
৬। ছাপাদা 'কুটিলা' য়াওদে, ৭। ঘটিল কি অকুশল, ৮। ছাপাদা 'তুহে'
য়াওদে, ৯। বহুরিক পাণি ধরি হেরই, ১০। ফেরি, ১১। বহুরি,
১২। করব।

[১৩]এহ এ কুশল শঙ্ক বঙ্করি শঙ্করি
[১৪]বনহুঁ পশুপতি সেব ॥ ৩
[১৫]যোগি কহে মন্ত্র তন্ত্র বহুঁ আছয়ে
সো ইহ [১৬]কিছু নাহি জানি।
জটিলা [১৭]কহতহি [১৮]হাম কাহা পাওব
[১৯]তবহুঁ বীজ কহ ইথে দান ॥ ৪
এত কহি [২০]দুহুঁক [২১]মন্দিরে পরবেশলি
[২২]দুহুঁ জন ভেল একঠাম।
মনমথ মন্ত্র [২৩]পঢ়ায়ল [২৪]বিবিধ করি
পূরল দুহুঁ মনকাম ॥ ৫
[২৫]পুন তহি যোগি মন্দির সঞে নিকসল
জটিলা [২৬]সমুখে কহে ভাখি।
যব ইহ গৌরী আরাধনে যাওব
[২৭]বিধবাজন ঘরে রাখি ॥ ৬
এত কহি [২৮]যোগি চলল নিজ মন্দিরে
[২৯]সাধি আপন মনকাম।
[৩০]বিদ্যাপতি কহে কোই নহি সমঝলু
ইহ নাগর নটরাজ ॥ ৭ ॥ ১১

অর্থ

মানগী তুংদা ওইবা মিলনগী মশক

পদ (১)

তানবা ইমুংদা থোংলি শিঙ্গা হৌনা লাউনা
থোরকই জটিলা ভীক্ষা হাপ্পা।

১৩। এহ এক অঙ্ক বঙ্ক নিশঙ্কহু, ১৪। বনহিঁ ১৫। পূজক মন্ত্র তন্ত্র বহু আছয়ে, ১৬। কছু নাহি জান, ১৭। কহ আন, ১৮। দেব, ১৯। তুহুঁ বিজ, ২০। দোহেঁ, ২১। মন্দির, ২২। দুহুঁ জনে ২৩। পঢ়াওল, ২৪। দুহুঁ জনে, ২৫। পুন দুহুঁ জন, ২৬। সনে, ২৭। জনে, ২৮। সবহুঁ, ২৯। যোগি চরণে পরণাম, ৩০। বৈঃ পঃ দদি গোবিন্দ দাসকী ওইনা লৈ।

রাঙাঙ্‌দে যোগিরাজ হাইরি মওক্তমক
লৌখিদে ভীক্ষা মানা হাঙ্গা ॥
নরোল খঙ্‌দে ঐনা করিবু নিবা নঙ্‌না
থুনলি যোগী মতুতদা ।
থাদোরকউ নমৌ হাপ্লসনু মানা
লৌগনি ভীক্ষা হাপ্লগতা মানা ॥
সতী নত্তনদি লৌদে ঐদি ভীক্ষা
চঙ্‌খরে জটিলা কৌহুনা রাধা ।
য়েৌনা নীংশিজবা যেগিনি অথোইবা
খঙ্‌বা হৈবা মাল্ল মাগী মতৌ ।
প্রেমভক্তি লোয়ননা পূখম চোন্না হাপচরু
কচ্চরু ভীক্ষা নখূৎ মক্কা ॥ ৩
তাবদা রাধানা থোরকই থীন্দনা
চংচরুগে ঐ যোগি নাক্তা ।
জটিলানা হায় যোগিসে নত্তে অচম্বা
উজহৌবদা ফংগনি পুণ্য ॥ ৪
নীংথিজবা য়াম হাপ্লে পূখম চোন্না
মগী খুজাই অমা মমায় চোনবা ।
খংলোম্নজে রাধা হায়জৈ লৌবিনবা ভীক্ষা
নিকপা হৌরি হরি উবদা রাধা ॥ ৫
হায়রকই যোগিনা লৌরোই ভীক্ষা ঐনা
ফীগাউ শারি নয়াথং অনা ।
নন্দগী মচানিপা শাউবিবদো মাবু নঙ্‌না
ভাকপীরে হায়য়ু ঐ হনখিগে ॥
তাবদা রাধা থুমই মায়থোং ফীজিনা
যোগি ফিজেৎতা খঙ্‌লে মবূংঙোবু ॥

গোবিন্দদাসনা হায়        নটবর শেখর
নীংবা থুংলে মানা পাম্বা ॥ ৮ ॥ ১০

---

(২)

জটিলা মনেমনা        লাউই মমৌ তানবা
অতুক কুইবা করিগী লেপ্পুনা 'তুদা।
তারে অমঙ্গল অমা        খুল্লকই ললিতানা
লুপ্রা ওইনি হায়রে নমৌ অসে ॥ ১
জটিলা কুটিলা অনি চেন্নরকই তফিং তফিং
হংলি করি হায়বা নুংশা থীনা।
চঙ্ই নমৌ মনাক        হংই মখূৎ পায়না
যোগিনা করি হায়বা তম্মু শেংনা ॥ ২
চঙ্লকই যোগি নাক্তা খূৎশমতুনা মমৌ নূপী
য়াইক্কহনবীয়ু হে যোগিরাজ।
লৈরে চাউনা নুংশা থীফম কালিনা মায় ওন্থোকখরে
শাগী মপূবু ঈড়াৎচৌ বনদা ॥ ৩
যোগিনা হায় লৈরি ৱাত্তে মন্ত্র তং
করিগী খঙ্দে মতু 'পূম্বা।
হায়রকই জটিলানা খঙ্নি করি ঐখোয়নদি
পীনৌ নঙ্না মাবু বীজমন্ত্র ॥ ৪
অহুম হায়না অনিবু থাজিনখরে সঙ্গাই নুংদা
অচীকপদা চীক্লা চীন্দিন্নখরে।
নীংন ঈপাক ইরেল তিন্নখরে ঈরোঙ্ অনি
তুকথখরে অকনবা ঈচেল ॥ ৫
থোরক্লে সঙ্গাইনুংদগী অমুক হন্না যোগি
তাকপিরকই য়াথং জটিলাদা ॥

ঈড়াংপা চংপদা নমৌনূপীসিনা
ইলুফরোই মতুং লুপ্রাবীনা ॥ ৬
অস্থম হায়না যোগি তমখি মাগী মায়কৈ
খুরুম্নহৌই পুম্নমক্লা।
বিদ্যাপতিনা হায় খঙ্‌বা ঙমদে কনাস্থু
মানি মসে নন্দগী মচা ॥ ৭॥ ১১

সংকীর্ণ সম্ভোগ মখল ৮ গী মশক্তি মসিনি।

---

## সম্পূর্ণ সম্ভোগ

সুদূরাদ্দর্শনো দোলো হুলিশ্চৈব প্রহেলিকা।
পাশক্রীড়া নর্ত্তকশ্চ রসালস ধূর্ত্তনিদ্রাশ্চ ॥

### অর্থ

অরাপ্পদগী উবা, খোরিবান্দোং হাইবা, হুলি শান্নবা, পাংগোঙ চন্নবা, চৌবর শান্নবা, নর্ত্তকরাস শান্নবা, রসালস অমসুং তুনশিন্নবা— সম্পূর্ণ সম্ভোগ মখল ৮ গী মশক্তি মসিনি।

মথং মথং মখোয় অসিগী নতৌ উৎলি মতুদি—

### ১। দূর দর্শন

[১]ব্রজনিজজন সঙ্গে কত কত শাওত
আর কত কুলবতি নারি।
জয় জয়কার করত নব বধূগণ
[২]কনক কুম্ভ ভরি বারি ॥
আনন্দ কো [৩]করু জোর।
রসবতি অট্টালিকা উপরে চঢ়ে হেরইতে
তুহুঁ দিঠি লুবধ চকোর ॥ ধ্রু

---

বৈঃ পঃ ৬৭৪— ১। গণ, ২। কনয়, ৩। কহু ওর।

নয়নে নয়নে [5]কত দুহুঁ মুখ উপজল

[6]দুহুঁ মন ভৈগেল ভোর।

প্রেম রতন ধন দুহুঁ [7]মুখ পরায়ণ

দুহুঁ চিত্ত দুহুঁ [8]করু চোর ॥ ২

চলইতে চরণ অথীর যদুনন্দন

শিথিল [9]পীত পট্টবাস।

নিজ নিজ [10]মন্দিরে সবহুঁ পাঠায়লি

কহতহি গোবিন্দদাস ॥ ৩

অর্থ

নিপা নুপী ব্রজবাসি থোক্নৈ ঙম্মা লম্বীদা

য়েংনৈ গোপ গোপী কুম্মৈ ওইনা।

লাউনৈ জয়গী ধ্বনি গোপীশিংনা নহা ওইবী

থোঙ্গান্দা থিন্নৈ ঈশিং চথু ॥ ১

মুংঙাইবগী পান্দম লৈতে।

য়েংজে বিনোদিনী রাধা কাখঙ্‌না দলান থক্তা

ঈথৌ লাংনৈ নোংইন চেক্লা অনি ॥ ধ্রু

থক্তরি পেন্নবা লৈতা মায়থোং মায়থোং মায়োক্নম

পূংশুম শুম্নৈ থম্মোই অনি ॥ ২

লান্থোক্তরি প্রেমরস থাকচদনা অনিমক্কা

চিংনৈ থম্মোই অমনামগী ॥ ২

চৎলি কৃষ্ণ মঙ্লানগুম্না থোঙ্‌ন মাঙ্‌দ মিৎনা তুংদা

কোমগোমনৈ সনা ফীগে ফীজোন।

বৈঃ পঃ ৬৭৪— ৪। ঠাঢ়ে অট্টালি উপর হেরইতে লুবধ চকোর, ৫। কতহিঁ রস উপজল, ৬। আনন্দে দুহুঁ তনু ভোরি, ৭। মনে জাগল, ৮। করি চোরি, ৯। ভেল, ১০। কাজে, দুহুঁ তব চলি গেয়।

চণ্ডনখরে ব্রজবাসী ময়ুম মশাই মাগী মাগী
লৈরাংজরি মনাই গোবিন্দনা ॥ ৩

## দোল হিন্দোলা

* শ্রীরাগ

নবঘন কাননে শোভন পুঞ্জে।
বিকশিত কুসুম মধুকর গুঞ্জে ॥ ১
নব নব পল্লব শোভিত ডাল।
শারি সুক পিক বোলে রসাল ॥ ২
তহি ধরি অপরূপ রতন হিন্দোর।
তা পরি বৈঠল কিশোরি কিশোর ॥ ৩
ব্রজরমণিগণ দেওত ঝকোর।
গীরত জানি কাহ্নু করতহি কোর ॥
কত কত উপজল রস পরসঙ্গ।
গোবিন্দ দাস তহিঁ দেখত রঙ্গ ॥ ৫

× × × ×

বিপিন বিহার করত নন্দনন্দন
সুবদনি ধনি করি সঙ্গে ॥
সকল কুলবতি দুহুঁ প্রেম আরতি
মন মাহা উপজল রঙ্গে ॥ ১
রতন হিন্দোল পর বৈঠল দুহুঁজন
সখিগণ দেওত ঝকোর।
গগনহি মগন সগণ রজনি ক
আনন্দে করত বিহার ॥ ২

---

* ঋুংই অমদনা মসি 'ললিত' রাগ ওইনা য়েকলি।

দেখ দেখ অপরূপ ছান্দে ।
মদন মোহন [১]হেরি মাতল মনসিজ
কানু নেহারে মুখচাঁদে ।। ধ্রু
বারি গরজি গরজি তুহুঁ হেরল
বৃন্দ বৃন্দ বরিখে নিপাত ॥
কহে শিবরামদাস মলয়া চলু তুহুঁ পর
মৃদু মৃদু করত্তহি বাত ।। ৩ ॥ ৩

অর্থ

নৈগী বনদা শূরুবা নীংথিবা কুঞ্জদা
য়োমলি নৈরাংতনা ফুগায়না শাংপা ॥ ১
য়েম্নৌ য়েম্নাতনা য়োম্নবা উশাদা
খোংলি রাহোং কোকিল নিল্লি কুঞ্জনুং ।। ২
অঙকপা মণিগী হিন্দোল য়াল্লি মরক্তুদা
তোংলি কিশোর কিশোরী মতুগী মথক্তা ।। ৩
চান্নবী সখিশিংনা হাইরি হরাউনা
তাগনি কিবনা রাই কোঞ্জে মবুংঙোদা ॥ ৪
ফাওরকলি মথং মথং রস কয়া কয়া
য়েংজরি পেন্না মতু গোবিন্দ দাস ।। ৫

× × × ×

শান্নরি হরি হাইতুনা হোরী বান্দোংদা
কোন্দুনা চেংনা মিপাইজবী রাধা ।
ঈথক হৌনৈ থম্মোই থৌগনজবী সখী
অনিগী প্রেমতবু খৌরাংজবী ।। ১
ভাম্মোইরিনে রাধাশ্যাম দোলগী থক্তা হরাউনা
সখীশিংনা মথোইকানা হায়রি ॥

১। হরি— খুৎই অমদা।

হাইরি রাংনা মালংদা রাধা কৃষ্ণ অনি পুন্না
পুক্লীং ঈয়াং ঈথক ঈহৌনা ॥ ২
য়েংজো সখি কয়া নীংথি অনি ।
শুম্মাংলি জীবগী পুক্লীং কামবু হেনবা মায়থোং
য়েংজো অনিমক্কী শুম্মাং শক্তম্ ॥ ধ্রু
মমলি নোংদোন থক্তা অথাক অমাউ নোংহৌত্তনা
হৈথরি ফূয়না নোংখোঙ্ ফুন্না ।
তেকথংহল্লি অনিমকপু নামিবা মলয়ানা
শকচৈ শিবরাম দাসনা ॥ ৩ ॥ ৩

৩

## হোলি

রাগ-বসন্ত

ঋতুপতি বিহরই নাগর শ্যাম
রাধা রঙ্গিণী সঙ্গিনী বাম ॥ ধ্রু
চূয়া চন্দন তহিঁ পরিমল কুঙ্কুম
ফাগুরঙ্গে সবহু অঙ্গভরি ॥
মদন মোহন হেরি মাতল মনসিজ
যুবতি যূথ সব [1]গাওয়ে ঝমরি ॥ ১
কেহুঁ [2]ধর অম্বর কেহুঁ [3]ধর হার
[4]কেহুঁ কেহুঁ তনু পরশই ভোরি ॥
কেহুঁ [5]ধর বা মুদরি কেহুঁ [6]লয়ে মুরলি
দূরহি দূরে [7]সব গাওত হোরি ॥ ২
ডম্ফ রবাব উপাঙ্গ পাখোয়াজ
করতল তাল [8]সুমেল করি ॥

বৈঃ পঃ ৬৩৯— ১। গায়ত, ২। অম্বর ধর, ৩। হার হর, ৪। কেহু তনু পরশিয়া রহল বিভোরি, ৫। লেই মুরলি, ৬। লেই, ৭। রহি, ৮। সুমেলি।

গোবিন্দদাস [১]কহই নটবর শেখর
নাচত গাওত তাল ধরি ॥ ৩ ॥ ৪

## অর্থ

শান্নরি বসন্তদা হরাউনা হরিনা
রাধারাণীগা সখি ময়ামগা ।। ধ্রু
চূয়া চন্দননে কুমকুমগী মকুপনে
চাইশিন্নৈ য়ান্নরবা আবিরনা ।।
উবদা কৃষ্ণগী মায়থোং ঈরাং হৌনৈ পূক্নীং
শক্লি ঈশৈ হরাউনা গোপী কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু । ১
পায়রি ফীজি কনানা মুল্লি লীক্লাং অমনা
ইমুন মুল্লি শোকচবদা কৃষ্ণ-অঙ্গ কনানা ॥
তুরি কনানা মুরলী শংলি খূদোপ অমনা
শক্লি হোলি থরনা লৈতুনা লাপতক্লা ॥ ২
ডম্ফ রবাব উপাঙ্গ পাখোয়াজ
খোংলি যন্ত্র খূবাক তাম্থাননা ।
জগোয় শানা ঈশৈ শক্লা ডান্নোইরি শ্রীহরিনা
গোবিন্দদাসনা রেংজৈ পেন্না ॥ ৩ ॥ ৪

---

## ৪

## প্রহেলিকা

নিভৃত নিকুঞ্জে বিহার করত দুহুঁ
হিম ঋতু দীর্ঘল রাতি ।
কবহু [১]সুতকর [২]উঠই বৈঠই
রজনী টুটী না [৩]হোতি ॥ ১

বৈঃ পঃ ৬৩৯— ১। পহু বৈঃ ৬৪— ১। শুতই, ২। কব, ৩। শাতি

ললিতা [৪]আদি সবহু সখীগনে
দুহুঁ মৃদু [৫]কহতহি বাতে।
এবে প্রহেলিকা [৬]তুহুঁ সব কহবি
তবহি রজনী পরভাতে॥ ২
[৭]ঐছে আদেশ পাই, [৮]সখী বৈঠহি
কাহিনী কহত রসাল।
শুনি উপন্যাস হাস মৃদু বচনহি
বোলত ইহ ভালি ভাল॥ ৩
কাহ্নু এক কাহিনী কহতহি সভে মেলি
শুনহি সুবদনি রাই।
রাই [৯]কহই যব শুনি সহচরি সব
উদ্ধবদাস সুখ পাই॥ ও॥ ৫

শামরি অনিনা নিভৃত নিকুঞ্জনুংদা
নিংথম অহিং অশাংবা মতম।
হিপথনৈ অমুকস্তু হৌগৎ-কমথ তৌনৈ
লোইবা লৈতে অহিংদুদি॥ ১
ললিতানচিংবী সখী পুম্নমক্তা
তাকপিরকই য়াথং অনিমক্তা॥
চন্নৌ পাখোঙ্ মীপুম তিংনা অমমমতা এইনা
খঙ্হৌরোই হৌখিবা অহিংসি।
ফংলবদা য়াথং অসুম ফম্নে কোয়না সখীশিং
চন্নরক্লে পাখোঙ্ মথং মথং॥

চৌঃ ৬৪— ৪। বিশাখা আদি, ৫। কয়তহি, ৬। তহুঁ, ৭। ঐছন,
৮। সখীগণ, ৯। কহয়ে।

ঙাগি যুগাই কয়া নোক্ত বাহৈ বারী শীংবুন
কাউনরি বাবা মিংশেঙ্ থাঙ্না ॥ ৩
লীরি বারি কৃষ্ণ সখীশিংহু মথং মথং
তাজৈ হরাউনা শ্রীরাধিকা ॥
লীরগা রাধানা তামিন্নরি ময়াম পুন্না
হরাউজৈ মনাই উদ্ধবদাস ॥ ৪ ॥ ৫

৫

## পাশ ক্রীড়া

মন্দ পবন বহে মনোহর স্থান তাহে
শীতল যমুনার জলে।
চৌদিগে সখী মেলি করত ছলা ছলি
কুঞ্জে কলপতরু মূলে ॥ ১
রাধা কাহ্নুক কেলি বিলাস।
দোহে শুভ অভিসারি খেলত পাশা ছাড়ি
কৌতুক হাস পরিহাস ॥ ধ্রু
কানু কহে কর পণ মোহে পরিরম্ভণ
হারিলে দিবে দশবার।
শুনইতে কহে রাই কোথায় শুনিয়ে নাই
পাশক ইহ ব্যবহার ॥ ২
হারিলে সে হার দিব জিনিলে মুরলি নিব
স্বরূপে খেলিব যদি পাশ।
শুনহ ব্রজবীর চিত্ত করহ থীর
দূর কর ইহ প্রতিভাষ ॥
শুনিয়া রাধার বাণী কহয়ে রসিক মণি
হার হারিবে কতবার।

যদি বা জিনিবে তুমি মুরলি না দিব আমি
শেষে মহা পাড়িবে জঞ্জাল ॥ ৪
দুহুঁ রস কোন্দল পরিভর মণ্ডল
ললিতাদি সখী বাণী কহে।
আপনাকে পণ করি দুহেঁ খেল পাশ ছাড়ি
হারিলে অধীন হইয়া রহে ॥ ৫
ললিতার কথা শুনি হাসি কহে বিনোদিনী
আমি কেনে কানুর অধীন।
শুনিয়া মরম কথা কহয়ে চম্পকলতা
তুমি বড় এ রসে প্রবীণ ॥ ৬
কহয়ে বিশাখা সখী শুন রাধে চন্দ্রমুখী
মনে কিছু না করিও ভয়।
নাগর চঞ্চল মতি না জানে পাশের গতি
খেল তুমি জিনিবে নিশ্চয় ॥ ৭
সখিদের কথা শুনি দুইজন মনে মানি
পাতিল সে পাশার পসার।
রাই নিল নীল গুড়ি শ্যাম সবুজ লাল শারি
খেলে পাশ ফেলে বারে বার ॥ ৮
পাশা ডারে অবসরে মেঘঘন গতি স্বরে
দশ দশ বোলিয়ে গোপাল।
পাশা ধরি হাসি রাই বিদু বোলি পেলায় ডাই
ভালিরে ভালিরে পাশোয়াল ॥ ৯
ডাহিনে পাশাটি ধরি বাম হাতে চুরি করি
কাহ্নু বোলে ফেলে দুই চারি।
হাসি-রুষি কহে রাই মনমথ দোহাই
কহে তবে কহ কি বিচারি ॥ ১০

যখন যে দান চাই সেই দান ফেলে রাই
বিস্মিত হৃদয়ে শ্যাম হাসে।
দুহুঁ দুহুঁ পাশাধরি পুন পণ দুন করি
পুন বাঢ়ে কেলি বিলাসে ॥ ১১
ললিতা বিশাখা সখী দুই জনে করে সাখী
হারি জিনি করয়ে বিচার।
চরণে মিনতি করি হারিলে দেখি শ্রীহরি
গোবিন্দদাস কহবি সুসার ॥ ১২ ॥ ৬

অর্থ

শীৎলি তপ্পা মলয়া য়োম্নি নৈতন কুঞ্জন্নুং
হকচীক লাংলি যমুনা ঈরীক্কা ॥
অকোয়বদা সখীশিং নিল্লি মথোয় কানা
কল্পতরু পাম্বী মখোঙ্দা ॥ ১
রাই কাহ্নু অনি শাম্নরি হরাউনা।
ফম্নদুনা মায়োক্নুনা হুম্নে মন্না পায়না
নোক্কে কয়া ফাগি তৌনা ॥ ধ্রু
কান্নুনা হায় থারোপণ ঐনা কোনবা তরারক
পোবা থোক্লগা নহাক্কা ॥
তাখিদরি অমুক্কুম্নু বাঙাঙ্দুদি অহুগুম্বা
হায়রকই তাবদা রাধানা ॥ ২
পোরগা শীগনি লীক্লাং ঙম্লগা লৌগনি বাঁশী
শাম্নরবদি মঙঙ্ চুম্নবু।
তাবিয়ু হে ব্রজবীর তপথবীয়ু পুক্নীং
থনবীগন্নু থোইগনি হায়না ॥ ৩
তাবদা রাধাগী রাহৈ হায়রকই বনমালীনা
পোনি নঙ্না মশীং খঙ্দনা।

থোইবা থোকপদা নঙ্‌না পীত্রবদা মুরলি ঐনা
বায়ামগনি শোয়রোই মমৈদা ॥ ৪
লোইনাইদ মঙ্ঙ্‌দা য়েংনবত্তু উবদা
হায়জরকই ললিতা সখী।
থানরো হকচাং হকচাং য়েংনরো লাইবক চাংয়েং
ওইনবিরো মীনাই অপোবনা ॥ ৫
তাবদা ললিতা মবা হায়রকই শ্রীমতী বাধা
ওইরোই ঐদি মীগী মমাইদি।
হায়রকই মথংতাবদা চম্পক-লতা সখীনা
চুম্মি'হুদি খঙ্‌ই নষাকুনা ॥ ৬
হায়জরকই বিশাখানা তাবিয়ু হে চান্নথোইবী
কিরুফম নৈতে কারিমত্তা।
নবুংভোদি ঈরাংতনি হৈবা নস্তে শাগ্রদদি
থোইগনি লেপ্পা নঙ্‌না শোয়দনা ॥ ৭
তাবদ সখীনা হায়রা য়ানহুনা অনিমক্তা
থারে তাম্বুফম নীংথিনা মাঙ্‌দা।
রাইনা পায় শংমুনবা শ্যামনা শংনা তাঙ নামক
শারৈ হুন্না মক্ত হুন্না হুন্না ॥ ৮
অরুপা গোল্লাঙ্‌না লাউই মক্ত শায়না হুনবা কাঙীং
অশুবী অশুবী হায়না কুকনা।
নোক্তি মেঙ্‌না মক্তশায়না হুল্লি রাই শুনবী হায়না
ঈরং লংলি গুন্না হুনবদা মক্ত ॥ ৯
শায়রগা চৌবর য়েংনা শেত্রি লোক্তা গুয়গী কুংনা
হুল্লি শ্যামনা অশুবী হায়না।
লাউব্রি রাধা শাউনা নোক্তা য়াদে য়াদে নাদে হায়না
করি কামৈ'হুদি শান্নবগী ॥ ১০

থোকহন্নীংবা পোকন্ন খূদীং থোক্লি রাইনা হুনবা খূদীং
অঙকপা লোয়ননা নোকই শ্যামনা।
শান্নরক্লি .হন্না কন্না হন্না হন্না পোম্বাননা
মরীক চুন্না হান্নদগী হেন্না ॥ ১১
হংই রাধা সখীশিংদা তাকনবা পোবা থোইবা
কোয়না কূম্মে য়েংবী মখোয়শিংদা।
থিবীগনু অমাঙ, অতোং থোইথিবদি নত্তে হরি
হংগৎচরি *গোবিন্দ দাসনা ॥

## ৬

## নর্ত্তক রাস

কালিন্দী তীর সুধীর সমীরণ
কুন্দ কুসুম অরবিন্দ বিকাশ ॥
নাচত [১]মোর ভোর [২]ঘত মধুকর
শুক [৩]শারি [৪]পিক পঞ্চম ভাষ ॥ ১
মধুবনে [৫]নিধুবনে [৬]মুগুধ মুরারি
[৭]মুগুধ গোপবধূ [৮]লাখ সঙ্গে
[৯]বিহরই বৃষভানু কুমারি ॥ ধ্রু
নাচত নটিনি গাওয়ে নটশেখর
[১০]গাওয়ে নটিনি নাচে নটরাজ।

---

* পদকল্পতরুদদি ঐশৈ অসিগী পদকর্ত্তা 'আনন্দদাস' ওইনা লৈ। ময়েকস্থ থেন্নবা য়ান্না য়াওই। রস ৬৪ য়েংবিয়ু।

বৈঃ পঃ ৬৩৯-- ১। মৌর, ২। মত্ত, ৩। সারিক, ৪। পিকু, ৫। নিধুবন, ৬। মুগধ, ৭। মুগধ, ৮। অধিক লাথ সঙ্গে, ৯। রঙ্গে বিহরে বৃখভানু কুমারি, ১০। গাওত।

শ্যামর [১১]গৌরী [১২]গৌরী সঙ্গে শ্যামর
[১৩]নবজলধর যনু [১৪]বিজুরী বিরাজ ॥ ২
হেরি হেরি অপরূপ [১৫]রাসক সরস
[১৬]মনমথ লাগল মনমহা ধন্দ।
ভূলল গগনে সগণে রজনীকর
চৌদিগে করত দীপ ধরি [১৭]চান্দ ॥ ৩
তারাগণ সঙ্গে তারাপতি হেরি
লাজে [১৮]লুকায়লু দিনমণি কাঁতি
গোবিন্দদাস পহু জগজন মোহন
[১৯]বিহরত কোটি কলপ সম রাতি ॥ ৪ ॥ ৭

অর্থ

যমুনা মপান মলয়া ইপোম
ঈশিংসু কংফানসু য়োমলি লৈতনা
জগোইশারি রাহোং ককঙাওনরি খোইমু
পঞ্চমস্বরদা কোকিল খোংলি নুংশিনা ॥ ১
শারি জগোই নিধুবনদা ককঙাওনৈ মুরারি
ককঙাওনবী গোপীশিং কোটি কয়া কয়াগা
শান্নে হরাউনা বৃষভানু কুমারী ॥ ধ্রু
শারি জগোই রাধানা শক্তি ঈশৈ বনমালী
শৈহেকলি রাধানা শারি জগোই শ্যামনা ॥
শ্যামগী নাক্তা রাই রাইগী নাক্তা শ্যামরায়
ফুয়না হৌবা নোংলেন লেঙদবা নোংথাঙখান ॥ ২

বৈঃ পঃ ৬৩৯— ১১। গোরি, ১২। গোরি, ১৩। নবজলধরে জনু, ১৪। বিজুরি, ১৫। রাস কলারস, ১৬। মনমথে, ১৭। ছন্দ, ১৮। লুকায়ল, ১৯। বিহরই ভেল কলপ সম রাতি।

অঙকপনি রা-স-তুংফমনি কলারস
তাওচংনৈ কামগী মপু শুঙ্কংলি মাবু মকপু ॥
কাউরি থানিনৃ মশাগী খোঙচং মতুংইনবা থবাম্মীচাক
লৈরি কোয়না অসুম মৈরা পায়বগুম ॥ ৩
থবাম্মীচাকশিংগা থানিনবু উবদা
ঈকাই ফীব্বক খুমলি খোকঙমখিদে নুমিৎ ॥
গোবিন্দগী মবুংঙো শান্নখি রাস লীলা
কল্লগা মান্নবা শাংলবা অহিং চূপ্পা ॥ ৪ ॥ ৭

## রসালস

### রাগ বিভাষ

রজনী উজাগরি নাগর নাগরি
স্থুতি রহুঁ কিশলয় শেজ।
রতিরসে আলস অবশ কলেবর
দুহুঁ তনু দুহুঁ নাহি তেজ ॥ ১
শুন সজনি সুতি রহু নিলজ কান।
রাই জাগাই লেই চলু নিজমন্দিরে
যব নাহি হোয়ত বিহান ॥ ধ্রু
রাই কবরি বান্ধল পুন সম্বরি
পিঞ্ছ মুকুট গড়ি যাউ।
মণিময় মুদরি মোহন মুরলি
এ দুই যতনে চোরাউ ॥ ২
ঘুমল কানু যুগতি শুনি ঐছন
রাইক কোরে অগোর ॥
গোবিন্দদাস পহু চতুর শিরোমণি
নিরসল সহচরি চোর ॥ ৩ ॥ ৮

অর্থ

তুমদবনা অহিং রাধাশ্যাম অনিনা
চেপ্পরি সুংঙাইনা হুজীক্তদা ॥
রতি লীলা-লানফম রানখিবা হক্লা
চোকথনখি অনি মহৈ মহৈ ॥ ১
য়েংউনে সখি তুম্লিসে ঈকাইদবা কালা
হৌদোক্লসি রাইবু পুরসি সঙ্গাই তাম্না
অহিং অসি হৌথিদ্রিঙৈদা ॥ ধ্রু
পুনশিনবীসি অমুক রাধাগী শম্বুন
শেমজিল্লো বাহোংগী চূড়া ॥
মণিগী খূদোপ মোহন মুরলি
হূরানসি লোন্না অনি অসি ॥ ২
তাবদা শ্যামনা অসিগুম্বা বারেপশিং
কোনশিনখরি চেৎনা রাধা ॥
গোবিন্দ মবুংঙো থোইনা হেন্না শিংবা
ঙমহনখিদে অমুব হূরানবদো ॥ ৩ ॥ ৮

৮

(১) ধূর্ত্ত নিদ্রা

বেলি অবসানে ধেনু লেই
ঘরমাহা চলইতে শ্যামরায় ।
রাই নিজ মন্দিরে তাহা পরি বৈঠই
সো মুখ দরশন পাই ॥
নয়নে নয়নে করে অঙ্গুলি ইঙ্গিতে
সঙ্কেত করত তহি কান ।
তদনুসারে রাই নিজ সখী সঙ্গে
কুঞ্জহি করল পয়ান ॥ ২

শূন্যহি কুঞ্জ হেরি ধনি কাতর
সখী ভেজল শ্যাম আগে।
নাহক নিয়ড়ে যাই সখী কহতহি
তোহারি *টীঠ অনুরাগে॥ ৩
সঙ্কেত কুঞ্জে রাই কত বিলপই
না দেখিয়া বিচ্ছেদ মান।
শুনইতে রাই নিয়ড়ে চলু মাধব
উদ্ধবদাস এ রস গান॥ ৪ ॥ ৯

অর্থ

(১)

নুমিৎ লৈথখরে ষণ-গারক্লে
হল্লক্লে সঙ্গাইতম্না শ্যামরায়।
সঙ্গাই থক্তা কাহ্নুনা য়েংজৈ রাধা মবুংঙোবু
খৌরাংনা পেনজবা লৈতনা॥ ১
মিংতা মিৎ থমহ্নুনা উংলি ইঙ্গিত খুৎনা
সঙ্কেত তৌরি কনা খঙদনা।
সঙ্কেত মতুংইন্না রাই চান্নবী সখীশিংগা
পাংলক্লি কুঞ্জ মায়কৈ তমনা॥ ২
উরে হাঙ্‌বা নিকুঞ্জ লেঙ্‌লক্তে কুঞ্জরাজ
শীখরে সখী থিরুনবা শ্যাম।
চংলগা সখীনা হঙ্গংলি মবুংঙোদা
খৌরাংজৈ ইবুংঙো ইবেম্মনা॥ ৩
কায়ন মৈনা মায় সঙ্কেত কুঞ্জদা রাধা
হীক্র হৈন কপ্লি তরকতশোন।

* টীট ?

তাবদা পাউদম কৃষ্ণ লাক্রে রাধা নাক্তা
শঙ্কচৈ উদ্ধবনা রস-সিবু ॥ ৪ ॥ ৯

(২)

হিমঋতু নিশি দিশি দিশি বাত
হিমকর শীকর নিকর নিপাত ॥ ১
মদন জলধি জলে তঁহি দেই ঝাঁপ
মিলল শ্যাম তনু থরথরি কাঁপ ॥ ২
হেরইতে নাহ চতুরি ধনি রাই
সুতি রহল জনু চীর ঝাঁপই ॥ ৩
দূতক নিন্দহুঁ রাই যব ভেল
কর জোরি মিনতি শ্যাম বহু কৈল ॥ ৪
সুন্দরি দূর কর কপট শয়ান
শীল নিচোলে [১]তোহে মিলল কান ॥ ৫
নাহ সুতল যব রাইক পাশ
কহতহি প্রিয়সখি মৃদু মৃদু [২]হাস ॥ ৬
ঝলমল মন্দির মণিময় বাতি।
সুখময় শেজ শীতল রাতি ॥ ৭
তুহুঁ হেন নাগরি হরি হেন নাহ
ধনি ধনি মনসিজ রস নিরবাহ ॥ ৮
শুনইতে ঐছন সহচরি বোল
মধুরিম হাসি গৌরি তনু দোল ॥ ৯
কানু পরিপূরিত মানস কাম
গোবিন্দদাস তুহুঁক গুণগান ॥ ১০

ছাপা— ১। নিচল ভেল, ২। হাস।

অর্থ

নিংথম অহিং মায়কৈ শীন্না শিংপা নুংশিং
মরীক মরীক লংলি উনা থক্কা লাক্লা ॥ ১
কামগী ঈপাক ইরৈনুংদা তারুহ্না শ্রীহরি
নীক্লি হবচাং চৈঙ্খৈবগুম লাকওম থিংঙমদনা ॥ ২
উবদা মতো হৈশিংজবী রাধা
লৈখি ফীরূক খুম্না তুমশিন্নহ্না ॥ ৩
অসুম্না রাধানা তুমশিন্নরবদা
কয়া থোক্লা খুংলোন্নবা হায়জরকই শ্যাম ॥ ৪
হাংদোকউ ফীরূকখুম্বা ওইরগনু নতাং চাউবী
শংলেন শেংপী হে ঙকচানরে শ্যাম ॥ ৫
চৈপ্লে শ্যাম নাকন্দা রাইগী মনাক্তা
তাকলি খোন্থোক্তনা থৌগনজবী সখীনা ॥ ৬
মেঙ্না ঙাল্লি মন্দির মণি মঙালতনা
শয্যা থক্লি অমোনবা শাংলবা অহিংনি ॥ ৭
নাগরি অথোইবী নবূংঙোসু 'দূনি
চোংথজরো নীংন ঈপাক ইরৈনুংদ ওসি ॥ ৮
তারবদা অসুম সখীনা হায়রকপা
খোয়রুম মোমোন তৌনা তাশিনখরে রাধা ॥ ৯
অনিমক্কী লৈপুন অঙকপগী মতো
শকচৈ গোবিন্দনা ওইথোক্কবা গুণবু ॥ ১০

সম্পূর্ণ সম্ভোগ মথল ৮ গী মশকতি অসিনি।

## সমৃদ্ধিমান সম্ভোগ

দুর্লভালোকয়োর্যূনোঃ পারতন্ত্র্যাদ্বিযুক্তয়োঃ।
উপভোগাতিরেকো যঃ কীর্ত্যতে স সমৃদ্ধিমান্॥ ইতি

অর্থ

মীথা পোন্না লৈবা ওইদুনা কায়না যৈশা লাংনরবা নায়ক অমগা নায়িকানা অমগা অমগা মহৈ মহৈ উন্নজবা ফাওবা ফংনদনা লৈনরুবদগী ইখঙ্ খঙ্হৌদনা ফংনরবা অতুপ্পদা লৈপুন অহুদি কা হেন্না পেন্নবা নু ঙাইনবা ওইবনা শাস্ত্রনা মদুবু 'সমৃদ্ধিমান সম্ভোগ' হায়না কৌই।

মসিগী মথল নিপালদি—

১। স্বপ্ন-সঙ্গ— মঙ্দা উন্নবা ( গৌণ সম্ভোগ )

২। কুরুক্ষেত্র মিলন— কুরুক্ষেত্রদা উন্নবা

৩। বঙ্কবিলাস— থাবোম লীলা

৪। ব্রজাগমন— মথুরা দগাদা মতম কুইনা শেংনরুবগী মতুংদা অমুক হন্না ব্রজদ কৃষ্ণ লেঙ্লকপদা উন্নবা।

৫। বিপরীত রতি— ওন্না তৈনবা লৈপুন মতৌ

৬। ভোজন কৌতুক— চামিন থকমিন্নবগী কুম্মৈ।

৭। একত্র নিদ্রা— পুন্না চেপনিবা মতৌ

৮। স্বাধীন— নায়কনা নায়িকাগী মখা পোনবা মতৌ।

মখাদা মখোয় খুদাংমক্কী মতৌ উংলি মদুদি—

(১)

### স্বপ্ন সঙ্গ

শুন শুন কহি পরাণ সজনি
[1]কানুক সপন [2]রীতি।

---

বৈঃ পঃ ৫২৩— ১। আজুক স্বপন, ২। রাতে।

[৩]প্রিয় আসি মোরে আলিঙ্গন করে
অনঙ্গ আকুল [৪]চিত্তে ॥ ১
বদনে বদন করয়ে চুম্বন
অধরে অধর দিয়া ।
ভুজে [৫]ভুজ বান্ধি উরে [৬]উর ছান্দি
হিয়ার উপরে গিয়া ॥ ২
[৭]এমন সময়ে চেতন [৮]হইয়া
বুঝিতে নারিল কাজ ।
কিয়ে হয়ে [৯]নয়ে [১০]এমন করয়ে
[১১]নিশ্চয়ে নাগর রাজ ॥ ৩
বিহির বিধান কি জানি কেমন
[১২]সেহো কি নিশ্চয় হবে ।
এ দাস উদ্ধবে কহে এহু বটে
রসিক নাগর ভবে ॥ ৪ ॥ ১

অথ

তাওনে হে সখি রাকম অমা ঙসি
উরম্মী মাবু মঙ্‌দা এনা ।
কোনবীরম্মী পেৎনা হরাউনা লাক্লুনা
কোকপিরম্মী থম্মোই ঈথো ॥ ১
মায়গোংদা মায়পোং থম্মোইদা থম্মোই
ওইরম্মী অনিনা অনা ।
তাউরম্মী ঈথক্তা নুংঙাইবা ঈপাক্তা
লুপ্পম্মী অমৃত নুংদা ॥ ২

বৈঃ পঃ ৫২৩- ৩। পিয়া, ৪। চীত ৫। ভুজে, ৬। উরে, ৭। হেমই, ৮। হইল, ৯। নহে, ১০। এমত, ১১। নিচয়ে, ১২। সেই।

নৌনা নিংকপ থোকখি    কদোমদনো মাঙ্খি
হানচৎনখি পূক্লীং হকচাং।
বরি বরন তেনা    ওইখিবা অসুন্না
করিবু থনবনো মানা॥ ৩
বিধিগী নো দয়া    করিবু ভনলিবা
ওইগোক্কদবরা ’সিবু।
হায়জরি উদ্ধবনা    নৈতে ওইথোক্কবা
কাথবিয়ু পূক্লীং হে রাধে॥ ৪॥ ১

---

২

## কুরু ক্ষেত্র মিলন

কুরুক্ষেত্র যাত্রায়ে আইলা মুরারি।
যাত্রা হৈল খ্যাতি সব দেশ ভরি॥ ১
মথুরা দ্বারকাবাসি গেলা দরশন
নন্দ যশোদা আদি ব্রজবাসিগণ॥ ২
রাধিকা আপন [১]যূথ সখিগণ সাথে
তীর্থে আসিয়া [২]রথে হেরি যদুনাথে॥ ৩
রাজবেশ দেখি কহে মোর কৃষ্ণ নয়
বুঝি কৃষ্ণ রথ ছাড়ি তথায় মিলয়॥ ৪
রাধাকৃষ্ণ বেঢ়ি সখী বসি চারি পাশে
ক্ষেত্রের মিলন কহে উদ্ধব দাসে॥ ৫॥ ২

অর্থ

কুরুক্ষেত্র যত্রাদা লেঙ্লক্লে শ্রীহরি
খঙদনা নৈতবা তাইবঙ্ শাৎনা কাওবা॥ ১

১। যুথে, ২। সভে—পাঠ:

মথুরা দ্বারকা মীয়াম চৎনরি য়েংনবা
নন্দ-যশোদানচিংনা ব্রজবাসী পুম্বা ॥ ২
সখীশিং লোয়ননা রাধা হয়াউ মথোই কানা
য়োরে প্রভাস তীর্থ উরে যদুনাথ ॥ ৩
কুমথরক্লে ফিংনা রথ মথক্তগী কৃষ্ণ
উরুবদা রাজবেশ নৈথোকখি রাধিকা ॥ ৪
ভাল্লে ঙসি অনি পূন্না থৌগৈঞ্জে সখীশিংনা
শকচরি ক্ষেত্রগী মিলন উদ্ধবদাসনা ॥ ৫ ॥ ২

---

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা অস্তুম্না ইরি মতুদি—

অবশেষে রাধা, কৃষ্ণে করে নিবেদন ।
সেই তুমি সেই আমি সেই নবসঙ্গম ॥ ১
তথাপি আমার মন ধায় বৃন্দাবন ।
বৃন্দাবনে উদয় কর আপনা চরণ ॥ ২
ইহ লোকারণ্য হাতি ঘোড়া রথ ধ্বনি ।
তাহা পুষ্পারণ্য ভৃঙ্গ পিকনাদ শুনি ॥ ৩
ইহ রাজবেশ সঙ্গে ক্ষত্রিয়গণ ।
তাহা গোপবেশ সঙ্গে সব সখাগণ ॥ ৪
ব্রজে তোমার সঙ্গে যেই সুখ আস্বাদন ।
সেই সুখ সমুদ্রের ইহা নাহিএ কথন ॥ ৫
আমা লয়া পুন লীলা কর বৃন্দাবন ।
তবে আমার মনবাঞ্ছা হয় পুরণ ॥ ৬
এইমত কথা দুহে কহে দুহা পাশ ।
শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে কহে কৃষ্ণদাস ॥ ৭ ॥ ৩

অর্থ

ছায়জরকই রাধা কৃষ্ণ য়েংনা মমৈদা
ইবুংঙোস্থ'তুনি, 'তুনি ঐহাকস্থ
অতুডৈগীতুনি নৈপুনসিস্থ ॥ ১
পেনজদে ঐহাক্না পামজৈ বৃন্দাবনতবু
খোঙদাবিয়ু বৃন্দাবনদা হিংহনবিয়ু ব্রজবাসী ॥ ২
মীনা থল্লি 'াসদি শগোন শামু দোলাইতনা
থল্লি আ'দনা কৈরাং খোইমু মপৈতনা ॥ ৩
নিংথৌনি 'সিদদি যোমলি অকন অপৌতনা
আ'দনা রাখাল-নিংথৌ কোয়না য়োঙ্গা সথাকনা ॥ ৪
পেনজবদো ঐনা ব্রজদা নঙগী সেবাদা
করি ওইদে 'সিদা ফংডমদে মরীক অমা ॥ ৫
শামবিয়ু অমুক বৃন্দাবনদা লীলা কয়া
খুঙগনি লেপ্পা নীংবা 'পুম্না অদ্ভুতদা ॥ ৬
অনিমক্না অস্থুম ওাঙনৈ মহৈ মহৈ।
কৃষ্ণদাসনা শবচৈ শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত ॥ ৭ ॥ ৩

৩

বক্ষ বিলাস

দেখ রাধা মাধব ভাতি
ছাতির উপরে ছাতি ॥ ধ্রু
যেন নীল হেমগিরি মাঝ
উনত কুচবিধু সাজ ॥ ১
মৃদু মৃদু কহতহি বাত
প্রেম পুলক সব গাত ॥ ২
দুহুঁ মন আনন্দে ভাসে
হেরইতে উদ্ধব দাসে ॥ ৩ ॥ ৪

অর্থ

ডাল্লি য়েংউ রাধা মাধব

থাল্লি পে-গুন পে-গী-থক্তা ॥ ধ্রু

থোক্লি য়েংঙ্ক অশংবা থানিন

ঈনং লংনা সনক্তীং মতোন ॥ ১

নাপটীকপা ৱাইহে ভাঙ্নৈ কয়া

শৃঙ্গারলি প্রেমনা ঈহৌননা ॥ ২

থংঙ্গাই ঈহৌ হ্লুংভাইবা ঈথক

য়েংজে পেম্না উদ্ধবদাস ॥ ৩ ॥ ৪

৪

ব্রজাগমন

মথুরা সঞে হরি কবি পথ চাতুরি

[1]মিলল নিরজন কুঞ্জে।

ব্রজ-পশু-[2]পক্ষীকুল বিরহে [3]ব্যাকুল

[4]সভে পাওল আনন্দ পুঞ্জে ॥ ১

বরজ [6]নাগরিগণ বিরহে অচেতন

পুলকিত পাওল পরাণ।

[7]দারুণ মদন ঘন [8]ছুট ফট জীবন

[9]ঐছেন অমিয়া সিনান ॥ ২

দেখ [10]সখি রাধা মাধব মিল।

দরশে পুলক দেহ ঘামাহ নদী বহ

[11]চিত্র পুতলি সম [12]ভেল ॥ ধ্রু

পাঃ ৯২। ১। মীলল, ২। পাখীকুল, ৩। বেয়াকুল, ৪। ছাপাদা 'সভে' য়াওদে, ৬। নারিগণ, ৭। দাবদগধ যেন, ৮। ছট-ফাট, ৯। ঐছন, ১০। ছাপাদা 'সখি' লৈতে, ১১। চীত্র, ১২। ভেলি

কাঁপয়ে ঘন ঘন অনিমিখ লোচন
চরকি চরকি পড়ু লোর।
কহইতে থর থর থকিত কণ্ঠ স্বর
তুহুঁ [13]বিরহ তুহুঁ ভোর॥ ৩
[14]হোয়ই সচেতন কি [15]করু নাহি জান
যৈছন দারিদ্র হেম।
এ রাধামোহন কহ এহ [16]আন যত
[17]নাহ প্রাণ সহ ঐছে ক্ষেম॥ ৪।৫

অর্থ

লাক্লে ভসি হরি তুবং নাতৈ শামনা
ভাল্লরে কুঞ্জদা চৌরা।
উপাল রাপান উচেক রায়া হরাউনৈ অপুম্বা
মতু-মমান থীনৈ জন্না॥ ১
হজমীয়াম পুম্বা লাকহৎলম্বা কায়ন মৈনা
হাপ্লে নৌনা থরায় লোইনা॥
চাকথেক্তুনা কানগী মৈনা খাওনরম্বা রানা শানা
ঈংহল্লে খাক্তুনা অমৃত॥ ২
য়েংউ সাথ আনগী শকফম।
হরাউ ভুজুং ঈথক হপোন উনবদা মহৈ মতৈ
লেপ্পার অয়েকপা নৃত্তিগুন্না॥ ধ্রু
নীরুরি চেত্তোবগুন য়েংনৈ নিৎকুপ্পনা
শিম্থে নংলু নুক্কা মতুম॥
হায়গদবা হায়নভমদ থৎলি লম্বী চরম কুম্না
চাকথেকনৈ অনি কায়নমৈনা॥ ৩

পাঃ পাঃ ১২৯ — ১৩। বিরহন। ১৪। হোই, ১৫। কহব, ১৬। ইহ অনুপম নহ, ১৭। প্রাণদ ঐছন ক্ষেম।

থৌইনশিল্লি পূক্লীংনদি কাঙ্‌বা ঙমদে চীনবান থোঙ্‌দি
লায়রবনা সনা ফংবগুম্না।
রাধা মোহননা নোঙ্গৈ চঙ্‌জৈ অনিগী চরণ
ওস্লোক্লবিয়ু থবায় মশেন ॥ ৪ ॥ ৫

---

৫

## বিপরীত রতি

ঝাঁপল [১]কয়ল ধরাধর জলধর
দামিনী জলদ [২]অগোরি।
নিজ চঞ্চল গুণ জলদে [৩]সোঁপিলু
তছু ধৈরজ করু [৪]চোরি ॥ ১
দেখ সখি অপরূপ বাদর ভেল।
নিজপদ পরিহরি দিনমান [৫]সঞ্চরি
গিরিবর [৬]সন্ধিমে গেল ॥ ধ্রু
সশবদ ঘন ঘন [৭]বহয়ে সমীরণ
থর থর নর্ত্তক পাখি।
ভয়ে আকুল ফণি ধরণী ছোড়ি মণি
বেঢ়ি রহল পাঁচ [৯]শাখি ॥ ২
[১০]ভণয়ে ঘনশ্যামদাস পহু সব
[১১]ইহ রস ভেল বিপরীত।
[১২]উলটল ভুঁধর মেঘ মহীতল
অদভূত [১৩]দেব চরিত ॥ ৩ ॥ ৬

---

বৈঃ পঃ ৮০২--- ১। কনয়, ২। আগর, ৩। সোঁপি পুন, ৪। চোর, ৫। সঞ্চা-রি, ৬। সন্ধিম, ৭। বহই, ৮। থরকয়ে মোরক পাখ, ৯। শাখ, ১০। ভণ ঘন শ্যামরদাস পুন হেরই, ১১। সবহুঁ, ১২। উলটল ভূধর, ১৩। দৈব চরিত।

অর্থ

শমজোইনা অমুবা নোংহৌ ওইনা নোথোঙ্ ফুনবা
থনজিনখরে সনজীং অনি।
শিম্নরি নোংহৌদা অমুক মশাগী ঈরাং ঈথক
মপূক তপ্পা নোংবু থকচাহন্না ॥ ১
নোং নুংশিংনি অঙকপা য়েংউনে সখি।
লোৎফম খিরি চৈংজাউ লক্কা লৈথখরি নুমিৎনা
মফমদগী চোয়-থরক্কনা ॥
শীৎলি অকনবা শউমদা হন্না হন্না নুংশিংনা
নীক্লি কিরদুনা ঝাংোংনা ॥
পাখংলি উবদা মদু থাদৈ লিন্না মতোক-মণি
নপ্লুই মতুনা তমাল পাম্বীদা ॥
ঘনশ্যামনা হায়জৈ সখি লৈনা য়েংউ অমুক
পূমংন ওন্নোকখরে হান্নগীদু ॥
চীংনা থক্কা নোংনা খাদা ওল্লে মথক মখা
অঙকপনি লাইগী মতৌ অসে ॥ ৩ ॥ ৬

---

(৬)

## ভোজন কৌতুক

সখাগণ সঙ্গে রঙ্গে [১]যদুনন্দন
ভোজন [২]করত দোন ভাই
রোহিনী দেবী করত পরিবেশন
রসবতী দেওত বাঢ়াই ॥ ১
কনক থারি ভরিপূর।

---

পাঃ কঃ ২৭৭০ — ১। নন্দ নন্দন, ২। করু।

বিবিধ মিঠাই [৩]ক্ষীর দধি শাকর
অন্ন ব্যঞ্জন সুমধুর ॥ ধ্রু
ভোজন কেলি [৪]কোই নাহি [৫]জানত
[৬]আনন্দ কো বরু জোর ।
ভোজন [৭]ছাড়ি শয়ন করু পালঙ্কে
সুখময় নন্দ কিশোর ॥ ২

অর্থ

রামকৃষ্ণ অনি সথাশিংগা লোয়ননা
চামিন্নরি পূরু[?] [illegible]শারাম্মা ।
শীজপীথক তৌরি খু[illegible]না রোহিণী দেবীনা
অবাং অপা লান্থোকই রাধানা ॥ ১
হাপ্পুনা চোম্না সনাগী পুবম ।
অহাউ অথুম কয়া শংগোম চিনি লফোয়
চাক ঈনশাংগী মথেন কয়া ॥ ধ্রু
চাবগী কৃষ্ণে খড়্নদে কনাম্
লৈতে পান্দম নুংঙাইবগী ।
লোইরে লুকহাবা চেপলে শয্যাথক্তা
থল্লি মায়থোং থানিন পেনজবনা ॥ ২

---

(৭)

## একত্র নিদ্রা

অধরে [১]অধরে দুহুঁ ধরি ।
শুতিয়াছে কিশোর কিশোরি ॥ ধ্রু

৩। নবনি, ৪। 'কোই' যাওদে, ৫। যায়ত, ৬। কো করু আনন্দ ওর, ৭। বারি।
পঃ কঃ ৬৫৪ পদ ১। অধর।

ভুজে ভুজে [২]দুহুঁ দুহুঁ বান্ধি
পবন পশিতে নাহি সান্ধি ॥ ১
চিকুরে চিকুরে এক করি
শুতিয়াছে [৩]তাহার উপরি ॥ ২
রাই কুচ হিয়ার মাঝারে
পশিয়াছে শ্যাম কলেবরে ॥ ৩
ভিন্ন ভিন্ন নহ দুহুঁ দেহ
কোন বিহি নিরমিল তহুঁ ॥ ৪
নীলমণি হেম জাড়য়াছে
পরশ রসালে মাখিয়াছে ॥ ৫
রাই কানুর সুখ বিলাস
কহ তহুঁ গোবিন্দদাসে ॥ ৬ ॥ ৮

অর্থ

চৌনগা চৌনগা চৌল্লোক্লরি অনি
চেপলি থাব্রাঙ্ কিশোর কিশোরি ॥ ধ্রু
য়েংনৈ মহৈ মহৈ পাম্বোন অনি
চঙ্ঙমদে নুংশিং চেঙ্গং কোম্লবনা ॥
পূর্নাশিন্নরি শমজোই শমজোই
য়াহৌপ তাল্লি মহুগী মখক্তা ॥ ২
মতোন থূন্না চৌংজাউ অনি
চেল্লি ঈচেল মণি অশংবা ॥ ৩
তোঙান্নবা নত্তে অনিমকসে
শেম্লবনো কনা নোংদম্বনা ॥ ৪
থানালি সনাথক্তা মণি অশংবা
য়েংলিয়ে তমালদা সনাগী উরী ॥ ৫

২। দৌহে ৩। তাহারি, ৪। মথাগী পরেং ৬ অসিদি মায়দে অতুগা পদকর্তা গি
মিংথু যদুনন্দন হায়না লৈ।

রাই কানুগী লীলা নীংখিবা

গোবিন্দনা য়েকচৈ হরাউনা ॥ ৬ ॥ ৮

---

(৮)

স্বাধীন

ভূপালী

আকুল কুটিল [১]অলকাকুল [২]সম্বরি

সিথি [৩]বানাই [৪]পুন বান্ধ ই কবরি ॥ ২

[৫]সোই সমারহ সিন্দূরক বিন্দু

[৬]কুঙ্কুম মাজি তাহে সাজি মুখ ইন্দু ॥ ১

এ হরি রাত[৭]রসে অবশ রসাল।

বিঘটিত বেশ [৮]বানাহ পুনবার ॥ ধ্রু

কাজরে উজোরহ লোচন ভ্রমরি।

শ্রুতি [৯]অবতংস [১০]কিশলয় [১১]চমরি ॥ ৩

পীন [১২]পয়োধর থীর কর [১৩]আপ।

[১৪]মৃগমদ রঞ্জহ নখপদ [১৫]ঝাঁপ ॥ ৪

[১৬]বিপরীত কম্বু [১৭]নীলমণি ঘন ঘোর।

[১৮]সাধ পিন্ধায়ই নূপুর জোর ॥ ৫

মেটল যাবক [১৯]পুন পদ লেখ।

গোবিন্দ [২০]দাস [২১]দেখ পরতেক ॥ ৬ ॥ ৯

---

বৈঃ পঃ ৬৭৮— ১। অলককুল, ২। সমরী, ৩। বনাই, ৪। বান্ধ পুন, ৫। তহি, ৬। কুঙ্কুমে মাজি সাজাহ, ৭। রতিরস, ৮। বনাহ, ৯। অবতংসহ, ১০। কিশলয়, ১১। সমরী, ১২। পয়োধরে. ১৩। আপি, ১৪। মৃগমদে, ১৫। ছাপি, ১৬। বিগলিত, ১৭। বলয়গণ মোর, ১৮। সাঁধে পিন্ধারহ, ১৯। পদে পুন, ২০। দাসিয়া, ২১। দেখউ।

অর্থ

শেমজিনবীয়ু অমুক য়েংড ফাৱে কোকী শন্না
শিংগ্রেঙ্ খায়রো পুল্লো অমুক লুতুং শমজি ॥ ১
সিন্দূর মরীক মরীক চাইবীয়ু ময়ায়দা
কুঙ্কুম চন্দন মরীক লৈতেংবীয়ু মায়থোংদা ॥ ২
শেমজিন শাজিনবীয়ু ফিজেৎ লৈতেং পুম্বা
কোমথ চীকথখিবা রতি লানফমদা ॥ ধ্রু
থাবিয়ু কাজল নৌনা ইমিৎ মিৎপান কোয়না
নাপ লৈতেংবীয়ু য়েল্লো য়েল্লাতনা ॥ ৩
তৈশিনবীয়ু কোয়না কস্তুরী চন্দনতনা
খুজিন মফম খুম্না থাবোম থাফম ভান্না ॥ ৪
শেম্ম মফম চানা খুজেং মোইবুং-খুজি
শিজিনবীয়ু খোঙ্দা মণি নূপুর ॥ ৫
তৈবিয়ু যাবক মচা খোঙ্দা নৌনা ভাঙ্না
গোবিন্দদাসনা য়েংগৈ খুদীংমক্তা।

---

আজিক আনন্দের নাহিক ওর
চিরদিনে মাধব মন্দিরে মোর ॥ ধ্রু
অনেক দিবসে পাইয়াছি লাগি
আর কি ছাড়িয়া দিব।
এ বুক চিড়িয়া যেখানে পরাণ
তাহাতে বান্ধিয়া থোব ॥ ১
মন সুত দিয়া রাখিব বান্ধিয়া
দুখানি চরণারবিন্দে।

কে বা নিতে পারে লউক আসিয়া
[1]পারজুরে কাটিয়া[2] সিন্ধে ॥ ২
মণি মুকুটা করি গলায়ে পৈড়িব
রহিব আপন ঘরে।
কেহুঁ কিছু বোল কুলে তিলাঞ্জলি
কলঙ্কে রতালা শীরে ॥ ৩
বনচারি হব মাগিয়া খাইব
তুমার পিরিতি সুখে।
জ্ঞানদাস বলে সহজে অবলা
কি বলিব তোরে লোকে ॥ ৪ ॥ ৪

ইতি চতুঃষষ্ঠী প্রকার রস কড়চা-পদ সম্পূর্ণং ॥
চৈত্র মাসে শুক্লপক্ষে তৃতীয়া মঙ্গলবারে হরিবল্লভ গ্রন্থ লিখিতে ॥

অথ

লৈপ্তে শান্দম মুংঙাইবা ঙসিসে ঐগী
কুইরবগী তুংদা লেঙ্‌লক্লে শ্রীহরি ॥ ধ্রু
লানজদবর্তনা ফংজরকপা বানা
থারোই মাবু অমুক ঐনা।
থমগনি পুন্দ্না কনা খঙ্‌হন্দনা
লোম্না থূপা লকানুংদ ॥
প্রেমগী থোরাঙনা থমগনি পুন্দ্না
মখোঙ্‌ থম্বাল অনিমকপু।
মুল্লসনু মাবু কনানে লাকসনু
হোগায়দুনা থম্মোই মম্নং।

য়েংগদবা— পঃ কঃ ১২৮৭ পদদা মান্নবা ভাবকী চশে হমা লৈ, মতুগী ভাগিদা য়াওদে। ১, ২ গী বাহৈ অনিদংগী অশেংবা মশাঙ লৈ মতুদি মথংশিংনা "পাঁজরে" অমসুং "সিন্ধ"।

মণি মুক্তা শক্রা শিগনি ইঙক্তা
লৈগনি লেঙ্‌দনা যুমদা ॥
ভাঙ্‌নসনু মীনা তাকুবোই ইনানা
লৈভেংগনি ভাথী-বানা ॥ ৬
বনদা কোয়না চংকে নিচুনা চাক্লুগে
থম্মোই থম্না নাগী প্রেমনা ॥
জ্ঞানদাসনা হায়জৈ নূপীনি নহাক্তি
হায়নি করি নঙ্‌বু মীনা ॥ ৪ ॥ ১০

রস ৬৪ গী মশক তাকপা মতাং অসিদা লোইরে।

লমদা থাগী পানখৎলকপা হুমনি পানবা লৈপাকংপাকপা নুমিত্তা শ্রীহরিবল্লব কৌবা ঐনা ইজথিবনি।

---



